ওঁ নমো গণেশায়

শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দঃ জয়তি

# শ্রীমদ্ভাগবত গোপী গীতম্

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা

ব্যবস্থাকারী

তাং ২০। ১১। ৯৬ ইং

শুভাকাঙ্ক্ষী—

শ্রী ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা শাস্ত্রী, ফুরাইলাংপম

ওঁ নমো গণেশায়

শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দঃ জয়তি

# শ্রীমদ্ভাগবত গোপী গীতম্

শুভাকাঙ্ক্ষী—

শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা শাস্ত্রী, ফুরাইলাংপম
সাহিত্য এরাড়ি
স্মৃতি, ব্যাকরণ, কর্ম্মকাণ্ড, ধর্ম্ম শাস্ত্রী
গভর্ণমেন্ট ইম্ফাল সংস্কৃত টোলধ্যাপকঃ ।

প্রকাশক :—

১। শ্রীমতী ফুরাইলাৎপম পুর্ণিমাসী দেবী (গৃহিনী)

২। শ্রীফুরাইলাৎপম জয়দেব শর্ম্মা, ব্যাকরণ শাস্ত্রী।

৩। শ্রীফুরাইলাৎপম গুণেশ্বর দেব শর্ম্মা, কর্ম্মকাণ্ড শাস্ত্রী।

শিংজমৈ, ব্রাহ্মণখোং লৈকাই ইম্ফাল।




কোপী মশিং—১০০০ (লিশিং অমা)

ফোংবা—তাং ২৭।৬।২০০৬ ইং, (রথযাত্রা)

ইংরেজী নিনি পানবা নৈ পাকপোকপা নুমিৎ,

মমল্—লুপা ১০/- (চামা-ভরা) ভনি।



নমফম্—দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেস, বাবুপাড়া, ইম্ফাল।

ওঁ নমো গণেশায়

# রাহৈ থরদং

১। প্রণম্য পিতরং ভূয়ঃ মাতরং চ করুণার্নবম্।
শিক্ষাগুরুং দীক্ষাগুরুং চাপ্যহং তমুপাশ্রয়ে॥

২। অমৃতং মধুরং সম্যক্ সংস্কৃতম্ ততোঽধিকম্।
তস্মাৎ দেব ভোগ্যমিদং দেব ভাবেতি কথ্যতে॥

৩। নাহং বৈকুণ্ঠে বসামি যোগীনাং হৃদয়েঽপি ন চ।
যত্র মন্নাম স্মরতি তত্রাহং বসামি নারদ॥

অহানবদা বিঘ্নিকর্ত্তা গণেশ দেববু খুরুমজৈ।

১। শ্রীগুরুদেব স্বর্গদগী হেনবা জন্ম পিতা ইপাবু, থৌজানগী মশক ওইরবী পৃথ্বী মতাগুম থাংবা কনবী ইমাবুসু খুরুমজরি। মথংদা শিক্ষা গুরু অমদি দীক্ষা গুরু, ভজন গুরু খুরুমজরগা শ্রীগোবিন্দজীগী চরন্দা হন্না হন্না আশ্রয় ভক্তি নিজরি।

২। সংস্কৃত ভাষা হায়বা লোন অসি থোইনা হেন্না ময়েং তাবা লৈত্রবা (শিদ্রবা) থুন্নবা খিবিক্তগীসু হেন্নবা অমনি, মরমসিদগী সংস্কৃত ভাষাবু লাইগী ভোগনি (লোননি) হায়না দেব ভাষা কৌই।

৩। ভক্ত নারদ ঋষিনা ত্রিভুবন মরোল ১৪ কোইহুনা শ্রীকৃষ্ণ থিরুবদা ফংবা ঙমদ্রে। বৃন্দাবন্দা মবুঙো শ্রীকৃষ্ণ থেংনজরে নারদনা হংজে—হে ভগবন! ইবুঙোনা লেংদনা লৈবিবা মফম তাকপিয়ুগবা। তারো হে নারদ! ঐদি বৈকুণ্ঠদসু লৈতে, যোগীশিংগী থম্মোইদসু লৈতে, ঐনা লেংদনা লৈবদি কৃষ্ণ ঐগী নাম স্মরণ কীর্ত্তন তৌহুনা নিংজরিবা শোঞ্জরিবা মফমহুদা লেংদনা ঐ লৈ থংউ।

শ্রীমদ্ভাগবত দশম স্কন্ধ অধ্যায় ৩১ গোপী গীত, লাইবক খিরবা পাণ্ড্জদ্রবা ননাইনা থোরাংজরি (ফোংজরি)। মসিনা খ্বাই মীয়াম ইচিন-ইনাও ওইবা (ব্রাহ্মণ) শিংগী খ্বরদং মতেং ওইগনি খল্লরুদুনা মথিক নেম্বনা থা লাম্বগুম হোৎজখিবনি।

গোপী গীত হায়বসি ভক্তি অঙ্গ ফংজদুনা মধুর প্রেমরস ফংনবা তাংথ্রবা অমদি সংসংলবা অধ্যায়নি। শ্রীমদ্ভাগবত টীকাকার য়াম্না লৈখরে, অদুবু ভক্ত প্রবর গোস্বামি শ্রীরাধাবিনোদগী ভাগবতামৃত বর্ষিণী টীকানা য়ুক্ষম ওইরগা ইজবনি। হায়ব্রিবা অসিদা হায়রব্রিবা অসিগা মান্নবদি অমা উজদ্রি, সাকার রূপ শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা পুক্নিং সেবা চিংশিনবি। অতৈশিংদি বেদগী শ্রুতিগী অরুবা কয়ানা অমদি নিরাকার ব্রহ্মগী মরমদা পাক-চাওনা বর্ণন তৌই, অদুবু মরম অসিনা ননাইদি পাণ্ডজদবনিনা পাক-চাওথ্রবা শ্রীরাধাবিনোদ গোস্বামিগী টীকা অসিদি ঐগুম্বগী ইতিক ওইদবনা অথংবা কয়াশিং-দগী শিক্ষা ফংজরগা হোৎনজবনি যেংদোকচবনি।

লাইরিক অসি ওইনবগী শক্তমদা শ্রীবিঃ ভুবনেশ্বর দেব শর্ম্মা মাতুলনা মশক শেমদুনা অরাবা থিদনা তেংবাংবিখি। ওঝা খাংজম দশরথ সিংহ লাইরিক হায়বনা পায়ার ভাষা বাঙ্গালী লোনগী মুংগী অরুবা মরোল কয়া, অমদি অজ্ঞা শ্রীতখেনচংবম ঙানবা দেব শর্ম্মা গায়কনা ঈশৈগী মরম, গুরু লৈশাংথেম চাকা সিংহ, গুরু নিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহ, গুরু লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ, পঞ্জখিবা গুরু-শিংনা মথল কয়াগী শক্তম ফোংদোকপিরক্নুনা মতেং ফংহনবিখি। অসিগুম্নবা শক-নাইরবা কয়াগী মতেংদগী ফোংবা ঙমহনবসিগীদমক শ্রীগোবিন্দজীগী চরনদা হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজরি।

শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী

# শ্রীমদ্ভাগবত গোপী গীতম্

শ্রীগোপিকা উচুঃ।

জয়তি তেঽধিকং জন্মনা ব্রজঃ শ্রয়ত ইন্দিরা শশ্বদত্র হি।
দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষু তাবকাঃ ত্বয়ি ধৃতাসবঃ ত্বাং বিচিন্বতে ॥ ১
শরদুদাশয়ে সাধুজাত সৎ সরসিজোদর শ্রীমুষা দৃশা
সুরত নাথ তেঽশুল্ক দাসিকা বরদ নিঘ্নতো নেহ কিং বধঃ ॥ ২
বিষজলাপ্যয়াদ্ ব্যালরাক্ষসাদ্ বর্ষ মারুতাদ্ বৈদ্যুতানলাৎ।
বৃষময়াত্মজাদ্ বিশ্বতো ভয়াদৃষভ তে বয়ং রক্ষিতাঃ মুহুঃ ॥ ৩
ন খলু গোপীকা নন্দনো ভবা নখিল দেহিনা মন্তরাত্ম দৃক্।
বিখনসার্থিতো বিশ্ব গুপ্তয়ে সখ উদেয়িবান্ সাত্বতাং কুলে ॥ ৪
বিরচিতা ভয়ং বৃষ্ণিধুর্য্য তে চরণ মীয়ুষাং সংসৃতে র্ভয়াৎ।
করসরোরুহং কান্ত কামদং শিরসি ধেহি নঃ শ্রীকরগ্রহম্ ॥ ৫
ব্রজ জনার্ত্তিহন্ বীর যোষিতাং নিজ জন স্ময় ধ্বংস নস্মিত।
ভজ সখে ভবৎ কিঙ্করাঃ স্ম নো জলরুহাননং চারু দর্শয় ॥ ৬
প্রণত দেহিনাং পাপকর্ষণং তৃণচরানুগং শ্রীনিকেতনম্।
ফণি ফনার্পিতং তে পদাম্বুজং কৃণু কুচেষু নঃ কৃন্ধি হৃচ্ছয়ম্ ॥ ৭
মধুরয়া গিরা বল্গুবাক্যয়া বুধ মনোজ্ঞয়া পুষ্করেক্ষণ।
বিধিকরী রিমা বীর মুহ্যতী রধর সীধুনা প্যায়য়স্ব নঃ ॥ ৮
তব কথামৃতং তপ্তজীবনং কবিভি রীড়িতং কল্মষাপহম্।
শ্রবণ মঙ্গলং শ্রীমদাততং ভুবি গৃণন্তি যে ভূরিদা জনাঃ ॥ ৯
প্রহসিতং প্রিয় প্রেম বীক্ষিতং-বিহরণঞ্চ তে ধ্যান মঙ্গলং।
রহসি সংবিদো যা হৃদিস্পৃশঃ-কুহক নো মনঃ ক্ষোভয়ন্তি হি ॥ ১০
চলসি যদ্ ব্রজাচ্ চারয়ন্ পশূন নলিন সুন্দরং নাথ তে পদং।
শিল তৃণাঙ্কুরৈঃ সীদতীতি নঃ কলিলতাং মনঃ কান্ত গচ্ছতি ॥ ১১

# গোপী গীতম্

দিন পরিক্ষয়ে নীলকুন্তলৈ র্বন রুহাননং বিভ্রদাবৃতং ।
ধন রজস্বলং দর্শয়ন্ মুহু র্মনসি নঃ স্মরং বীরযচ্ছতি ॥ ১২
প্রণত কামদং পদ্মজার্চ্চিতং ধরণী মণ্ডলং ধ্যেয় মাপদি ।
চরণ পঙ্কজং শন্তমং চ তে রমণ নঃ স্তনেষ্বর্পয়াধিহন্ ॥ ১৩
সুরত বর্দ্ধনং শোক নাশনং স্বরিত বেণুনা সুষ্ঠু চুম্বিতং ।
ইতর রাগ বিস্মারণং নৃণাং বিতর বীর নস্তেঽধরামৃতম্ ॥ ১৪
অটতি যদ্ভবানহ্নি কাননং ত্রুটি র্যুগায়তে ত্বা মপশ্যতাম্ ।
কুটিল কুণ্ডলং শ্রীমুখঞ্চ তে জড় উদীক্ষতাং পক্ষ্মকৃদ্ দৃশাম্ ॥ ১৫
পতি সুতান্বয়-ভ্রাতৃ-বান্ধবান্-অতি-
বিলঙ্ঘ্য তেঽন্ত্য চ্যুতাগতাঃ ।
গতি বিদঃ তবোদ্ গীতঃ মোহিতাঃ,
কিতব যোষিতঃ কঃ ত্যজেৎ নিশি ॥ ১৬
রহসি সংবিদং হৃচ্ছয়োদয়ং প্রহসিতাননং প্রেম বিক্ষণম ।
বৃহদুরঃ শ্রিয়ো বীক্ষ্য ধাম তে মুহুরতি স্পৃহা মুহ্যতে মনঃ ॥ ১৭
ব্রজবনৌকসাং ব্যক্তি রঙ্গ তে, বৃজিনহন্ত্র্যলং বিশ্বমঙ্গলং ।
ত্যজ মনাক্ চ নস্ত্বৎ স্পৃহাত্মনাং, স্বজন হৃদ্রুজাং যন্নিসূদনম্ ॥ ১৮
যত্তে সুজাত চরণাম্বুরুহং স্তনেষু,
ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু ।
তেনাটবী মটসি তৎ ব্যথতে ন কিং স্বিৎ,
কুর্পাদিভি র্ভ্রমতি ধী র্ভবদায়ুষাং নঃ ॥ ১৯

ইতি শ্রীভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিকাং
দশমস্কন্ধে রাসক্রীড়ায়াং গোপিকাগীতং নাম একত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥

# শ্রীমদ্ভাগবতম্ গোপী গীতম্

মঙ্গলাচরণম্—

চিন্তামণি প্রকর সদ্ম স্বকল্প বৃক্ষ,
লক্ষা বৃত্তেষু সুরভি রভি পালয়ন্তম্।
লক্ষ্মী সহস্র শত সংভ্রম সেব্যমানং,
গোবিন্দ মাদি পুরষং তমহং ভজামি॥ (ব্রহ্ম সংহিতা)

ভাগবত—

পাদৌ যদীয়ৌ প্রথম দ্বিতীয়ৌ তৃতীয় তুর্য্যৌ।
কথিতৌ যদূরঃ নাভিস্থং পঞ্চম এব ষষ্ঠৌ।
ভুজান্তরং দ্বৌ যুগলং তথান্যৌ কণ্ঠস্তু রাজন্
নবম যদীয় মুখারবিন্দং দশম প্রফুল্লম্।
একাদশ যস্য ললাট পট্টং শিরস্তু যৎ।
দ্বাদশ মেব ভাতি শ্রীমদ্ভাগবত স্বরূপম্॥
তমাদি দেবং করুণং নিধানং তমাল বর্ণং সুহিতা বতারম্
অপার-সংসার-সমুদ্র-সেতুং ভজামহে ভাগবত স্বরূপম্॥
গঙ্গৈব স্বর্গং মর্ত্ত্যং পাটালং পুনাতি। (পদ্ম পুরাণ)

বঁশি সমর্পনম্—

বঁশি বিভূষিত করান্নব নিরদা ভাৎ,
পীতাম্বরা দরুণ বিম্বফলোঽধরোষ্ঠাৎ।
পুর্ণেন্দু সুন্দর মখাদরবিন্দ লোচনাৎ,
কৃষ্ণাৎপরং কিমপি তত্ত্বমহং ন জানে॥

মন্তব্যঃ—স্বর্গলোকে ব্রহ্মা বক্তা স এব নারদ পৃচ্ছকঃ
শ্রোতারঃ বহবঃ দেবাঃ পুনাতি।
ভূমৌ শুক বক্তা পরীক্ষিৎ পৃচ্ছকঃ
শ্রোতারঃ বহবঃ পুনাতি।
পাতালে শেষঃ বক্তা ব্রহ্মপুত্রাঃ পৃচ্ছকঃ
অন্য-পাতাল-জনাঃ শ্রোতারঃ এব পুনাতি।
ইত্যেবং শ্রীমদ্ভাগবতস্য কথাং ভাগিরথি তটে,
শমিক ঋষিঃ শৃঙ্গমুনেঃ সংতপ্তং দোষং
মোচনার্থং শুকঃ পরীক্ষিতং কীর্ত্তয়তি॥
ওঁ ইতি অস্যৈব মহতো ভূতস্য নিশ্বাসিত মেতৎ
ঋগ্‌বেদঃ সামবেদঃ যজুর্ব্বেদোঽথর্ব্ববেদঃ॥
তদাহ—শ্রবণেচ্ছা তু পুণ্যৈর্বিনা নোৎপদ্যতে। ইত্যর্থঃ;
সর্ব্ব শাস্ত্রেভ্যঃ শ্রেষ্ঠং শ্রীমদ্ভাগবতং নিত্যমেতদেব-
শ্রোতব্য মিতি॥

---

স্বর্গ লোক্তা ব্রহ্মানা নারদদা তম্বিখি, লাই মঝাম্না তাখি। পুন্নমক কৃষ্ণ ফংখি। পৃথিবীদা (গঙ্গা মপান্দা) শুকদেবনা পরীক্ষিৎ নিংথৌদা, পাতালদা অনন্ত ভগবাননা ব্রহ্মাগী মচা সনক সনন্দ সনাতন সনৎ কুমারনা তাখি, পাতালদা লৈবা মীপুম কয়ানা তাখি, অসিগুম্বা ভাগবতবু শমিক ঋষিগী মচা শৃঙ্গিনা, নিংথৌ পরীক্ষিৎনা শমিককী ডকশমদা তক্ষক কৌবা লিন অশিবা য়ানশনবা উবদা লিন অসিমক্তা ডসিদগী মুমিৎ ৭নি শুবদা চিক্তুনা শিরো হায়বা শাপ অসি শমিক ঋষি মপামা ধ্যান লোইহুনা মমিৎ পাঙলকপদা *

## শ্রীমদ্ভাগবতম্

(ক) পূর্বৈঃ হনুমচ্ছঙ্কর চিৎ সুখাদিভিঃ সারতঃ
সারেণ যাথাতথ্যেন সংনিবেদিতং ব্যাখ্যাতম্।
তদুপস্পৃষ্টং তৈরুপস্পৃষ্টম ত্যক্তম্।
সুগমত্বাৎ ন ব্যাখ্যাতম্ শেষে ধরস্বামী।
ততঃ বংশীধরী বিশ্বনাথ স্বিতার্থ মায়াপুর-
খগেন্দ্র রাধাবিনোদাঃ এতে হি ভাগবতাঃ॥

---

*ভাবদগী কনাদনো নংনা শাপ তৌখিবত্র? শাপ হন্দোকউ হায়রবদা মপা মচা চত্তুনা নিংথৌ পরীক্ষিৎকী মফমদা হায়জরুবদা ননাই ঐদি ফংঙমদ্রব। ব্রহ্ম শাপ অদু থাদোকপা ঙমজবরোই, য়ারক্রুবদা মচা জনমেজয় নিংথৌ অভিষেক তৌরম্লগা (অনশন ব্রত) তৌদুনা প্রাণ থাগনি তৌরম্বদগী মগুণ লৈরবা চহি লিশিং লিশিং পুম্নিরবা মুনি খিবিক্কী মমাংদা চংজরকপদগী শুকদেব কৌবা ব্যাসগী মচানা পরীক্ষিৎ নিংথৌগী মফমদা ওঁ হায়বনা তৌখ্রবা ঋগবেদ, যজুর্ব্বেদ, সামবেদ সুং অথর্ব্ব বেদ ৪গী মশক ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতপু সুমিৎ ৭গী মনুংদা লোইনা তাহনখি। অসুম্না শুকদেব বক্তা, পরীক্ষিৎ শ্রোতা ঋষি পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ফংখি। ভাগবত তাবদি পুণ্যগী পৌজাল য়াওদনদি ব্যাসদেবগী পুরাণ ১৮গী মনুংদগী অপোইবা ওইরবা কলি জীবশিংবু ত্রানবিনবা ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাগনি। পুণ্য ফংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবা ফংননবা শান্ত-দাস্য-সখ্য-বাৎসল্য অমদি মধুর প্রেমদা চংজদুনা শ্রীরাসলীলা সেবা তৌগনি।

(ক) শ্রীমদ্ভাগবতকী নুংগী অথুপ্পা অর্থ মমাংচত্তা হনুমান অমদি মহাদেবনা পুক্রিংগী নুঙাইবা ফংজরক্নুনা মরু মরু ওইনা তাৎপর্য্য কয়া ব্যাখ্যা তৌরমখ্রে, অরাইবা কয়াদি লাইনা থম্বিরম্মি, মথংদা শ্রীধরস্বামীনি অদুগী তুংদা বংশীধরি বিশ্বনাথ অন্বিতার্থ মায়াপুর খগেন্দ্রনাথ রাধাবিনোদ গোস্বামী কয়ানা ভাগবত ষট্ সন্দর্ভ শ্রীজীব গোস্বামী টীকাকার কয়ানা পাক শন্না ব্যাখ্যা তৌবিরম্বনা লোইবা লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব কয়ানা পুল্লবা শ্রীমদ্ভাগবতনি।

ব্রজগোপীশিংনা কাত্যায়ণী (দুর্গা) পূজা কৎচবদগী আশ্বিনগী পূর্ণিমাদা কুঞ্জরাস লীলা শান্নখ্রে। মথংদা কৃষ্ণ চতুর্দ্দশীদা বনকিতা শক্তীগী তেঙ্গোৎতা ঘীগী থাউমৈ থান্দুনা চৈকক পানা লোঙ্গননা গোঙ্গালদা যম দেবগী পূজা তর্পণ কৎপা লোমখ্রে। অমাবস্যা তিথিদা নিংশিংবিতা শ্রীরামচন্দ্রনা রাবণ বধ লোইরগুনা অযোধ্যা পুরদা হল্লকখিবা নুমিত্তা প্রজা পুম্নমক্না হরাওদুনা য়ুমথোং খুদিং, থোঙ্গাল খুদিং ঘট লাত্তুনা লৈ পরেং থিবিক, কবোক অকাপা, লৈ খুজোক কয়ানা শ্রীরাম সীতানচিংববু পূজা কৎখি। অম্সুন্না অহিং চুপ্পা, অলক্ষ্মীবু তাম্থোকখ্রগা লক্ষ্মী পূজা কৎখি।

১। তৎ শুক্ল প্রতিপদি—গোবর্দ্ধন মখোৎসবঃ।

২। দ্বিতীয়ায়াং—ভ্রাতৃ ভোজনং।

৩। তৃতীয়ামারভ্য নবমী পর্য্যন্তং—শ্রীগোবর্দ্ধন ধারণং।

৪। দশম্যাং – বিস্ময় কথা বাহুল্যম্।

৫। একাদশ্যাং—গোবিন্দা ভিষেকম্।

৬। দ্বাদশ্যাং-ব্রত পালনম্। ৭। ত্রয়োদশ্যাং-বরুণ লোক গমনং।

৮। পূর্ণিমায়াং—মহারাস, ইত্যেবং কৃষ্ণেন ধর্ম্ম পালনং কৃতম্॥

দ্বিপাম্বিতাদা—অলক্ষ্মী তাম্থোক্তুনা লক্ষ্মী পুজা তৌখ্রে।

১। কার্ত্তিক থাগী নোংমা পানুবদা—গোবর্দ্ধন পুজা তৌখ্রে।

২। দ্বিতীয়াদা ভ্রাতৃ দ্বিতীয়া মুমিং অসিদা—মচে, মচন লৈবনা য়ুমদা চাক চারবদি পঞ্চ পাতক পাপ মডা ফংই হাঙ্গৈহুনা যম দেববু মচন মুপী যমুনানা চাক কৌখি রারী অসি লিরহুনা গোপশিংবু যমুনা মপান্দা বন ভোজন তৌখি।

৩। তৃতীয়াদা—ইন্দ্র পূজা চতি থুদিং তৌরম্বা তোক্লগা গোবর্দ্ধন পূজা তৌখি হাঙ্গৈবদগী নোং-মুংশিং, অথাক-অরাও, বজ্র থাদরক্তুনা ইন্দ্ররাজনা প্রলয়গুম তৌরক্লবদা নবমীনা লোম্বা-ফাও শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন ধারণ তৌহুনা বৃন্দাবন পুম্বা কনখি।

৪। দশমীদা—বৃন্দাবন বাসীশিংনা কৃষ্ণ লাইনি হাঙ্গৈনা ভাংনখ্রে

৫। একাদশী তিথিদা—শ্রীশ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌখি।

৬। দ্বাদশী তিথিদা—নন্দ মহারাজনা ব্রত পারণা পুং শোইখি-গনি থন্দুনা অহিংদা যমুনা স্নান তৌরুবদগী বরুনগী মনাইনা নন্দ নিংথৌ ফাহুনা পুখ্রববু কৃষ্ণনা চত্তুনা (লেংহুনা) মপাবুং লৌরুরগা দ্বাদশী পারণা কাঙ্গৈহুনখিদে।

৭। চতুর্দ্দশীদা—নন্দরাজবু পুরগা ব্রহ্মহ্রদ দর্শন তৌহনখি।

৮। পুর্ণিমাদা—শ্রীবৃন্দাবনগী শ্রীরাস মণ্ডলদা মহারাস শান্নখি।

অস্লুন্না ভাগবতগী ১০/২৯ শুবা অধ্যায়দা গোপীশিং কৌরহুনা রাস শান্নখি। ১০/৩০ শুবা অধ্যায়দা ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ থিবা লোমখ্রে।

(ক) ঐশ্বর্য্যস্য সমগ্রস্য বীর্য্যস্য যশসঃ শ্রিয়ঃ।
জ্ঞান বৈরাজ্ঞয়ো র্ষন্নাং ভগ ইতি স্মৃতঃ॥

(খ) ভগবানপি তাঃ রাত্রি শারদোৎ ফুল্ল মল্লিকাঃ।
বীক্ষ্য রন্তুং মন শ্চক্রে যোগমায়া মুপাশ্রিতঃ। ভাঃ ১০/২৯/১

(গ) নিশম্য গীতং তদনঙ্গ বর্দ্ধণং ব্রজস্ত্রিয়ঃ কৃষ্ণ গৃহীত মানসাঃ।
আজগ্মু রন্যোন্য মলক্ষিতোদ্যমাঃ
স যত্র কান্তো জবলোল কুণ্ডলাঃ॥ ভাঃ ১০/২৯/৪

(ক) সমগ্র জগৎকী ঐশ্বর্য্য-বীর্য্য-যশ-শ্রিঃ-জ্ঞান অমদি ফংঙমদ্রবা বৈরাজ্ঞ ৬ না পুল্লপ তিনৱবু ভগ কৌই, মথাদা বতুপ্রত্যয় তৌরগনি, ভগবান হাঈবদি নন্দরাজগী মচা কৃষ্ণতনা ষড়ৈশ্বর্য্যনি থংগনি।

(খ) ঐশ্বর্য্য তরুক্লা পরি পুর্ণ ওইরবা ভগবানস্থ শরৎকী ফজনা শাৎলবা মল্লিকা, থম্বাল, থরোনচিংবা লৈ মখল কয়াগী রাত্রিবু উরগা রসময় মধুরলীলা রাস শান্নরগে খন্দুনা যোগমায়াদা শংহনখ্রে।

(গ) বংশীবট রাস মণ্ডলদা লেংশল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা সনানা শাৱবা বঁশিদা কামবীজ হাপ্তুনা গোপীশিংবু মথং ২ থোংলকপা (কৌরকপা) গীত (খোঞ্জেল) তারগা অমুক হোনবা লৈতবা ঐনা হান্না শ্রীকৃষ্ণ ফংলুরগে খন্দুনা য়াম্না থুনা কুণ্ডল নাইননা হাইবগী তানগা লোঈননা শ্রীকৃষ্ণনাক্তা লাকখরে গোপী পুন্নমক।

(ঘ) গোবিন্দ দাস কবি শ্রীজীব গোস্বামি—
জগ্মু বিতি বক্তব্যো আজগ্মুরিতি বদন্-
শ্রীশুক শ্রীকৃষ্ণ স্বান্তিকস্থ মিব আত্মানং মন্যতে স্বঃ ॥
ইতি অন্বিতার্থ ভাগবতে।

(ঙ) তথাহি—সেই মহাভাব হয় চিন্তামণি সার।
কৃষ্ণবাঞ্ছা পুর্ণকরে এইকার্য্য যারে।
মহাভাব চিন্তামণি রাধা স্বরূপ।
ললিতাদি সখী তারে কায়ব্যূহরূপ ॥

---

(ঘ) শ্রীজীব গোবিন্দ দাস সিদ্ধ দেহনা শ্রীরাসলীলা সেবা ওইজবকপদা ফংজগ্রে। বঁশি খোঞ্জেল তারবদা গোপীশিং শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংগ্রে হাঙবসি হাঙকম থোক্লবদা, লাকগ্রে হাঙবসিনা শ্রীশুক দেবগী সিদ্ধ দেহনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ নাক্তা রাসলীলা থোগজগ্রে, হাঙবসিমক অন্বিতার্থ ভাগবতনা বর্ণন তৌগ্রে, হাঙবসিনা ভাগবত তারিবা মতোমত্তা নত্তনা বর্ণন ত্তৌরিবস্থ শ্রীকৃষ্ণ ফংগ্রে হাঙবনা শ্রীশুকদেবনা হান্না কৃষ্ণ ফংগ্রে হাঙবসি খংলে। অসিনা ভাগবতনা "বক্তারং শ্রোতারং পৃচ্ছকং ত্রীন্ পুনাতি" রাধাকৃষ্ণগী মধুরলীলা তাবদা সাধ্য ভক্তিগা লোঙননা সিদ্ধ দেহনা তাজগদবনি খংহল্লি। মসিমক চৈতন্যচরিতামৃত মধ্যলীলা ৮ পরিচ্ছেদা রায় রামনন্দনা প্রভু চৈতন্যদেবদা হঙ্গংচগ্রে।

(ঙ) হে কৃপা সিন্ধো প্রভু! শ্রীকৃষ্ণগী অথোঙবা পরম প্রেমগী মচি মরু ওইববু মহাভাব কৌই, মহাভাব কনামত্তদা লৈতে, শ্রীমতি

(চ) তথাহি—তত্ত্ব প্রকাশে—

নেত্রে চ ললিতা দেবী আর শ্রীরূপ মঞ্জরী।
কর্ণে চৈব বিশাখিকা আর শ্রীরতী মঞ্জরী॥
মুখে চিত্রা তথা চৈব আর রস মঞ্জরী।
নাসায়াং চম্পকলতা আর অনঙ্গ মঞ্জরী॥
সর্ব্বাঙ্গে তুঙ্গবিদ্যা স্যাৎ আর গুণ মঞ্জরী।
উরুণ্ঠে রঙ্গদেবী স্যাৎ আর লবঙ্গ মঞ্জরী॥
স্তনে চ সুদেবী চৈব আর কস্তুরী মঞ্জরী।
বাহুতে ইন্দুরেখা স্যাৎ আর লীলা মঞ্জরী॥

---

রাধাতদা লৈবনা ইবেম্মবু "মহাভাব স্বরূপিনী কৃষ্ণবাঞ্ছা পুরায়িনী" হাঙৈরিবনি। মী অতুগী অপাম্বা থুংহনবা মনিবু চিন্তামনি কৌই। চিন্তামনি মহাভাব স্বরূপিনী রাধাগী চরন্দা চংজরবদি কৃষ্ণ ফংজগনি, ললিতানচিংবী সখী রাধাগী দেহদগী পুথোকপনি সেবা লাংজবনি।

(চ) মহাভাবকী শক্তম ওইবী রাধাগী মিত্তগী ললিতা, মঞ্জরীনা রূপ মঞ্জরী। নাকোংদগী বিশাখা, রতী মঞ্জরী। চিনবান্দগী চিত্রা, রস মঞ্জরী; নাতোন্দগী চম্পকলতা মঞ্জরীনা অনঙ্গ মঞ্জরী; থবাক্তগী সুদেবী, মঞ্জরী কস্তুরী। হকচাং পুম্বদগী তুঙ্গবিদ্যা, মঞ্জরী গুণমঞ্জরী। পাম্বোমদগী ইন্দুরেখা, মঞ্জরীনা লীলা মঞ্জরী। কৈগন্দগী রঙ্গদেবী, মঞ্জরীনা লবঙ্গ মঞ্জরীনি। অমুম্মা সখীশিং মঞ্জরীশিং খংনগনি।

অসিগুম্না চন্দ্রবলীদগীসু মমিত্তগী অমদি সখী নিপান শৈব্যা-পদ্ম-শ্যামলানচিংবী অমদি মঞ্জরীশিং খংনগনি। মথং মথং গোপী

তথাহি—গোবিন্দলীলামৃতে ১১—২২ শ্লোকে—

(ছ) কা কৃষ্ণস্য প্রণয়জ নিভূঃ শ্রীমতী রাধিকৈকা।
কাস্য প্রেয়স্যনুপম গুণা রাধিকৈকা ন চান্যা ॥
জৈহ্ম্যং কেশে দৃশি তরলতা নিষ্ঠুরত্বং কুচেহস্যাঃ।
বাঞ্ছা পূর্ত্যৈ প্রভবতি হরেঃ রাধিকৈকা ন চান্যাঃ ॥

---

চৌষষ্ঠী (৬৪) ওইখিবনি (চৌষষ্ঠী গোপী সঙ্গে রাস লীলা। গোপী সঙ্গে রঙ্গে প্রেম সেবা করে)। রামানন্দনা থোগঞ্জখ্রে। (রাধা কৃষ্ণ কুঞ্জ সেবা সাধ্য সেই পায়। সেই সাধ্য পাইতে নাহিক উপায়)। শ্রীচৈতন্যদেবনা (লব মাত্র সাধু সঙ্গে সর্ব্বে সিদ্ধ হয়) আআগী সিদ্ধ সাধ্য খিবিকশু মনাই সনাতনদা তম্বিখ্রে।

(ছ) শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী পোক্রফম কনানো? শ্রীরাধিকা মতোমতনি, কৃষ্ণগী চান্নবী চাংদমনিঙাই লৈতবী গুণ পুবী কনানো? শ্রীরাধিকা মতোমতনি কনা অতোপ্পা নত্তে। রাধাগী খোই খোইবা শমদা অমদি মিত্তা তরু তয়াং তরোইবা, কুচদা কন্থকপা অসিগুম্বা গুণশিং শ্রীরাধিকা মতোমতনি। শ্রীকৃষ্ণগী নিংবা থুংনবগীদমক্তা পুন্নিবা চাংদমনিঙাই লৈতবা গুণনি, কনামত্তদা ওইদ্রবনি।

পূজ্যপাদ শ্রীজীব গোস্বামি সিদ্ধ সেবাদা চৈতন্যদেবগী কৃপা ফংহনখি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ "হ্লাদক" রূপ ওইখি, ইবুঙোদগী হ্লাদিনী স্বরূপ ওইবী রাধা ওইখি। "যয়া হ্লাদতে-হ্লাদয়তি চ সা (হ্লাদিনী) সত্তা রূপোহপি যয়া তাং দধাতি-ধারয়তি চ সা (সন্ধিনী) রূপোহসি

যয়া জানাতি চ সা প্রাপয়তি (সম্বিৎ) উত্তরোত্তর গুণোৎকর্ষণে সন্ধিনী-সম্বিৎ-হ্লাদিনী ক্রমো জ্ঞেয়াঃ। মতৌ অসুম্না শ্রীরাধাকৃষ্ণগী তোঙান তোঙানবা স্বরূপ ওইখি।

শ্রীগোবিন্দগী বঁশি গান—ব্রজগোপীশিংগী মমিংশিং অসি হাঙ্গীহুনা খোংখি মথং মথং কৌখি—শ্রীজীব গোস্বামি—

হে রাধে বৃষভানু ভূপ তনয়ে!

হে পূর্ণচন্দ্রাননে কান্তে কমনীয় কোকিল রবে!

হে বৃন্দাবনেশ্বরী রাধে!

হে মদ্ প্রাণ পরায়নে চ সুভগে!

হে সর্ব্ব যুথেশ্বরী আগত্য ত্বরিতং ত্বমত্র বিপিনে মাং আনন্দয়॥

হে বৃন্দাবন নাগরী গুণনিধে!

হে দামোদর প্রেয়সি!

হে ললিতে প্রিয়সখে প্রাণাধিকে পাহিমাং॥

হে শ্যামে সুভগে স্বভাব চপলে চিত্রে বিশাখে!

হে চন্দ্রাবলি শ্যামলে তুঙ্গবিদ্যে রমে!

হে ভদ্রে সুখদে চ চম্পক লতে-স্বর্ণরেখে স্বচ্ছে।

অন্যাঃ যা মম বল্লভাঃ ব্রজপুরে তাঃ তুর্ণমাগচ্ছতাম্। ইতোতে।

অসুম্না ব্রজগোপী শ্রীরাধাগী দেহদগী পুখোকখিবী—ললিতা বিশাখানচিংবী সখী ৮। চন্দ্রাবলীদগী পুখোকখিবী—শৈব্যা, পদ্মা, সুভগা, শ্যামলা, রমা, ভদ্রা, সুখদা অমসুং স্বর্ণ রেখা অতোপ্পা ঋষিচরী-মুনিচরী-দেবচরী-গোপীচরী পুন্নমক য়াম্না থুনা লাকলো হাঙ্গনা খোংহুনা কৌখি।

(জ) তথাহি—অত এব গোপী ভাব অঙ্গিকার।
রাত্রি দিনে চিন্তে রাধাকৃষ্ণের বিহার।
সিদ্ধদেহ চিন্তি করে তাহাই সেবন।
সখী ভাবে পায় রাধাকৃষ্ণের চরণ॥

(ঝ) পূর্ব্বরাগঃ—রতি র্যা সঙ্গমাৎ পূর্ব্বং দর্শন শ্রবণাদিজা।
তয়ো রুন্মীলতি প্রাজ্ঞৈঃ পূর্ব্বরাগঃ—স উচ্যতে॥
গোবিন্দলীলামৃতে ১ অঃ

তথাহি—পহিল হি রাগ নয়ন ভঙ্গ ভেল,
অনুদিন বাঢ়ল অবধি না গেল।
না সো রমণ না হাম রমণী,
দুহু মন মনো ভব পেষল জানি।
এ সখি! সে সব প্রেম কাহিনী,
কানু ঠামে কহ বি ছিছুরণ জানি॥

---

(জ) হে দয়াময়! অহিং লুংথিল অনিদা শাস্ত্ররিবা ইবুঙো ইবেম্মগী লীলা সখী ভাবতা য়াওগনি সিদ্ধ দেহনা মঞ্জরীনা সেবা চংজগনি. অমুম্না গুরু-রূপা মঞ্জরীনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী লীলা য়াওজগনি হায়বসি রামানন্দনা প্রভুগী শ্রীচরন্দা হঙ্গৎচখি।

(ঝ) ঈশৈ অসি শ্রীরাধানা দুর্জ্জয় মানগী লোমথ্রবা কলহান্ত-রিতাদা থাংবা ঙমদ্রবা উৎকণ্ঠদা পূর্ব্বরাগনা দুতী সখীদা হায়খি। হায়বাদ প্রেম হায়বসি পূর্ব্বরাগদগী ওইবনি তাকই।

অরোম্বা ঙমখৈ লৈতে ঐ মাগী গৃহিনী ওইদে, মানস্থু ঐগী পতি ওইদে। অনিগী পুক্নিংবু কামনা তিনশিন্নখরে থংলে; হে কৃষ্ণা! 'সিগুম্ব প্রেমগী রারম কৃষ্ণগী মফমদা তম্বিয়ুকে কাওথ্রমাল্লে মাদি'

(ঞ) শুন হে দয়িত ব্রজে জনমে তোমার।
ব্রজের সমৃদ্ধি সুখ অপূর্ব্ব অপার॥
শুন শুন প্রাণপতি আনন্দে ইন্দির সতী
তোমা লাগী ব্রজভূমে করেন বিহার।
কিন্তু হায়! গোপীকার, দুঃখের নাহিক পার,
তোমার বিরহ তাপে তপ্ত অনিবার॥
দেখ হে প্রাণের প্রাণ, তোমাতে ধরিয়া প্রাণ
তোমার গোপীকা তোমার খুঁজে চারিধাম॥

---

(ঞ) তাবিয়ু হে ব্রজগী মবুঙো! শ্রীবৃন্দাবন্দা জন্ম ওইবিবনা ব্রজগী থোঙদোক্লা নুংঙাইবগী চাওখৎপনি, তাবিয়ু হে থৱাইগী থৱাই ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা জন্ম ওইবা বৃন্দাবনবু ফংজবদা লক্ষ্মীনা নুংঙাইজরি। অদুবু ব্রজ গোপীদি শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গবগী মৈচাক কোকপা ফংজদ্রে, কনগ্নেদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম কনানসু খাংবা ঙমলরোই য়েংবিয়ু থৱাইগী থৱাই ওইবা ব্রজ গোপীনা দেহবু পুতুনা তিংজরিবদি কনাগুম্গী নত্তে শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তনি, লেংথোকপিরক্লো দর্শন পিনবিরো।

*অস্মম্বা রাস হোৎখ্রে, মথংদা কৃষ্ণ অন্বেষণ তৌখ্রে। হৌজিক্তি গোপী গীত লাক্লে।

---

# গোপী গীতম্

## দশম স্কন্ধঃ একত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীগোপিকা উচুঃ।

জয়তি তেঽধিকং জন্মনা ব্রজঃ শ্রয়ত ইন্দিরা শশ্বদত্র হি।

দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষু তাবকাঃ ত্বয়ি ধৃতাসবঃ ত্বাং বিচিন্বতে ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ। শ্রীগোপীকাঃ উচুঃ = গোপীশিংনা হাঈজখি, দয়িত = প্রাণ কোটিদগীসু তেম্না চান্নরবা অথোঈবা, তে = ইবুঙোনা, জন্মনা = ব্রজভুমি অসিদা পোকপিবনা, অধিকং = হেল্লিবনি, হাঈবদি ব্রজভুমি অসে নহাক্না পোকপিবদগী বৈকুণ্ঠ লোকুগীসু হেল্লবনি, জয়তি = থোইদোকনা অহেনবা মশক ওইরে, ইন্দিরা = লক্ষ্মীনা হাঈবদি সম্পত্তি পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবী লক্ষ্মীনা, অত্রঃ = ব্রজ অসিদা, শশ্বৎ = অতং অথম লৈতনা, শ্রয়তে = ব্রজ অসিদা সেবা তৌতুনা লৈরিএ, কিন্তু হা! = অরাবদি অঙকপনি, ত্বয়ি = ইবুঙো নহাক্কী মফমদা গৃহস্থিশিংগী ওইবা পুম্নমকপু থাদোকলম্লগা নহাক্কী-দমক্তা, ধৃতাসবঃ = ইন্দ্রিয় ধারণ তৌরিবা, তাবকাঃ = প্রাণনাথগী ওইবা ননাই গোপীশিংনা, দিক্ষু = মাইকৈ পুম্নমক্তা, ত্বাং = এথোঈগী জিবিকা ওঈরিবা ইবুঙোবু, বিচিন্বতে = কোঈনা থিজরি মরমসিদগী, দৃশ্যতাং = থাঙ্গেশেংনা (উহনবিরো) ফংহনবিরো। ১

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঈনরবা ব্রজরমণী অমশুং শ্রীকৃষ্ণগী থোঈনা চান্নরবী শ্রীরাধিকাগা লোইননা শুক্ল-মমলবা বনদগী যমুনা মপান্দা লাকপ্রে, যমুনাগী মপান থোঈনা পাক-চাওই, শরৎ কালগী ফজরবা থোঈনা

হেন্না লংলবা মঙালনি, মথল কয়াগী উচেক্কী মখোল, থম্বালনচিংবা অমদি ঈশিংদা হৌবা লৈ কয়া, ময়াঙ্গ কারবা খোঙ্গীমুশিংগী মখোন, মথল কয়াগী উ পাম্বী মচা কয়া, তপ্না লিরি শিংপা হুংশিংনা সেবা তৌরিবা অমসুং থরো থম্বাল কয়ানসু ফজরিবা মফমনি। হাঈরিবা মফম অসিদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনরবী ব্রজরমণীশিংনা ইবুঙোগী শ্রীরূপ অদুবু স্মরণ তৌরদুনা অমসুং নিংবা কাঙ্গরবী গোপীশিংগী মফমদা ফজবা রূপ অদু ফোংদোকপিয়ু। পুন্নমক্না পুক্নিংদা খনখি, ঐখোঙ্গীনা ফজরবা যমুনা মপান অসিদা নিংজবা পুন্নমক লোঙ্গনা কাঙ্গরবনি, অনিংবা অসিনা ইনসিল্ল ক্লবা নিংবা কাঙ্গরবা থম্মোইদা অনৌবা ভাব রাগ রাগিণী হুডাইথ্রবা অমা ফাওরক্লে. মসিমক মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণতবু থঞ্জরিবী ব্রজরমণীশিংনা মখোঙ্গী প্রাণবল্লভত্তবু নিংদুনা মথল মথা অয়াম্বা প্রার্থনা তৌজদুনা, হংল-হংলদুনা কোঙ্গনা চত্তুনা থির থিরদুনা, হা প্রাণনাথ! হা গোবিন্দ! কৌর কৌরদুনা কোঈথি থিজরুরে মহারাজ পরীক্ষিৎ।

ব্রজরমণীশিংনা যমুনাবু তুংওইনরম্লগা. যমুনা মপান্দা লৈরিবা বনশিংদা মাইওক্লনা শ্রীকৃষ্ণবু থিবা হৌরক্লে, পুক্নিংদা খল্লকই। মরমদি মখোঙ্গনা মতম অসিদা যমুনা রোমদা ওনশিন্দুনা ফমথরে। অদুম ওইনমক কানন ভুমি বন অদুদগী থোক্লকপদি উবা ফংথিদবনি তৌইগুম্বসুং মখোঙ্গনা যমুনাদগী খুদক্ত হৌগৎলগা, মপান অদুদ, (তোয়োত্থিতং তৎ পুলিনং সৈকতং সিকতাময়ং—অম্নুম্না অমরনা হাঙ্গবি) ফম্লগা মখোঙ্গী মমাংদা যমুনাগী লৈঙোই অতুগী মথক্তা মশিং নাইদনা উগী পংতি (পরে) কয়ানসু ফজরিবা বনগী মফমনি।

(খ) কৃষ্ণৈকগম্যো বাগর্থো যাসাং লেখিতুমিষ্যতে।
জাত্বাপরাধং দেবস্তাং ভক্তিং তস্বস্তু মে নিজাং॥
(মসি বৃহদ্বৈষ্ণবতোষণী টিকাদা হায়রিবনি)

(গ) কৃষ্ণৈকগম্যো বাগর্থো যাসাং লেখিতুমিষ্যতে।
তা এব কৃষ্ণনামযঃ স্বীকুর্বন্তু মদাগ্রহং॥
(ইতি লঘুতোষণী টিকাদা হায়রি)

ব্রজরমণীশিংনা মতমদুদা প্রার্থনা হায়রিবি, মখোয়দি প্রাণবল্লভকী মঙি চেল্লবা থম্মোইনি শোয়দ্রেনবনি অমসুং মতাক্তা (কৃষ্ণনা) মখোয় পুন্নমক্কী মফমদা লাক্লবদি শোয়দনা অরাবা অড় কোল্লগনি।

শ্রীভাগবতকী দশম স্কন্ধ ৩১ শুবা অধ্যায়দা, ২৯ শুবা অধ্যায়দা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবা ব্রজরমণীশিংগী প্রার্থনা অড় বর্ণনা তৌরি। গৌড়ীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামী অমসুং শ্রীপাদ জীব গোস্বামীগী টিকাদা উব ফংগনি হায়না পুক্কিংনা খল্লি ব্রজরমণী শংগা সিগুম্ব প্রার্থনা অসে থম্মোই শোকপা থোয়দোক্তা অরাবা অমনি।

(খ) কৃষ্ণতবু অথোয়বানি খল্লিবী ব্রজরমণীশিংগী প্রার্থনা মরাগী অসিনা থংহল্লিবদি মখোয়গী প্রাণবল্লভ শ্রীকৃষ্ণতবু থংনারবনি। অড়মক্তি ঐনা অড়গুম্বা মহাক্কী ব্যাখ্যা অড়দা চংশিল্লিবনি চৎনব, ভক্তি অসিদি লান্থোকই পিথোকই।

(গ) শ্রীকৃষ্ণপ্রেয়সী কৃষ্ণতনা অথোয়বনি খল্লিবী গোপীশিংনা হায়রিবা বাদি অমত্তা, ডাইরবা মখোয়গী প্রাণবল্লভ কৃষ্ণতবু খুডই। অড়ম ওইনমক ঐনা অড়গুম্বা মখোয়গী ব্যাখ্যা অড়দা চংগদৌরিনি,

(ঘ) ততআরভ্যঃ নন্দস্য ব্রজঃ সর্ব্ব সমৃদ্ধিমান্।
হরের্নিবাসাত্ম গুণৈ রমাক্রীড মভুন নৃপ ॥ (শ্রীভাগবতম্)

---

মসিদা অসিগুম্বা তোল্লবী ব্রজরমণীশিংনা অমত্তা ঙাইরব শ্রীকৃষ্ণতবু নিংজরি ঐখোঙ্গী মাং অসিদা থৌজানগী মিংয়েং অতু উহনবিরো পিনবিরোগবা হে কৃষ্ণ! অসিনি।

শ্রীকৃষ্ণতনা অথোঙ্বনি খঙ্গবিবী ব্রজরমণীশিংনা তোল্লবীনি খংহন্দুনা প্রার্থনা তৌরদুনা হাঙ্জখিবনি মদুদি—হে দয়িত! হে চানরবা! নহাক্না মফম অসিদা পোকপিবদগী ব্রজভূমি অসি মখল কয়াগী সম্পত্তিগী তুংনফম ওইরবনি। মফম অসিদা করিগুম্বা মখলগী অরাংপা করিস্ত লৈখিদ্রে, পুন্নমক অপেনবা অমসুং নুঙাইবা ওইদুনা চিংনবা লৈতনা পুন্সিসি লেঙ্গবিবনি। নহাক্না পোক্লিউদে মমাংদা পৃথিবী অসিগী করিগুম্বা মফমদা অসিগুম্বা সম্পৎ অসি লৈবমদনি। হৌজিক অসিদদি অতোপ্পা সম্পত্তি কয়া কয়া উরক্লে, মসি ফোংদোক্লা খংনরক্লে, সম্পত্তিগী মপু ওইরিবী ইন্দিরা লক্ষ্মীনা অসিগুম্বা ব্রজ ভূমিদা বিরাজ ওইরবে। ব্রজ বৃন্দাবন নুঙাইবা ফজবা কয়ানা শিনথুংলবে। বৈকুণ্ঠদস্তু শ্রীনারায়ণগী শ্রীপাদ সেবাদি ঐতগীনি হাঙ্গিদুনা ফংভরি। ইন্দ্রগী স্বর্গদস্তু লক্ষ্মীনা থৌগল্লি, মর্ত্ত্য ধামগী যুমথোং কয়াদস্তু পূজা কংচরি নুঙাইহল্লি।

শ্রীকৃষ্ণ পোকপদগী হৌরদুনা ব্রজভূমি অসি চাওখংপা হেঙ্গৎলকপগী রা অসি, শ্রীকৃষ্ণ জন্মোৎসব মতাংসিদা পরহংস শিরোমণি শ্রীশুকদেবনস্তু বর্ণনা তৌগ্রবনি।

(ঘ) অস্মুন্না শ্রীকৃষ্ণ পোকপদগী হৌরদুনা নন্দগী ব্রজ অসে মখল

(ঙ) নিষেবা সরিতাং পত্যুস্তটীং পক্ষিগণা শ্চিরম্।
যৎ পিবন্তি সরস্তোয়ং সৈব লজ্জা মহোদধেঃ॥
(ইতি প্রাচীন শ্লোকঃ)

---

কয়াগী চাওখৎপা মপুং ফাবা ওইরবনি। শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম ওইরকপনা ব্রজ অসে সম্পত্তি পুন্নমক্কী লৈফম ওইরিবী লক্ষ্মী দেবীনা ইবাঙো শোঙ্গদনা বৃন্দাবনদা লেংবিরক্লগনি, ইবুঙোগী পুর্ণ সেবা থৌগনজগে ডাঙ্গরকপনি।

শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী ব্রজবনণীশিংনা হাঙ্গজখরে—হে দয়িত! (দয়িত হাঙ্গবগী অর্থদি পৌজানবিবা, চানবি হৈবা, পুন্নমক্কী তুংনফম ওইবিবা ইবুঙো মহাক্তুব থংনরিবনি) নহাক্না পোকপিবদগী ব্রজ অসি সম্পদি পুন্নমক্কী তুংনফম ওইরিবী দেবী ইন্দিরা, ব্রজধাম বাসি, নর-নারী, পশু-পক্ষি, বৃক্ষ-লতা তুরেন্নচিংবা পুন্নমক্না সুঙাইবা মপুং ফাবা য জরিবনি।

(ঙ) সমুদ্র মপান্দা লৈবা উচেকশিংনা থৌরাংবা কোক্লনবগীদমক কোঙ্গনা পাইদুনা পুখ্রিগী ঈশিং থকলুরি, মসিদা মপান নাইদ্রবা সমুদ্রনা থোঙ্গদোক্না ইকাইনিঙাই ওইরিবনি লাল্লগদরনে?

মতাঙ অসিদস্সু সুংশিনবা কাঙ্গনবদা জীবন অদু ধারণ তৌবদা ওইথোক্তবা নত্তে অদুম ওইনমক ঐথোঙ্গনা মতৌ করম্না হিংলিবসি থংবিফম থোক্তবরা? ঐথোঙ্গনা থংই ঐথোঙ্গী প্রাণ কথোকখ্রবনিনা কাঙ্গনবগী মৈনা চাকথেকখ্রবস্সু থরাই প্রাণদি লংনবিগন্সু। অদু নত্রগা কাঙ্গনবগী মৈচাক কিডুনস্সু মৃত্যু অদু লাক্লবদা ঐথোঙ্গী প্রাণ অসিদদি শ্রীচরন্দা থম্বিয়ু মতম চুপ্পগী ওইনা সেবা ফংহনবিয়ু।

(চ) অকৈতব কৃষ্ণ প্রেম, যেন জাম্বুনদ হেম,
হেন প্রেম নৃলোকে না হয়।
যদি হয় তার যোগ, না হয় তবে নিয়োগ-
বিরহ হইলে কেহনা জীয়য়।

---

হে দয়ানিধে! কল্লবা কাঙ্গনবগী মৈচাক্লা চাক্কনি কিরত্থুনা মৃত্যুগী মশক ওইবা শ্যেন্যপক্ষিগী মতৌগুম্বা ঐখোঙ্গগী থরাঙ্গগী মশক ওইরিবা পিক্লবা উচেকপু গ্রাস তৌদে মসিদা চিংননিঙাই লৈত্রবনি।

(চ) জম্বুনদদা লৈবা সনাদি য়াম্না শেংবনি, হাঙ্গরিবা সনা অসি করিগুম্বা ধাতু অমা য়ানশিনদ্রবনি, অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম মহৌশানা বিশুদ্ধনি শেংথ্রবা কৃষ্ণগী প্রেমনি। অসিগুম্বা ঐখোঙ্গগী লৈজরিবা থম্মোইগী শেংলবা কৃষ্ণগী প্রেম কনানসু মাংহনবা নমথবা ওয়ল্লরোইদবনি। হাঙ্গরিবা অসে নর লোক সংসার অসিদা অতীব দুর্লভ অতাংবনি। অসি নত্রগসু "নবা অরে সর্ব্বস্য কামায় সর্ব্বস্বং প্রিয়ং ভবতি, আত্মনস্তু কামায় সর্ব্বং প্রিয়ং ভবতি" (মসি শ্রুতিনা হাঙ্গবনি) কনাগুম্বনা কনাগুম্বা অমবু হেক পেলহনবা ওইথোক্তবনি। প্রেমনা মরম ওইদুনা হাঙ্গনরুবা লৈতনা লাঙ্গবক্লা তম্বনি খনগদবনি অবস্থা অসি ওইরক্লবদা মুংশিবা কাঙ্গনবগী অরাবা থাদোক্কদবনি, মহুগীদমক্তা চিন্তা থাদোকনি। ব্রজগী রমণীশিংনা মশাগী অপাম্বা লৈত্রবসু প্রেমগী সমুদ্রগুম্বা কৃষ্ণ কাঙ্গনরবসু হৌজিক হিংলি। "ত্বয়ি ধৃতাসবঃ" অমত্তা ভাইরবা কৃষ্ণ ফংননবগী রাখন্দা মখোঙ্গ কাঙ্গনবগী মৈচাক্লা চাক্লবা দেহ থরাইদি লৈরি শিদ্রি। অমদি প্রাণদি কৃষ্ণগী চরন্দা কাথোক্লে হাঙ্গবনসু ঐখোঙ্গগী থরাইদি মাংখিদ্রি।

**শরদুদা শয়ে সাধুজাত সৎ সরসিজোদর শ্রীমুষা দৃশা**
**সুরতনাথ তেহশুল্ক দাসিকা বরদ নিঘ্নতো নেহ কিং বধঃ ॥ ২ ॥**

অন্বয়ানুবাদ। সুরতনাথ ! =তিন্নবা প্রেম হাঙ্গৈরিবা অসিগী মপু ওইরিবা, বরদ=অপাম্বা মীতুগী পিনিরিবা, শরদুদা শয়ে=শরৎ কাল মতমদা ওইরিবা পুখ্রি অদুদা, সাধুজাত-সৎ-সরসিজোদর শ্রীমুষা=ফজনা ফুগাইনা শাৎলবা থম্বাল অদুনা (শ্রীনয়ন থম্বালনা) পুক্লিং হুনা ইংনা নিংথিজনা ফজরবা, দৃশা=অদুগুম্বা মিৎ অদুনা, যা শুল্কদাসিকা=মমল য়াওদনা ননাই ওইজরিবী ব্রজগী রমণী এখোঙ্গৈবু, নিঘ্নতঃ=হাৎতোকপিরি, ইহতে=অসিগুম্বা নহাক্কী মতৌসে, কিং ন বধঃ=করম্বা মীহাৎনো করম্বা মথলগী খুৎলাইনো হাৎপিরিবা অসিবো ?॥ ২ ॥

---

কৃষ্ণ কাঙ্গৈনরবী ব্রজরমণীশিংনা মতম অদুদা যমুনা মপান্দা শ্রীকৃষ্ণতবু লক্ষ তৌদুনা তোন্না, নোল্লুক্না, ইকাই নুংশি য়াম্লনা, প্রার্থনা তৌজরি পুক্লিংনদি থাজদে। মবমদি মতম অমত্তদা গোপ-রমণী কোটি ১০০ তিন্নরগা থম্মাক্ত শোক্না লাও খোংবা তৌরকই অমসুং মাঙ্গৈকৈ অমরোমদা প্রার্থনা তৌজখি, মসিদা করিস্তু থাজনিঙাই (সঙ্গতি) দি ওইদবনি। মবম অসিদগী গোপী ১০০/১০০ তিন্নদুনা অমমমগী লুচিংবী গোপীনা মশা মশাগী রাখলগী মতুং ইন্না প্রার্থনা তৌনা থংহনখি। গোপী পুম্নমক্কী প্রার্থনাগী রাইহেশি বর্ণনা তৌবদি ওইথোক্কে হাঙ্গৈদুনা পরমহংস শিরোমণি শুকদেবনা মখোই পুম্নমক্কী মনুংদা থরগী প্রার্থনাদি তৌরি। শ্লোক খুদিংনা তোঙান তোঙান গোপীগী রা অদু ফোংদোক্লবসু পুম্নমক রাখল মান্নরগা করিগুম্বদা সঙ্গতি ওইদবস্তু নত্তে যমুনা মপান অসিদা

মশিং খংদবা গোপী ঐথোঙ্গী তিন্নরগা পুন্নমক্কী লুচিংবী গোপী অমনা "জয়তি তেহধিকং জন্মনা ব্রজঃ……" অসিনচিংবা শ্লোকসিনা পুক্লিংনী অরাবা খংহনবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ দর্শনগী প্রার্থনা অসি তৌরগা কৃষ্ণগী মফমদা হাঙ্গিদনবা ওইবা অরোঙ্গিবদা অভোম্বা কাংবুগী লুচিংবী গোপীনা হাঙ্গিজখি—হে স্মরণনাথ ! নহাক্কী মিংক্কী ভঙ্গিদা ঐখোঙ্গী পুন্নমক্কী হাঙ্গিজরিবা অমুকস্নু বহুহবগ হুমিত্তা বর পীনবু কাওক্লিবরা ? অত্তুবু অরাবদি ঐখোঙ্গী অসে নাইবক পিবগী মগা পোক্লবীনি। অসিগুম্বা নয়ন ভাঙ্গনা ঐখোঙ্গী পুন্নমকপু হাংপিরে নহাক্কী নয়ন ভঙ্গি অসি কয়াদা মগুণ লৈত্রবনো, অসিদা করি অমুক হাঙ্গিসিগে ?

পুন্নমক ওইপ্রসন্ন ঐখোঙ্গী অসে হৃদয় চন্ন ব্রজবালানি, ভসিদগী হৌরদুনা নহাক্কী নয়নগী গুণ খংবা ঙমদ্রে। ঐখোঙ্গীনা অতেংপা লৈতনা নিংথিজরবা বন অসিদা কোকনা চংনি। মবন অসিদগী নহাক্কী হুরানবা মিং অসিদগী ঐখোঙ্গী তপাংবা ভনখিগদরা ? নহাক্কী হুরান মিত্তা অসিদা ঐখোঙ্গীগী মান, ধৈর্য্য, ধর্ম্ম, লজ্জা, প্রাণ, মন, অসিনচিংবা পুন্নমক লোঙ্গীনা হুরাল্লগা মতম কুহনগীদমক ঐখোঙ্গীনা নহাক্কী চরন্দা মমল য়াওদনা ননাই ওইরিবনি। ঐখোঙ্গীনা করিগুম্বা হুমিত্তা করিগুম্বা মওংদা থওইজনবা তৌরকহুনা চুম্না সাধারণ ওইনা মফম পুন্নমক্কে চংলি, নহাক্কা হুরাঙ্গী লাঙ্গীনা ঐখোঙ্গীগী ধৈর্য্য, ধর্ম্ম, লজ্জানচিংবা হুরাল্লি অমসুং ঐখোঙ্গী মমল য়াওদনা ননাই ওইরিবনি।

মবম অসিদগী হে চান্নবা ! মতম অসিদা নহাক্কী রমণী কোটি ১০০/১০০ হাংপা পাপতগী মুক্তি লম্বী ফংনবগীদমক নিংলিবনি, অদু ওইরবসু তিন্দনক ঐখোঙ্গীগী মিংকী মমাংদা লৈবিররো অমসুং করিগুম্বা মতমদা নহাকপু উদ্রবদা ঐখোঙ্গীনা করম্না জীব ধারণ তৌদুনা লৈজবদু ওইগোত্তনান নিংই।

তথাহি—শ্রীগোপাল সহস্রমে কৃষ্ণবাক্যং—
গৌরতেজো বিনা যস্তু শ্যামতেজঃ সমর্চ্চয়েৎ।
জপেৎ বা ধ্যায়তে বাপি সভবেৎ পাতকী শিবে॥ ১৭

---

অদুগুম্বা মীচুনা গৌরতেজ ওইবী শ্রীরাধাবু হুন্দোক্তুনা কৃষ্ণ ঐবু পূজা তৌরবা, হোম জপ, ধ্যান তৌরবদি মথোঙ্গি অদু পাতকী পাপী হাঙ্গিবচুনি খংনগনি, হাঙ্গিবদি মীচুনা রাধাগী মীংনা মাং খারগা "রাধাকৃষ্ণ রাধেকৃষ্ণ" হাঙ্গিদচুনা কৃষ্ণরাধে হাঙ্গিনা শোল্লবদি পাতকী ওইরগদবনি অসুম্না শ্রীকৃষ্ণমক্না তাকপিখি।

মতৌ অসুম্না থুপনা থমগ্রবা শ্রীরাধাগী প্রেমবু অথগুনি পুর্ণনি হাঙ্গিবসিনা খংগ্রসনু। কৃষ্ণ ঐগী মুরলীবু থেক্কত্তুনা হুন্দোকখ্রবা ফাওবদা পুর্ণ ওইবনা রাধাকৃষ্ণগী প্রেমদি পুর্ণানন্দনি হাঙ্গিনা খংলসনু।

* মুরলী হরনগী মতাংদসু শিবানন্দজি গোস্বামিনা খংহনজে। মতেক মতেক থুদেকখ্রবা মথুল অমত্তা ভাঙ্গিরবা বঁশীদো রাধাগী খুত্তগী গোবিন্দগী খুত্তা হেক য়ৌবদা হান্নগী রন্ধ্র তরুক্কী মপুঙ ফাবা হেক্তা ওইখি। শ্রীরাধিকাগী প্রেম্না পুর্ণ ওইখিবনা মতেক মতেক তারুরবা বঁশী ফাওবা পুর্ণ ওইখি। মুংগী রসদি—ইবেম্মগী প্রেমদি অথগুনি পুর্ণনি। অতৈ সখিশিংগী প্রেমদি থগু ওইবসু লৈ শ্রীরাধিকাগী খুত্তা লৈহৌরিবা মুরলী মতেক অদুদি থুদক্তা পুর্ণ হেক্তা ওইখি শেমজনখি, মসিনা খংহনবদি—কৃষ্ণ পুর্ণানন্দ ঘনীভূত সাকার ব্রহ্মানন্দনি।

শ্রীমদ্ভাগবতদা—রাধা পন্দবদি গোপী প্রেমগী রহস্য তত্ত্ববু ফংজনিংবনা শ্রীশুকদেবগী হৃদি মন্দিরদা রাধাগী বিগ্রহবু প্রেমগী পৌরিনা পুন্দুনা থৌগঞ্জখিবা সেবানা ইবেম্মবু মপান থোংদা পনখিদবনি।

শুন হে সুরত নাথ তোমার নয়ন. সবার সর্ব্বস্ব ধনকরয়ে হরণ।
শারদ সরসীজল হাতে ফুল্ল শত দল,
তার গর্ভ পত্রে যেই অসম সুষমা॥
(আনন্দ বৃন্দাবন চম্পুঃ)

---

তাবিয়ু হে সুরত নাথ! ইবুঙোগী শ্রীনয়ন থম্বালদি জীব ওইবনা ননাই ঐখোঈপুম্বগী লল-থুম, মণি-মুক্তা, ইচা-ইশু অমসুং স্বপরিবার পুন্নমক্কা লোইনরবা থব্লাইস্ুু হুত্নুনা পুবিথ্রে। লেমহৌরিবহুদি পঞ্চ ভূতনা শাবা দেহ অসি থক্তংদি লেমহৌরি, শরৎ-ঋতুগী লুরবা পুখ্রিদা ফজনা শাৎলিবা থম্বালগী লৈরিক লৈকা লোইননা পুখ্রিবুসু ফজহল্লবা অতুগুম্লবা শ্রীনয়ন থম্বালনা লৈতেংলবা শ্রীরূপ মাঙখরে থিবা ফংদ্রে উহনবিরোগবা। পঞ্চ ভূতনা শাবা দেহ করি কান্ননি।

* * * * *

★ শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা বাসুদেব, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ, সঙ্কর্ষণ লোইননা অবতার তৌই। লক্ষ্মীসু বৈকুণ্ঠদা শ্রীনারায়ণ পাদ সেবা তৌদুনা লৈ। স্বর্গদা ইন্দ্র রাজগী কোন্নুং ঙাক্তুনা অরাৎ-অপা লৈহন্দে। মর্ত্ত্যধামদা লৈরিবা অরাবা, লাইরবা কয়াগী য়ুমথোং খুদিংদা পূজা তৌরি মথোঈগী মফমদা অরাৎপা লৈহন্দে। শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণ লেংবিরক্কদৌরি হাঈদুনা ইবুঙোগী সেবাগীদমক ঙাইদুনা লৈজখ্রবীনি শ্রীকৃষ্ণসু বৃন্দাবন্দা অবতার তৌবিরকপা ইবুঙোতনা ঐশ্বর্য্য তরুক্কা সম্পূর্ণ ওইবনি মরম অসিনা শ্রীবৃন্দাবন্না অথোইবা ওই হাঈদুনা ব্রজ গোপীশিংনা শক-শোঞ্জরিবনি।

বিষজলা প্যয়াদ্ ব্যালরক্ষসাদ্ বর্ষমারুতাদ্ বৈদ্যুতানলাৎ।
বৃষময়াত্মজাদ্ বিশ্বতো ভয়াদ্ঋভ তে বয়ং রক্ষিতাঃ মুহুঃ॥ ৩॥

মণিপুরীদা অন্বয়ঃ। ঋষভ! = হে মুপা মরক্তগী অথোইবা! বিষজলা প্যয়াদ্ = হু য়াওরবা কালিহ্রদগী ঈশিং থকলুবদগী যণশিং অমদি গোপ গোপীশিংসু শিরগবদগী, ব্যালরক্ষসাদ্ = অচৌবা লিনগী শক্তম লৌরিবা অঘাশুর হিংচাবদগী, বর্ষমারুতাৎ = ইন্দ্রনা তৌরকপা অকনবা নোং-মুংশিং, চাওরবা লেনগা লোইননা শিংপা মুংশিংকী, বৈদ্যুতানলাৎ = অথাক-অরাওদগী, বৃষময়াত্মজাৎ = বৃষাশুর ব্যোমাশুর হিংচাবদগী, বিশ্বতো ভয়াৎ = মাইকৈ কয়া কয়াদগী অকিবদগী, দাবনলা = মৈগী অকিবদগী, তে = ইবুঙো নহাক্না, বয়ং = ব্রজ গোপী ঐখোঈবু, অন্যে চ = অতোপ্পা ব্রজদা লৈরিবা কয়া, রক্ষিতাঃ = ঙাকপিরকখ্রবনি।

---

অমরোমদসু অস্পুম্না হাঈরি — হে পুরুষ শ্রেষ্ঠ! মুপা পুম্নমক্তগী অথোঈবা! নহাক্কী মিৎকী মিৎয়েংনা ব্রজরমণী কোটি ১০০ সে শ্রীকৃষ্ণ কাঈনবগী মৈচাক্না শিরগদবদগী হন্না হন্না মথল কয়াদগী কনবিখ্রে। অদুগুম্বা মুমিৎ অদুদা কালিহ্রদগী হু য়াওবা ঈশিং শোকলুবদা ব্রজগী যণ, ইরোই, মথল কয়াগী শা অমসুং যণজেম্নহা কয়াগী থরাই মাংপ্রগদবনি অমসুং মখোঈবু কালীয় নাগ (লিন) না কোইশিনখিবা উরগা ব্রজগী অহল অমদি বনিতাশিং শিবা য়াবা দশা লাকপ্রবদা নহাক্না কনবিখি। মুমিৎ অদুদা হে ব্রজগী থরাই ওইরিবা! ইবুঙোনা কালীদমন তৌরগা পুম্নমকপু ঙাকপিখি অমদি

অদুগুম্বা কালীয় সর্প লিনস্থু যমুনাদগী তাম্থোক্লগা যমুনাগী ঈ য়াওরবা ঈশিং অমৃত ওইহনখি। চাগরবা লাইরেন মশক লৌরবা অঘাশুর হিংচাবদগী নুমিৎ অদুদা গোপ বালক অমদি যম্বী-যন্নাও পুম্নমকপুম্থু কনবিখি। দেবরাজ ইন্দ্রনা মতম অদুদা শাওরদুনা গোকুল লোইনা মাংহনবগীদমক অকনবা নোং হৈথখি, থাক-লাওবা কয়া তৌদুনা অমম্থুং হন্না হন্না লেন তাহনখি, অকনবা নোং হৈথবা মতম অদুদা নহাক্না ওইগী খুদোম্তুনা গোবর্দ্ধন চীং নুমিৎ তরেৎনি থাঙ্গতুনা ঐখোঈ পুন্নমক কনবিখি। অদুগী মতুংদা ইন্দ্রগী নাপল লোঈখিদুনা অমুক হন্না নবমী তিথিদা গোবর্দ্ধন থাংথখি, অরিষ্টাশুর ব্যোমাশুরনচিংবা কয়াবু মাংহন্নগা ব্রজবাসি পুম্বা কনবিগ্রবনি।

শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০ শুবা স্কন্ধগী ৩৬ শুবা অধ্যায়দা অরিষ্টাশুর হিংচাবগী মরমদা বর্ণনা তৌরি —

ফজ্রবা মপাঙ্গল মথৌনা য়াম্না লৈবা যণ লাবগী মশক মানবা হিংচাবনি। মহাক অসে মশা মউ য়াম্না চাও শাংই চীংগুম্বনি। লেংজুম অনিগী মরুম য়াম্না রাংই, নোংগী মপৈনা খেৎলিবনি। কংসগী অরিষ্টাশুর হিংচাবনা নোংমগী নুমিত্তা নম্বী, যন্নাও, গোপ, গোপীগা লোঈননা ব্রজ ভূমি অসি মাংহল্লনি হাঈদুনা ব্রজদা লাক্লগা নোং খোংবগুম লাও খোংদুনা অকিবা উৎলদুনা অমম্থুং মখোংনা থিনবদা উফুলনা পুভমম মমখি। ব্রজগী গোপ গোপী পুম্নমক কিখিদুনা কৃষ্ণগী মফমদা লাকখি অমম্থুং ঙাকপিয়ু কনবিয়ু হাঈরদুনা চংজখি। শ্রীকৃষ্ণনা মতম অদুদা কিগনু কিগনু হাঈরদুনা ব্রজবাসি

পুন্নমকপু থেমজিল্লগা পাম্বোম অনি থাঙত্তুনা অরিষ্টাশুরগী মনাক্তা চেনশিনখি অমস্তুং মচাক্কী মচি অনি অত্থু পায়রগা মহাকপু লৈপাক্তা কন্না লংথখি অস্তুন্না মহাকপু লানবিখি।

শ্রীমদ্ভাগবত্ত দশম স্কন্ধগী ৩৭ শুবা অধ্যায়দা ব্যোমাশুর রাক্ষসকী বৃত্তান্ত বর্ণনা তৌরি—

নোংমগী তুমিত্তা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীদাম সুদামনচিংবা গোপ পুন্নমক্কা লোইননা মণ শেনবদা গোবর্দ্ধন চীংগী মনাক্তা লাকখি অমস্তুং মণ ময়াম্না লৈবা মফমদা গোপশিংগা লোইননা কেকু লোংপি শান্নখি। গোপ কয়া য়াওশিং লোয়ননা মুত্তাইরবা লীলা শান্নখি হুরানবা য়াবা হুরাল্লগা গোপশিংবু কোইথি থিখি, য়াওগী মশক লৌরবা গোপশিং ময়দানবপকী মচা ব্যোমাশুরনা অস্তুন্না হুরগা চীংগী গুহাদা থল্লগা মুংপাক্তা মমাই অত্থু মেনশিনখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা পুন্নমক ঊরদুনা খংলদুনা অকনবা নোংশাগী খোলাওদা ভংলদুনা ব্যোমাশুর তমনা পাইশিনখ্রে ব্যোমাশুর নিজ মুর্ত্তি পুথোক্লগা শ্রীকৃষ্ণদগী মশা হিংননবা হোৎনখি। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কনানা খংগনি ব্যোমাশুর কৃষ্ণগী খুত্তা প্রাণ থাখ্রে।

শ্রীমদ্ভাগবতকী বর্ণগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাগী নোংপোক ওইরপ্পা, অরিষ্টাশুর অমস্তুং ব্যোমাশুর হিংচাবা অনি লানথিখরে। গোপ রমণীশিংনা রাস লীলা হোৌগংলকপদা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধ্যান (মাংখিবদা) তৌকম খংজদুনা শ্রীকৃষ্ণ লীলাগী রারী শান্নখি। মতম অসি কৃষ্ণগী বয়স চহি ৮নি। মরম অসিদগী অরিষ্টাশুর, ব্যোমাশুর হাৎত্রিবৈগী তুমিং হুমনিগী মমাংদা গোপ রমণীশিংনা লীলা অসি ফোংদোকখিবনি। মসিদা মখোজনা থল্লি—গোপ রমণীশিং, মুনি

মসিগী মরমদা গৌরীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীপাদ গোস্বামিনা মহাক্কী বৃহদ্বৈষ্ণবতোষণী টিকাদা অস্নুমা হাঈখরে—

(ক) তত্র বৃষময়াত্মজাদিতি ভাবিস্মূচনং সহজ সর্ব্বজ্ঞাৎ।
তস্য ভাবিত্বেহপি ভূতনির্দ্দেশং সুনিশ্চিতত্বাৎ॥

---

গর্গাচার্য্য, ভাগুরিনচিংবা মুনিশিংনা, শ্রীকৃষ্ণগী ভবিষ্যৎ কালগী লীলা বর্ণনা তৌবনি। শ্রীকৃষ্ণ কাঈনরবী গোপ রমণীশিংগী মহৌশাগী ওইবা শক্তি খংলবদা ভবিষ্যৎ কালগী নুভাইবতুদি ওইথোক্তবস্নু নত্তে।

(ক) কৃষ্ণ কাঈনরবী ব্রজরমণীশিংনা অদুগুম্বা অরিষ্টাশুর অমসুং ব্যোমাশুর বধগী কথা অদু খন্নখরে, মসিদা মথোঈগী মহৌশাগী ওইবা পুন্নমক খংবগী য়াদা লাক্কদৌরিবা কৃষ্ণগী লীলা ফোংদোকখি। থোঈদোকপা অমনা মথোঈগী কাঈনবগী মতম অসিদা অথোঈবা প্রেম পুথোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণগী হৌখ্রবা, তুংদা ওইরক্কদা অমসুং হৌজিক ওইরিবা, মতম অদুমগী লীলা অসে মথোঈগী থম্মোইদা ফাওরকই। "বৃষময়াত্মজাদ্ বিশ্বতো ভয়াদৃষভ তে বয়ং রক্ষিতাঃ মুহুঃ" অসিগুম্বা গোপীগী য়াকম অসিদা ঐথোঈনা অরিষ্টাশুর অমসুং ব্যোমাশুর-নচিংবনা তৌরকপা অত্যাচার (ওং-নৈরকপা) কয়া কয়াদু নহাক্কী কৃপানা কনবিখিবনি। অসিগুম্বা হৌখ্রবা মতমগী থবক অদু নিংশিংলগা খংখ্রবনি মতুদি, কৃষ্ণনা ওইরক্কদবগী মমাংদা শোইদনমক অসিগুম্বা লীলা শান্নখ্রবনি। ভবিষ্যৎকীস্নু লীলা ওইনা হৌখ্রবা মতমগীদি নির্দ্দেশ তৌরুবগী কান্নদরে হৌখ্রবনি।

শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা মতাক্নী সারার্থ দর্শিনী টিকাদা মতাং অসি আলোচনা তৌগ্রবনি—

মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণ কাঈনরবী ব্রজরমণীশিংনা কৃষ্ণতবু খল্লগা মখোঈগী অরাবষ্ট কোকই হাঈজুনা খংহল্লগা প্রার্থনা তৌবা, শকপা-শোনবা হৌরক্লে। মখোঈনা অসুম তৌনা নুমিং কয়ানিগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা অরিষ্টাশুর অমস্তুং ব্যোমাশুরবুসু লানবিখি। তৌইগুম্বস্তুং গর্গাচার্য্য অমস্তুং ভাগুরিনচিংবা মুনিশিংনদি শ্রীকৃষ্ণগী জন্ম পত্রিকাদা তাকখরে মসিদি ব্রজরমণীশিংনা অমস্তুং মসিগী প্রসঙ্গদা গোপ রমণী-শিংনসু নুমিং কয়ানিমুক্নী মমাংদা তাগ্রবনি।

অদু ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণ কাঈনবরী ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ উদ্দেশ্য তৌরগা পুক্নিংগী অন্নাবা খংহনগে হাঈবগীদমক প্রার্থনা তৌখরে—হে ব্রজ জীবন! নহাক্না অরাবা তারবা ঐখোঈ পুন্নমকপু ডাকপিরি, মসিদা করি অমুক হাঈরুগনি। ঐখোঈনা হে কৃষ্ণ! ইবুঙো নহাক্না কালীয় দমনদা অঘাশুর হাৎপদা, গোবর্দ্ধন ধারণ তৌবদা, অমস্তুং অরিষ্টাশুর অমদি ব্যোমাশুর হাৎপা কান্দসু ঐখোঈগী জীবনসে ডাকপিখিদবা নত্তে. পুন্নমক দাবানল নচিংবা মখল কম্নাদা ঐখোঈনা অকিবগা লোইননা পঞ্চ স্বরদা লাওবদা নহাক্না ডাকপি-থ্রবনি অরাবনি! লাইবক খিবী ঐখোঈগী পুন্সিবু কনবিখি, কোটি কোটি গুণদগী হেল্লবা কাঈনবগী মৈচাক অসিনা ঐখোঈ মৈ চাকলি, হে ব্রজ জীবন! পুন্সিগী অরোইবা মতম কাওবদদি নুডাইনা সেবা ফংহনবিয়ুগবা। গোবর্দ্ধন ধারণনচিংবা তৌবিরগা ঐখোঈগী জীবন ডাকপিথ্রিবসিগী কান্নবনা করিনো? "বিষবৃক্ষোহপি সংবর্দ্ধ্য স্বয়ং

(খ) দোষাকরোঽপি কুটিলোঽপি কলঙ্কিতোঽপি,
মিত্রাবসান সময়ে বিহিতোঽপি।
চন্দ্রং তথাপি গিরিশং শিরসা বিভর্ত্তি নৈবাশ্রিতেষু,
গুণ দোষ বিচারনা স্যাৎ॥ ইতি (প্রাচীন শ্লোকঃ)

---

ছেত্তুমসাম্প্রতম্" অসিগুম্বা শিষ্টশিংগী বচনদি মশানা থাজখিবদি হু পাম্বীনি খংলবস্তু মশামক্তা হেক ককথৎপদি য়াদে। হাঙ্গৈরিবা বা অসি সংসার অসিদা চৎনরিবনি খংলরিবনি।

তোইগুম্বস্তুং হে ব্রজগী জীবন! নহাকী মফমদা জীবন দান তৌগ্রবস্তু করিগীদমক্তা করম্না পুন্সিসি লোইরমদাই ফাও চানবিররোইদ্রা? মসি হাঙ্গৈবিয়ু হে গুণ পুম্নমকী তুংনফম ওইবিরিবা! পুম্নমকী অথোঙ্গৈবা ঐখোঙ্গৈগী থরাই কোটি কোটি ওইরিবা হে ব্রজ জীবন! উদ্রবা মতমদা ঐখোঙ্গৈগী থরাই ওইদ্রগা উরবা কান্দা ঐখোঙ্গৈগী জীবন ভাকপি অঙকপা কৃষ্ণনিকো!

(খ) থা হাঙ্গৈবসি অহিংগী মরুপনি, খোঙ্গৈনা চৎলি কলঙ্কনি অমস্তুং মরুপ ওইরিবা সূর্য্যনা ময়েং তারবা মঙালনা শাম্নবা মতমদা, থোকপনি তোইগুম্বস্তুং অসিমক ওইরবস্তু শ্রীশঙ্কর মহাদেবনদি থক থাদোক্তে। শ্রীশঙ্করনা থাগী (চন্দ্রগী) মথল কয়াগী দোষ খংলবস্তু মহাকপু কোক্তা থেতুনা থাঙ্গতুনা থমগ্রবনি। চংজরক্রবা মীগী দোষ অমস্তুং গুণদি করিগুম্বদা বিচার তৌরোইদবনি হাঙ্গৈনৈ।

মরম অসিদগী হে গোপীজন প্রাণবল্লভ! নহাকী চরন্দা চংজরক্লিবা গোপীশিংনা দোষ ১০০/১০০ লংজগ্রবস্তু (থোপগ্রবস্তু), ঐখোঙ্গৈনা ইবুঙো মহাকী শ্রীচরণবুদি কৈকৌদৈদস্তু থাদোকচররোই।

(গ) হে কৃষ্ণ পুরুষ শ্রেষ্ঠ ব্রজের জীবন।
কতশত বার ব্রজের রেখেছ জীবন ॥
কালিয়ের বিষজলে মৃত ব্রজের প্রাণ দিলে
অজগর গ্রাসে পুনঃ করিলে রক্ষণ।
ইন্দ্রের প্রচণ্ড কোপে বর্ষা বায়ু বজ্রতাপে
গোবর্দ্ধন গিরি তুমি করিলে ধারণ ॥

(গ) হে কৃষ্ণ পুরুষশ্রেষ্ঠগী অথোঙ্গৈবা! ব্রজভূমি অসিদা লৈরিবা জীব কয়া কয়াগী শোঙ্গৈথিবা লানখিবা ১০০/১০০ ইবুঙো নহাক্না ঙাকপিখি কনবিখি। ইন্দ্রগী অত্যাচারদা নহাক্না গোবর্দ্ধন চীংবু ইরাই লাইনা অঙাং মচা অমনা ছাটিন থাঙ্গৎপগুম থাঙ্গৎপিদুনা জীবশিংবু কনবিখিবদাই।

য়েক্লবা অমা ওইরবা অরিষ্টাশুর কেশী অমসুং ব্যোমাশুরবু ভক্ত অমগুম শ্রীচরণ ফংহনবিখি।

অদুঙৈ কালিয়হ্রদগী হু য়াওবা ঈশিং থকলুবদগী অরাবা তারবা ব্রজগী গোপ গোপী, ষণ্ঢী কয়াগী থরাইবু ময়াই কল্লবা হু অদুবু চিংথোকপিদুনা রক্ষা তৌবিখি।

অদুগুম্বা হুগী শরুক থরা ব্রজরমণী ওইবী ঐখোঙ্গী থম্মোই নুংশিদা লৈহৌরদুনা ওসি ঐখোঙ্গী থম্মোইদা নাপল হাঙ্গৈবদো লৈগ্রবরনে? হু য়াওবা ঈশিংবু অমৃত ওইহনবিখিবগুম ঐখোঙ্গী হু চেল্লবা দেহ অসে, হু চেন্দ্রবা দেহ হাঙ্গৈবদো ওইহনবিদুনা শ্রীচরণ সেবা অমুক্তদি লেংথোকপিরক্নুনা ফংহনবিয়ুগবা হে! গিরিধারী।

ন খলু গোপীকানন্দনো ভবা নখিল দেহিনা মন্তরাত্ম দৃক্।
বিখনসার্থিতো বিশ্ব গুপ্তয়ে সখ উদেয়িবান্ সাত্বতাং কুলে ॥ ৪

অন্বয়ানুবাদ। হে সখে! = হে পরম প্রেমাস্পদ! ভবান্ = নহাকসে, খলু = লেপ্পমক, গোপীকানন্দনঃ = শ্রীযশোদাগী মচানি হাঈবদা, ন = নত্তে, অখিল দেহিনাং = অয়াম্বা জীবশিংগী, অন্তরাত্ম-দৃক্ = অন্তর্য্যামিনি, বিশ্ব গুপ্তয়ে = জগৎ অসি কনবিনবগীদমক, অর্থিতঃ = হাঈজরুবদগী, সাত্বতাং = ভক্ত ওইবা যদু বংশগী, কুলে = শাগৈ অসিদা, উদেয়িবান্ = ফাওরক্লিবনি।

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঈনবগী মৈচাক ফংলবী ব্রজরমণীশিংনা কৃষ্ণগী চৎন্দা তোল্লবনি খংহল্লহুনা, মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী কালিদমন, গোবর্দ্ধন-ধারণ, অঘাশুর মোক্ষ অমদি ফল্রবা ব্যোমাশুর হাৎপা অসিনচিংবা লীলা ফোংদোকপিখি, মতম অসিদা মখোঈগী কাঈনবনা চাক্লবা থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণগী তোবা ভম্বগী গুণ ফোংদোকই। মসিমক মখোঈনা কৃষ্ণগী খ্বাইগা মান্নদবা অথোঈবা ঐশ্বর্য্য অদু শক্ল-শক্লহুনা তোল্লবনি হাঈজখি হে সখে! ঐখোঈনা অশুম্না খংই নহাক অসে ব্রজেশ্বরী যশোদাগী মচানি থাঈশোন যশোদাহুমক্তী মচাদি নত্তবনি নহাক অসিদি "অখিল দেহিনাং অন্তরাত্ম দৃক্..." জীবনা তৌরিবা পুম্নমক উবা থংবা সাক্ষীনি। অন্তর্য্যামি ওইরগা সর্ব্ব জীবগী থম্মোইদা ভান্দুনা লৈরিবনি। মরম অসিদগী নহাকপু উদবদা ঐখোঈগী থম্মোইদা নিংবা কাঈবা থম্মোই শোক্লা তোল্লবনি খন্দুনা খংবিগদবনি খংবিদবসু নত্তে। নহাক অন্তর্য্যামিনি জীব পুম্নমক্তী

(ক) মাধুর্য্যময়ভাবেঽপি তদেতদৈশ্বর্য্যং যাচক রীত্যা নিজাভীষ্ট-সাধন মাত্রায় প্রযোজিতমিতি জ্ঞেয়ম্ এবমুত্তরত্রাপি ॥

থম্মোইগী বৃত্তান্ত থংলিবনি, মরম অসিদগী নহাক্কী মফমদা কাঙ্গনবগী মৈচাক করন থংহনসিবা। মতম অসিদস্থু অন্তর্য্যামি ওইনা পুম্নমক্কী থম্মোইদা থংহন্দুনা লৈথরে। কনানা মতমসিদা মহাকপু থংদে উদে অদুম ওইনমক বিশ্বসৃষ্টি কর্ত্তা ব্রহ্মানা জগৎ ঙাক্লনবগীদমক নহাক্কী চরন্দা হাঙ্গজখিবনি হাঙ্গবত্রুনা নহাক্না নহাক্কী ভক্ত চূড়ামণি যদু বংশদা অবতার তৌরগা পুম্নমক্কী মফমদা য়েংবি অমস্থং তিংচবশিং মাংহনবা অসিনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মানা সৃষ্টি তৌরিবনি। নহাক্না ভক্তশিং পালন তৌই থংদবা নত্তে। সৃষ্টি কর্ত্তা ব্রহ্মানা জগৎ শেম্ন-নবগীদমক নহাক্কী চরন্দা প্রার্থনা তৌখি অমস্থং নহাক্না বিশ্বপালনগী-দমক য়েংবিরি। মসিমক হাঙ্গজরি--ঐখোঙ্গনা নহাক্কী ভক্ত ওইদ্রবস্থু ঐখোঙ্গবু ঙাকপিবদি তৌবিগদবনি।

(ক) মতম মতম অদুদা অপাম্বা ফংননবগীদমক্তা লৌখি অমস্থং অতোনবনি হাঙ্গনস্থু ব্যবহার তৌখিবনি। অলঙ্কার অদু লৌত্নুনা কনাগুম্বগী নিমন্ত্রণস্থু চংলি। মতাংসিদা গৌরীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীপাদ জীব গোস্বামিনা মহাক্কী বৃহৎ ক্রমসন্দর্ভ টিকাদা অস্থুম্না হাঙ্গরি—"ন খলু গোপীকানন্দনো ভবা নখিল·········" অসিনচিংবা শ্লোক্কী ইনৌ নৌবা ব্যাখ্যাদা উবা ফংই। যথা—মত্তৌ অস্থুম্না নিমন্ত্রণ হল্লক্লগা অলঙ্কারশিং অদু অমুক পিথোকখ্রিবনি, অস্থুম তৌনা ব্রজরমণীশিংবুস্থু শ্রীরূপ ঐশ্বর্য্যানচিংবা জ্ঞান লৈতবা ওইরবস্থু, মখোঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণগা মফমদা অতোনবনি হাঙ্গবসি থংহল্লি। মতম

অসিদা গর্গাচার্য্য ভাগুরিনচিংবনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ ঐশ্বর্য্য মুন্না খংবা মুনিশিংগী রাদগী হাঈজরগা কৃষ্ণগী স্বরূপাশ্বৈর্য্য অদু লৌখি অমস্তুং অতোনবনি খংহল্লগা চংথিবনি অদুগা অমুকস্তু হল্লকখিবনি। মফম মফম থুদিংদা থোঙ্গদোকপা প্রেম্না তিল্লবা ব্রজরমণীশিংগী রাফম অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিজবা, ফজবা অদু ফংলদুনা মফম অসিদা হাঈজ-বোঙ্গবগী চংনবা অদুমক পুক্লিংদা খল্লকই মখল কয়াগী চিংনবা অদু লোইনা কোকখরে।

হে কৃষ্ণ! নহাক্কী মরমদা ব্রজ অসিদা মখল কয়াগী রা তাবা ফংই। ব্রজগী গোপ গোপী পুম্নমক্না নহাক অসে যশোদাগী মচানি হাঈনরি। গর্গাচার্য্য ভাগুরিনচিংবা মুনিশিংনা নহাকপু জীবগী অন্তর্য্যামিনি সক্ষাৎ নারায়ননি হাঈথ্রবনি।

"ন খলু গোপীকানন্দনো ভবা······" অসিনচিংবা গোপীশিংগী প্রভাব অসিগী তাৎপর্য্য অদুতংদি লৌবিগনি, মদুদি মখোঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হাঈজখ্রিবনি—হে সখে! ঐখোঙ্গনা অঙাং ওইরিবৈদেগী নহাক্না অফবা অঙাংনি, যশোদাগী মচানি হাঈদুনা নহাক্না লোইননা ঐখোঙ্গী জাতিগী ওইবা তোদ-য়াদবা কর্ম্মনা পেল্লবস্তু অঙাং ওইরিবৈদেগী ওসি ফাওবদা ককথংপা য়াদনা লৈরিবনি, অস্নুম্না অন্তর্য্যামি ওইদুনা জীব পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈদুনস্তু ঐখোঙ্গী তোইগুম্বস্তুং নহাক্কী ব্যবহার অদু উরগা পুক্লিংদা খনবত্তা নত্তে থম্মোইগী চানবনি খন্দুনা চেংনা থম্মোই নুংদা লাংলিবনি। অদুবু হে কৃষ্ণ! নহাক্নদি করিস্তু রাবিদে খংবিদে মসিদা ঐখোঙ্গী করি দোষনো লাইবক্না ত্তম্বনি যশোদাগী মচা অরাবসি কোকপিরোগবা।

ন হি বল্লব বংশজো ভবান্ গতভী বল্লব যোষিতাং বধে।
সহবাস সগোত্র সম্পদে বত যঃ কোঽপি ভবেদমু নহি॥
ক্রুহিনেন বিশ্বগুপ্তয়ে ত্বমভিষ্টুতা ভুবি প্রকাশিতঃ।
অথ বিশ্বগতা হি যাদৃশী ব্রত গোপায়সি কিং ন মুহ্যতীঃ॥
(আনন্দ বৃন্দাবন চম্পুঃ)

সখে! তুমি গোপীকানন্দন নহে।
সকলের অন্তর্য্যামি তুমি নারায়ন॥

ব্রহ্মার প্রার্থনা তুমি পালিবারে মর্ত্ত্য ভুমি,
ভক্তের কুলেতে আমি হয়েছ উদয়।
কিন্তু কেন গোপী কারে না হও সদয়॥

---

হে কৃষ্ণ! ঐখোঈবু হাংপদা করিস্থু চিংনবা নৈতবতু উবদা পুক্নিংদা থল্লি, নহাক অসি গোপীকাগী মচা নংত্রে হাঈনা। জগৎ ঙসিদা কনাগুম্বা অমত্তগা নৈমিন্নবা অমস্থুং সগোত্রশিংগী সম্পত্তি চাওথৎননবগীদমক্কী মম্থুংদা পুক্নিং চংতুনা নৈবিরিবনি অমদি জগৎসি ঙাক্নবগীদমকস্থু হাঈজরগা ব্রহ্মানা নহাকপু জগৎসিদা ফোংদোকখি মসিমক পুক্নিংদদি থল্লমদবনি। মসিমক হৌজিক ওইরবে, ওইরবস্থু নহাক্না করিগুম্বদস্থু ঐখোঈগী অরাবা অসি য়েংবিরগা ঙাকপিদবদি তৌবিগনু (কোমথোকপিগনু) হাঈজরি।

জীবপুম্বগী অন্তর্য্যামিনি ভগবাননি সৃষ্টি কর্ত্তা ব্রহ্মাগী প্রার্থনাদগী অবতার ওইবিরিবনি হাঈজরি।

## শ্রীকৃষ্ণস্য চরণ চিহ্ন

(ক) দক্ষিনস্য পাদ অঙ্গুষ্ঠমূলে চক্রং বিভর্ত্ত্যজঃ।
তত্র ভক্তজনস্যারি ষড়্‌বর্গচ্ছেদনায়সঃ॥

(খ) মধ্যমাঙ্গুলিমূলে চ ধত্তে কমল মচ্যুতঃ।
ধ্যাতৃচিত্ত দ্বিরেফানাং লোভ-নায়াতিশোভনং॥

---

(ক) য়েং থংবা খোংবী মরুদা চক্রনা থৌগল্লি, অদুগুম্না চক্র অদুনা কৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংগী য়েক্রবা (ষড়্‌বর্গ) লোভ, মোহ, মদ, মাচ্ছর্য্য ক্ষুৎ অমসুং পিপাশা হাঈরিবা তরুক অসি ককথরুনা মাংহন্নবগীদমক চক্র অসিনা লৈতেংলিবনি। হাঈরিবা রিপু তরুক অসিনা ফাজিন পুনশিনথ্রবা মীনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ নাক্তা চংবা ভমদে, মরম অসিনা পামজদুনা চংজরক্রবা জীবশিংগী যেক্রবা মাংহন্নবগীদমক খোংবীদা (থৌগল্লিবনি) লৈতেংলিবনি অমুম্না থংহল্লি।

(খ) ময়াঈ থংবা খোংশাগী মরুদা থম্বালনা লৈতেংলি, মদুনা করি কান্নবা পিবগে অদুম্তু হাঈরি—"ধ্যাতৃচিত্ত দ্বিরেফানাং……" শ্রীকৃষ্ণগী রূপবু মতম পুম্নমক্তা ধ্যান তৌজরিবশিংগী পুক্নিং খোইমুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ পাম্নবগীদমক থম্বালনা লৈতেংবনি। মরমদি অসিনি থম্বালগী মনম ফংবদা খোইমুনা লৈ অতৈদা চৎতুনা লৈথোকপা ভমদে, মরম অসিনা মনাই ভক্তগী পুক্নিং খোইমুনা শ্রীচরণ তমনা পাইরক্রবগীদমক শ্রীচরনদা থম্বালনা (থৌগনবনি) লৈতেংবনি।

ধ্বজনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংদা থংহল্লি, মতম পুম্নমক্তা মঙ্গল ওইগনি হাঈনা তাকপনি। (বজ্রঃ) থংহল্লি মনাইশিংগী পাপ পুম্নমক ব্রজনা ককথৎকনি। (অঙ্কুশঃ) শামু কাটি মানবা রেখানা থংহল্লি,

(গ) এবং চক্র শঙ্খাত পত্রৈব-ধ্বিকৈঃ-উনবিংশতি শ্চিহ্নানি।
স্কান্দেতু যচ্চক্রাদি ষটক মাত্রমুক্তং তত্তু শ্রীবিষ্ণুদ্যাবেব॥

শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইজগে হাঙ্গনা নিংতুনা চংজরক্লবা মী অতুগী শামুগুম্না কল্লবা খম্মোই অতু কাটিনা লাক্তুনা থোংহনগনি তাক্লি। (যবঃ) কৌ মানবা রেখানা খংহল্লি, শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংগী মফমদা চাননবা, শেংননবা ভোগ সম্পৎ পুম্নমক ব্রাত্তনা লৈ হাঙ্গবা তাক্লি।

মতৌ অসুম্না রেখা ১৯ অসি মাগী মাগী মগুণগা কোম্নবা ঙাক্তনি (রেখা ১৯গী শুগাইবা অর্থ অতু হাপচদরে)। শ্রীকৃষ্ণগী রেখা ১৯ অসি টোষণী টিকানা অসুম্না পিরি। য়েৎ থংবা শ্রীচরন্দা উদ্ধরেখা, ছত্র স্বস্তিক ৪, জম্বুকন ৪, অষ্টকন রেখা ১১ অসিনা য়েৎকী চরন্দা লৈতেং ওই। ওই থংবা শ্রীচরন্দনা শঙ্খ, গদা, বেদি, কুন্দল, শক্তি, পর্ব্বত, রথ অমস্বুং মৎস্য হাঙ্গরিবা ৮ অসিগা পুন্না ১০ অসিনা লৈতেংলি। অসুম্না মান্নদবা থরস্থ য়াওই, অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ (উনবিংশতি রেখা) রেখা ১৯না ইরং লংনা তাতুনা লেরিবা শ্রীকৃষ্ণগী পাদ চিহ্নশিং অতু উরগা হরাওবগা লোঙ্গননা মুন্না য়েংগি অমস্বুং খনখি খোঙ্গুলশিং অসিগী মতুং ইন্দুনা চংলবদি কৃষ্ণগা থেংনরগনি হাঙ্গনা খল্লুরগা গোপী পুম্নমক চুঙাইবগা লোঙ্গননা খোঙ্গুলশিং অসিগী মতুং ইন্দুনা চংলসি হাঙ্গনা খন্নখি।

(গ) পদ্ম পুরান্দা হাঙ্গরিবা ১৬সিগী মথক্ত. (চক্র-শঙ্খ-আতপা। চক্র মানবা, মোইবুং মানবা অমস্বুং ছাটিন মানবা অতুম অসিগা য়াওরগা রেখা ১৯ শুই। অতুগা চক্রনচিংবা ৬ অসিন বিষ্ণুগী পাদ

চিহ্ননি হাঙৈবা অসিসু স্কান্দ পুরান্দা হাঙৈরি। হাঙৈরিবা চিহ্ন অসিনা*খংনগনি। বৃন্দাবন্দা অবতার তৌহ্নবা মখল কয়াগী লীলা শান্নরিবা নন্দ নন্দন কৃষ্ণনা (পূর্ণতমঃ) অবতার পুম্নমক্কুগী অথোইবনি হাঙৈবা অসি শোঙৈদ্রবনি। মরমদি—শ্রীবিষ্ণু ভগবান্দনা চিহ্ন ৬ ওইরগা কৃষ্ণগী পাদ চিহ্ননা ১৯ শুরিবা অসিনা সাক্ষীনি।

অমনা শ্রীকৃষ্ণগী (অংশ) অবতার, (কলা) অবতারশিংদসু রেখা ১৯ শুনা য়াওদে। অবতার অমদনা রেখা অনিদা য়াওই, অমদনা অহুম য়াওই, অমদনা মরি য়াওই, অমদনা মঙা য়াওই মসিদগী হেন্না য়াওবা অশং অবতার লৈতে। মরম অসিনা বৃন্দাবন্দা অবতার তৌহ্নবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী চংজফম লম্বী তাকপিরিবা শ্রীকৃষ্ণদি পরং ব্রহ্ম ভগবাননা অবতার তৌবনি মরমসিনা রেখা ১৯না লৈরেংবনি। শ্রীচরণ থম্বালদি মাধুর্য্য পুম্নমক্কী থৌজাল পুক্কে ওইরিবনি, লক্ষ্মীনা গোলক ধাদোক্লগা শ্রীগোবিন্দগী মাধুর্য্য সেবা ফংহনবিয়ু নিজহুনা বৃন্দাবন্দা ইবুঙোগী চরণ সেবা ফংহনবিরিবনি। কালি কৌবা লিনগী কোকথক্তা শ্রীচরণ ফংহনবিখিবনি, ব্রজগোপীশিংনদি উজনিংবগী রাখলনা ককঙাওনরে। শ্রীচরণ থম্বালনা ব্রজগোপীগী বক্ষ মণ্ডলদা নেৎপিহ্নুনা কাইনা মৈচাক হিংহনবিরো (কোকহনবিরো), পাপ পুণ্য লৌবিগনু, অশোঙৈ অরান থিবিগনু, শ্রীচরণ সেবা ফংজবা নত্তুনা অতৈ অমা পামজদে।

---

* শ্রীকৃষ্ণগী চরণ রেখা ১৯ অসিগী লৈফম মান্নদে তোঙানবশিং অহু সনাতন গোস্বামিগী টোষণী টিকাদা য়েংবিরগা খংগনি। ইতি—

বিরচিতা ভয়ং বৃষ্ণিধুর্য্য তে চরণ মীয়ুষাং সংসৃতে ভয়াৎ।
করসরোরুহং কান্ত কামদং শিরসি ধেহি নঃ শ্রীকরগ্রহম॥ ৫

অন্বয়ানুবাদ। বৃষ্ণিধুর্য্য! যদুবংশাবতারক! = হে কান্ত! হে নোংঙৌ ঙমজবা চান্নরবা, সংসৃতেঃ ভয়াৎ = হন্না হন্না পোকপা শিবগী মশক অসি কিবদগী, তে চরণং ঈয়ুষাং = ইবুঙোগী শ্রীচরন্দা চংজরক্লি চবণ ফংজবদা, বিরচিতা ভয়ং = অকিবা কয়া কোক্লুনা, কামদং = অপাম্বা কয়াবু পিনরিবা, শ্রীকরগ্রহং = শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী খুত্তা লৈরিবা, করসরোরুহং = শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা খুং থম্বালনা, নঃ = ঐখোঙ্গী পুম্নমক্কী, শিরসি = কোকথক অসিদা, ধেহি = হাপ্পিয়ু।

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনরবী ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু উদ্দেশ্য তৌরগা প্রার্থনা খংহনবগী মতাং অসিদা মখোঙ্গী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণগী মতিক মগুণ ফজবা কয়া ফোংদোকই। গোপীশিংনা মাগী মাগী ভাবতা ঐশ্বর্য্যতু বর্ণনা তৌরগা কনা লৈজদবী অতোনবগা লোঈননা পুক্লিংগী অপাম্বা অদু খংহনখরে। "ন খলু গোপীকানন্দনো ভবা নখিল......" অসিনচিংবা মথক্তা বর্ণনা তৌরবা ব্রজগী রমণীশিংনা কৃষ্ণগী নিংথিবা কয়া বর্ণনা তৌরগা "বিরচিতা ভয়ং বৃষ্ণিধুর্য্য......" অসিনচিংবা শ্লোক্কা প্রার্থনা তৌখরে—হে বৃষ্ণিকুল কমল প্রভাকর! ইবুঙোনা ঐখোঙ্গী ইকোকথকসিদা খুং থম্বালদু থম্বিরগা ঐখোঙ্গী পুম্নমক মিজদাসী ননাইনি হাঙ্গবসি য়াবিরো। নহাক্কী খুং থম্বাল করি অমুক হাঙ্গগনি মহৌশানা করকমল (খুং থম্বাল) না দেহদা লৈবা পাপ কোকপিরিবনি, তৌইগুম্বস্মুং নহাক্কী খুং থম্বাল অসিনা হেক শোকপদা জীবগী থম্মোইদা চাক্লম্বা মৈচাক কয়া মুংলিবনি।

(ক) অকামঃ সর্ব্ব কামো বা মোক্ষ কাম উদারধীঃ।
তীব্রেণ ভক্তি যোগেন যজেত পুরুষং পরং ॥
ইতি—(শ্রীভাগবতম্)

(খ) ভুক্তি মুক্তি সিদ্ধি কামী সুবুদ্ধি যদি হয়।
গাঢ় ভক্তি যোগে তবে কৃষ্ণেরে জয় ॥
(চৈতন্যচরিতামৃত)

---

মখোঙ্গৈনা হন্না হন্না পোকপা শিবনচিংবা সংসারগী জীবনা হঙ্গং হন্দা চংজফম ওইরিবনি চংজরিবনি। মরম অসিদগী পণ্ডিত ওইবশিংনা পুম্নমক থাদোক্লগা মতম পুম্নমক্তা মহাক্কী শ্রীচরন্দা চংজনবগীদমক্তা চেষ্টা তৌহুনা লৈরি।

(ক) অপাম্বা লৈত্রবা পরম ভক্ত, মুমুক্ষুশিংনা সুবুদ্ধি ওইবা ওমদ্রবদা পুম্নমক থাদোক্লগা মখোঙ্গৈনা পরম পুরুষ শ্রীভগবানগী চরণতবু নিংহুনা লৈখ্রে চংনখ্রে।

(খ) মসিগী মরমদা গৌরীয় বৈষ্ণবাচার্য শ্রীপাদ গোস্বামিনা সমালোচনা তৌহুনসু থংহনখরে। মখল কয়াগী প্রেম সম্পদ, মখল মখা অয়াম্বা অরাবা, অতোনবা কয়া অসি নিবৃত্তি ওই হাঙ্গৈরিবনি। মরম অসিদগী প্রেম্না তিনবা ভক্তশিংনা প্রেম সেবা অসিদা অপনবা লৈতনা চংশিল্লকখরে। একান্ত ভক্তশিংগী করিগুম্বা মখলগী ভোগ অমু পামল্লুদ্রবসু মখোঙ্গৈনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা মতিক চাবা ত্রিবর্গ সম্পত্তি অমুদা পামজহুনা চংনরি। প্রেম্না তিনবী ব্রজরমণীশিংনা অসিগুম্বা ভাবতা কৃষ্ণগী মখল মখা অয়াম্বা গুণশিং বর্ণনা তৌরগা মখোঙ্গীগী চংজনরগী মতিক মগুণ অমু কীর্ত্তন শক-শোনখরে মসিদা মখোঙ্গীগী প্রেম হেঙ্গৎলকপা অমু ফোংদোকলিবনি।

(গ) শুন অহে বৃষ্ণিকুল কমল প্রভাকর।
মোদের মাথায় দাও তোমার কমল কর॥

---

শ্রীকৃষ্ণ প্রেয়সী রমণীশিংনা মথল মথা অয়াম্বা ভাবতা শ্রীকৃষ্ণগী কর কমলগী গুণ অদু বর্ণনা তৌরগা মমৈ থংদা হাঙ্গৈখি—হে বৃষ্ণি কুলতিলক! ইবুঙোগী খুৎ থম্বাল্গী গুণ অসি করি অমুক হাঙ্গগনি। "শ্রীকরগ্রহম্" হোঙ্গৈনা নিংখিজরবা খুৎনি পুন্নমক্না থংনরবনি।

সম্পত্তি পুন্নমক্কী দেবতা ওইরিবী লক্ষ্মী দেবীনা নহাকপু খুত্তম চল্লগা গোকুলদা লৈগ্রবনি, মসিমক পুক্লিংদা থল্লিবনি, কমলা লক্ষ্মীনা অদুগুম্বা নহাক্কী কর কমল অদু লৌথরে। মরম অসিদগী নহাক্কী খুৎ অসিদি অযাম্বা সম্পত্তিগী চংজফমনি। হে কান্ত! মতম অসিদা নহাক্কী কর কমলদা কথোকচরবনি। ঐগোঙ্গনা মসিমম্ভ হাঙ্গজরি - নহাক্কী চরণ সেবাদা মতিক চাদবনি হাঙ্গৈদুনা ঐখোঙ্গবু ইম্নোক-পিরবস্মু, হে যদুবংশগী মণি! হিংজবশিংগী অপাম্বা পুম্বা খুংহনবিবা, পোকপা, শিবা তাইবং লোনচৎপু কিজদুনা শ্রীরচণ থম্বালদা চংজ-রক্লিবশিংবু অকিবা কোক্লবনি থনবিদুনা লক্ষ্মীবু অলিঙ্গন ওইবিখিবা শ্রীহস্ত পদ্মনা ননাই ওইবীশিংগী ইকোক্তম্ভ অমুক্তদি থম্বিয়ুগবা।

(গ) তাবিয়ু বৃষ্ণিবংশগী শাৎলিবা থম্বাল অথোঙ্গবা ইবুঙোগী শ্রীহস্তনা ইকোক অসিদা হাপ্লিরগা কাম কৌবা মগী রাখল কোক-হনবিয়ু। ইবুঙোগী খুৎ থম্বালদি অকিবা কোবা দেবতাম্ভ লাপনা চেনখিবনি। হে কান্ত! পিনবিরো প্রেমগী ভীক্ষা ফংহনবিরো, ননাইনা অতৈ অমা পামজদ্রে।

ব্রজ জনার্ত্তিহন্ বীর যোষিতাং নিজ জন স্মর ধ্বংস ন স্মিত।
ভজ সখে ভবৎ কিঙ্করীঃ স্ম নঃ জলরুহাননং চারু দর্শয় ॥ ৬

অন্বয়ানুবাদ। ব্রজ জনার্ত্তিহন্! = হে! ব্রজদা লৈরিবশিংগী অরাবা কোকপিরিবা (অকনবা পুম্নমকপু ভস্বা). নিজ জন স্মর ধ্বংস-ন স্মিত = মশাগী ওইবশিংগী নাপনবু মাংহল্লগা মোমোন নোকলিবা. সখে = হে মরুপ! ত্বং = ইবুঙো নহাকসে, ভবৎ কিঙ্করী = ননাই ওইজরিবা, নঃ = ঐখোঙ্গী পুম্নমকপু, ভজ = পুক্রিংগী অপাম্বা মপুং ফাহনবিরো, চারু = থোঙ্গনা নিংথিজরিবা, জলরুহাননং = নহাক্কী মাইথোং থম্বালদো. যোষিতাং = ব্রজবাসি ব্রজগোপী ঐখোঙ্গী পুম্ন-মক্তা, দর্শয় = উহনবিরো। ৬

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবদা অরাবা ভারবা ব্রজরমণীশিংনা ভহানবা মক্তদা মকোক্তা খুৎ থাঙ্গৎলগা মখোঙ্গীর দাসীনি হাঙ্গনা থংহল্লগা মথং মথং মখোঙ্গী পুক্রিংগী অপাম্বা অদু ফোংদোক্লগা হাঙ্জখি—হে ব্রজ-জনার্ত্তিহন্! নশাগী ব্রজদা লৈবিবা ঐখোঙ্গী অরাবা কয়া মাংহন্দুনা লৈবিরিবনি। কৃষ্ণ নহাক্কী কৃপাতনা ব্রজদা লৈরিবশিংগী করিগুম্বা অরাবা অমা লৈহনবিদবনি। বকাশুর মাংহনবা, কালিদমন ভৌবা, দাবানল-দগী মোক্ষ ফংবা গোবর্দ্ধন ধারণ অসিনচিংবা অরাবা কয়াসি ভাকপিরক্লিবনি। অস্নুম্না অরাবা কয়া ভাকপিদুনস্তু ঐখোঙ্গদা নহাক কাঙ্গনবগী অরাবদি লৈরি, অসিনা মরম ওইদুনা প্রার্থনা শ্রীচরন্দা কচ্চরি। মরম অসিনা ব্রজগী অরাবা মাংহনবিরিবা নহাক্না, সুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা করম্বা মখলগী অরাবা কোকপিরগবনো? মসিমক

(ক) হে প্রিয় ! হে স্বজন গর্ব্ব খণ্ডণ কারিন্ ।
হে ব্রজ দুঃখক্ষয় বীর ! হে কৃষ্ণ ! হে অভয় !

(খ) ব্রজ জনের আর্ত্তিহর হে গোকুল বীর !
তোমার বিরহে মোরা হয়েছি অধীর ॥
তোমার মধুর হাসি, নিজ জনের গর্ব্ব হানি,
দাসী করে বেধে রাখে চরণে তোমার ॥

---

হাঙ্গজরি হে সখে ! নহাকপু উদ্রবদা ঐখোঙ্গী জীবন করি ওইগনি । মক্তম অসিদা অরাবনা শরুক ওইরবী ঐখোঙ্গী অরাবদা নহাক্কী মুঙাইবা ওইরবস্রু ঐখোঙ্গী জীবন পুন্সিনা লোঙ্গবা কান্দা অনুতাপ পোবোইদরা ? নহাক্কী শ্রীচরণ সেবা ফংজবা অসিনা অপাম্বনি, ঐখোঙ্গনা ধৈর্য্য, ধর্ম্ম, লজ্জা, কুল, শীল, মান অমস্তুং ভয়নচিংবা পুম্নমক থাদোক্লগা নহাক্কী চরন্দা চংজরক্লিবসি কাওবিরগনুবা ।

(ক) হে যদু বংশগী মণি ! নিংজবশিংগী অপাম্বা ফংহনবা, পোকপা শিবা ধর্ম্মগী মপু ওইরিবা । শ্রীচরণ খাদা চংজবশিংবু অকি অখং কোকপিবা, লক্ষ্মীবু আলিঙ্গন ওইবিখিবা শ্রীহস্তনা ঐখোঙ্গী ইকোক্তা চানবিদুনা থম্বিরোগবা ।

(খ) হে গোকুলগী অরাবা কয়া কোকপিরিবা কৃষ্ণ, ইবুঙোগী মোমোন নোকপা মিনোক উজরবতদা মশাগী নাপল মাংজরিবনি ইবুঙোবু কাঙ্গনবা ওমজরোই ননাই ওইজবীদি, যোগী ঋষি খিবিক্তা ধ্যান জপ কয়া তোদুনা তাঙ্গরিবা শ্রীচরণ সেবা পামজৈ ফংহনবিয়ু ।

প্রণত দেহিনাং পাপকর্ষণং তৃণচরানুগং শ্রীনিকেতনম্।
ফনি ফনার্পিতং তে পদাম্বুজং কৃণু কুচেযু নঃ কৃন্ধি হৃচ্ছয়ম্॥ ৭

অন্বয়ানুবাদ। প্রণত দেহিনাং=নহাক্কী চরন্দা চংজরক্লিবশিংগী, পাপকর্ষণং=অয়াম্বা পাপ মাংহনবিম্বিবা, তৃণচরানুগং=যন্নাশ-শিংনা নংগী তুং ইন্না চৎলিবা অচুগুম্বা, শ্রীনিকেতনং=শ্রীলক্ষ্মীগী চংজফম পিরিবা, ফনি ফলার্পিতং=কল্লবা কালিগী মকোক্তা তোংলগা তাণ্ডব জগোই শাখিবা, তে=ইবুঙো নহাক্কী, পদাম্বুজং= চরণ থম্বালবু, নঃ=ঐখোঙ্গী পুম্নমক্কী থম্মোইদা, নিধেহি=হাপ্পিয়ু, হৃচ্ছয়ং=থম্মোইগী মৈচাকপু, কৃন্ধি=মাংহনবিয়ু॥ ৭

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনরবী ব্রজরমণীশিংনা গোপীনাথ উদবগী অরাবনা তপথবা ভমদ্রহ্না খনখি—হে গোপী কান্ত! ইবুঙোগী বদনচন্দ্র দর্শন ফংজবতনা ঐখোঙ্গী সর্ববিধ তাপ ত্রয় কোকপিবনি হাঙ্গনা হঙ্গৎচরি মরমদি—রাসলীলা য়াওরিবী গোপীশিংসি মশাগী নুঙাইবা পাম্বা চন্দ্রাবলীগী কাঙবুনা কাম ভাবতা নিংজবদগী শ্রীকৃষ্ণবু চন্দ্রাবলীনা শক্লুনা কামগী ভাব ফোংদোকপনি। শ্রীমতি রাধিকাগী যুথগী গোপীশিংনা রাসলীলা থৌগঞ্জবদি প্রেম সেবাদা থৌগঞ্জবনি হাঙ্গীবদি শ্রীরাধা গোবিন্দগী অপেনবনা মখোঙ্গীসু অপেনবনি হাঙ্গনা খঙ্জৈ। মরম অসি চৈঃ চঃ ১৯ পঃ দা হাঙ্গরি—আত্মেন্দ্রিয় প্রীতি ইচ্ছা থাকে বলি কাম। কৃষ্ণেন্দ্রিয় প্রীতি ইচ্ছা ধরে প্রেম নাম॥ অসুম্না তোঙানবা রাথল লৈবনা বক্ষস্থলদা শ্রীহস্তপদ্ম থম্বিয়ু হাঙ্গীবনি। গর্গাচার্য্য, ভাগুরিনচিংবা মুনিশিংগী মফমদদি শ্রীচরণগী মতিক মগুণ কয়া শকলি শোল্লিবনি থুরুমজরিবনি।

(ক) একোঽপি কৃষ্ণ স্বকৃত প্রণামঃ দশাশ্বমেধা ৰভৃথৈর্ন তুল্যঃ।
দশাশ্বমেধী পুণরেপি জন্ম কৃষ্ণ প্রণামী ন পুণর্ভবায়॥

কৃষ্ণনা ভক্ত চুড়ামণি অর্জ্জুনদা প্রণামগী মহাত্ম্য বর্ণনা তৌখ্রে—

(খ) জন্মনা ভব মদ্ভক্ত মদযাজী মাং নমস্কুরু।
মামেবৈষ্যমি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে॥

---

(ক) তরারক হন্না অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবদগী "অবভৃথ" স্নানগা লোঈনরগা অমুক্তং শ্রীকৃষ্ণগী চরণ প্রণাম তৌবগ। চাংদম্নবা য়াদবনি মরমসিনা ১০ রক হন্না যজ্ঞ তৌরবস্নু মহাক্কী পূণ্য ময়েং তারিবনি। অমুক্তং মর্ত্ত লোক অসিগী মী ওইনা পোকচরগা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা অমুক্তং খুরুমজবদা মুভাইজখিবা পুক্লিং অসিদি অমুক হন্না পোক্তে হাঈরি।

(খ) হে অর্জ্জুন! নহাক্না ঐবু পুক্লিং অনি লোংদনা নিংলবদা ঐগী যজ্ঞনচিংবা কয়া তৌরবা অমস্নুং ঐবু পুক্লিং চংনা খুরুম্নবদি ঐগী চান্নবা ভক্তনি, নংগী নমক্কমদা (প্রতিজ্ঞা) ৱাশক্কনা হাঈরিবসিনি।

ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মক্কমদা হাঈজখি— হে চান্নবা! নহাক্কী শ্রীচরণ খুরুমজবসে মখল কয়াগী পাপ কোক্লিবনি। মসি ঐখোঈনা খং-হৈব্নবা পণ্ডিত কয়াদগী হন্না হন্না তাজরবনি। মরম অসিদগী নহাক্না ঐখোঈবু থৌজানবিয়ু অপরাধ কয়া ভাকপিয়ু। করি মরমদগী নলকুবের মণিগ্রীব-নচিংবনস্নু শ্রীচরন্দা চংজরগা কৃতার্থ ওইরিবনি। মতম অসিদা হে দয়াময়! থোৎলবা নৌরবা শ্রীচরণ থম্বাল অদুনা ঐখোঈগী কল্লবা থম্মোইগা শম্নবদা ৱারগদরনে?

(গ) প্রণত জনের সর্ব্ব পাপ বিমোচন।
বক্ষস্থলে দাও মোদের তব শ্রীচরণ ॥
পরম যতন করি লক্ষ্মী যাহা হৃদে ধরি,
নিরবধি কায় মনে করেন সেবন।
যে চরণ কালিয় শিরে নানা ছলে নৃত্য করে,
সে চরণ হোক মোদের হৃদয় ভূষণ।
প্রবল হৃদয় জ্বালা হউক খণ্ডন ॥

---

নহাক্কী শ্রীচরণগা শোক্ত-শম্নবহু ননাইন্সিংগী অধিকার ওইদ্রবরনে? "তৃণচরানুগ" শ্রীচরণ অসিগী মরমদা, শোক্না অমদি সঙ্গ তৌবদা মতিক চাদ্রে অসিরা? তিঙ্খং, নুঙ্গাইগা তিন্নরবা বনগী লম্বীদা রাদ্রবা অদু ওইরবদি ঐখোঈগী বক্ষ স্থলদস্নু (থবাক্তস্নু) শোকপদা রাফম থোক্তে অমদি যণ, ঈরোইনচিংবগা লোইনবহুস্নু ঐখোঈ খংদবা নত্তে শ্রীচরণ অসিনা অলঙ্কার তৌবিবদা ফজবা হেঙ্গৎলিবনি।

(গ) হে চান্নবা কৃষ্ণ! ইবুঙোদি জীবগী পাপস্নু মাংহনবনি। থম্বালগী মওং মতৌ মাল্লিবনি, শ্রীলক্ষ্মীগী তম্পাক্তা শ্রীচরণ পিবিরি-বনি, শ্রীবৃন্দাবনবু সেবা ফংহনবনি। কালিয়গী মকোক্তা পদ কমল হাপ্লিবনি, ননাই ঐখোঈগী হৃদিদস্নু শ্রীচরণ থম্বিরো। রসিক নাগর কচ্চরিয়ে, শ্রীচরন্দা জীবগী থরাই ওইরিবা, পাপ পুণ্য লৌবিগনু। উজরগা পেঙ্গ'গ ননাইনা চরণগী সেবা ফংজবা নত্তনা অতৈ অমা পামজদে। হে ললিত ত্রিভঙ্গরূপ! গোপী পুক্লিং হুবা মাইথোং হৃদিগী কাইনা মৈচাক ইংহনবিরোনে হে বংশী ধারি!

মধুরয়া গিরা বল্গুবাক্য য়া বুধমনোজ্ঞয়া পুষ্করেক্ষণ।
বিধিকরী রিমা বীর মুহ্যতী রধরসীধুনা প্যায়য়স্ব নঃ॥ ৮

অন্বয়ানুবাদ। পুষ্করেক্ষণ = হে থম্বাল মানবা মিত্তামা নহাক্কী ওইবা! বীর = ইশাগী অথৌবা ওইবশিংবু ভাকপিরিবা, মধুরয়া = অমৃতগুম্না থুম্লবা অমদি ফজবা কয়ানম্ভ ছিল্লবা, বল্গুবাক্যয়া = পুক্লিং ছবগী মশক ওইবা নযাগংনা ইবুঙোগী ওইরিবা, বুধমনোজ্ঞয়া = বৈজ্ঞানিকশিংগী থম্মোই চিংশিল্লিবা, গিরা = মংক্তা হাঈথ্রবা বিশেষণ রাঙাং অসিনা, মুহ্যতীঃ = সুম্মাৎপিরিবা, ইমাঃ = অসিগুম্বা, বিধিকরী = নহাক্কী ননাই ওইবশিংবু, অধর সীধুনা = নহাক্কী থুম্লবা শ্রীমুখনা, নঃ = এখোইগী পুম্নমক্কী থম্মোইদা, অপ্যায়য়স্ব = হাপ্পিরোগবা।

---

ইংনা নিংথিজরবা থম্বাল মিত্তানা লৈতেংলিবা, অমৃতগুম অমদি থোইদোক্না পুক্লিং ছবগী মশক ওইরিবা, বৈজ্ঞানিক কয়াগী থম্মোই খুছুম চিংশিল্লিবা (শুম্মাৎলিবা)। হে কৃষ্ণ! ইবুঙোগী ননাই ওইবী ব্রজরমনীশিংগী নাক্তগী লাপথোকপিরগনু।

মন্তব্য—মশাগী নুংঙাইবা ইন্দ্রিয়গী পেল্লবা পাম্ববু কাম কৌই। শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিনবা খন্দুনা তৌবা সেবাবু প্রেম কৌই। মরম অসিনা ব্রজগোপীশিংনা ইবুঙোনা পেনবিনবা হোৎনজবা সেবাদা রাসলীলা থোগঞ্জরিবা অসিদি প্রেম সেবাদা যুমফম ওইদুনা মপুঙ ফানবগীদমক য়াওজবনি।

গোপীশিংনা হঙ্গংচৈ—হে ইবুঙো! গোপীশিংগী থরাই ওইবা, ইবুঙোগী নয়াথং কয়াদি জ্ঞান লৈরবা কবি কয়া পণ্ডিত কয়া ফাওবা

(ক) কঠোর ভব মৃদ্বীবা প্রাণাঞ্চ মণি রাধিকে।
অস্তি নান্যা চকোরস্য চন্দ্রলেখাং বিনা গতিঃ॥

---

থাজহুনা লৈরিবনি হাঙ্গনা ননাই ঐখোঙ্গদা তাকশিখিবদাই "কৃষ্ণগী থরাইদগী হেন্না চান্নরবী গোপীশা! ঐহাক নখোঙ্গী প্রেমনা পুন্দুনা মিৎকুপ অমা থাদোক্তনা নখোঙ্গী নাক্তা লৈবনি থাজদবা তৌগনু"।

(ক) হে রাধিকে! নহাক অসি বাম ভগিনী (থাংবা কনবীনি) অমদি আস্বাদন তৌবদা থোং নৌরিবনি কৃষ্ণ ঐগী থরাইনি। অমত্তা ঙাইরবা চন্দ্রলেখাদগী হেন্দোকপা থাগী চকোরনি, অতোপ্পা অমা অমুক হাঙ্গনিঙাই লৈত্রবনি।

হে ব্রজনন্দন! কনানা থংবা ঙমগনি, ইবুঙোনা নোংমা শ্রীমতি রাধিকাদা অসুম্না হাঙ্গখিবদাইনে। অসিগুম্নবা রাঙাং অমদি খোইনা চৎপা শাথেক, মখল কয়াগী বিন্যাস অমসুং হাঙ্গরিবসি জগৎতা চাংদমনিঙাই লৈতবনি। মসিদা রসগী ভাব অয়াম্বা অলঙ্কারনা তিনবা অমসুং পুক্রিং চংবা, মতিক চাবা, রাখলগী অপাম্বা অচুগা লোইনবা খোংথাংগী ফজবা, মখল মখা অয়াম্বা খোম্হোক (রাঙাংদা) য়াম্না হৈ-শিংবা ফোংদোকই। মসিবু তাবদা জ্ঞানিশিংগী থম্মোইদা অর্থগী জ্ঞান, পরমা নন্দগী অমসুং থংদবা মীনা থংদ্রবসু থম্মোই নুংদা ফোংদোকপা ঙমদবা নুঙাইবগী সমুদ্রগুম্বা ইফুৎ অমদি ফাওরকই।

শ্রীকৃষ্ণগা কাঙ্গনরবী ব্রজরমণীশিংনা ইবুঙোগা লোঙ্গননা তিন্নবহু পামখিবনা তপথনা লৈবা ঙমলক্তদুনা মখোঙ্গী উদ্দেশ্যদা মখল মখা অয়াম্বা প্রার্থনানা থংহল্লগা নানা ভাবতা মখোঙ্গ মখোঙ্গী অরাবহু ফোংদোক্লগা, কৃষ্ণগী চরণ পদ্মদা থম্বিবা পাম্বনি থংহনখ্রে।

(খ) ভবং কঙ্কণমিব শক্তং হস্তাঙ্ক গতমেব মা জানিতেতি।
স্ফূর্তি প্রাপ্তং তং বাক্য মাকর্ণ্য পরা আহুঃ মধুরয়া ॥

(গ) পর্য্যাচিতা মৃত রসানি পদার্থ ভঙ্গি বল্গুনি,
বলগিত বিশাল বিলোচনানি।
বাল্যাধি কানি মদবল্লভ ভামিনীভি র্ভাবে লুঠন্তি,
স্মৃকৃতাং তব জল্পিতানি। ইতি বিশ্বনাথ।

---

(খ) হে ব্রজগী চান্নরবী গোপীশিং! নখোঙ্গীগী খুত্তা শিরিবা সনাগী খুজি অদু তাহৌদুনা মাংখিনি হাঙ্গবসু খন্দে, অদুগা তাসু তাহৌদে, অদুগুম্না কৃষ্ণ এনা নখোঙ্গীগী থম্মোইদা লেংদনা লৈবনি। অসুম্না তাকপিখিবা ফজরবা রাহৈশিং অদু নিংশিংলদুনা কনাগুম্বী গোপী অমনা হাঙ্গজখি—হে পুষ্করেক্ষণ! হৈশিংলবা ইবুঙোগী পুক্নিং শুম্মাংলবী গোপী ঐখোঙ্গী হকচাংদা কাঙ্গনা মৈচাক অসি কোক-হনবিয়ু। অসুম্না শ্রীরূপবু উজরগা পেঞ্জগে শৈথাদুনা শকচখি।

হে অথোবা! ইংনা মিৎতা ফজবা। নিংথিজরবা শ্রীরূপকী চুংশিজরবা নয়াথংতনা পুক্নিং হুবা ওইজে, অথংবা কয়াগী পুক্নিং ফাও খংবিরিবা ইবুঙোনি, ঐখোঙ্গী পুক্নিং থংনা ননাই ওইগ্রবী ব্রজগোপীবু অধরামৃত পিবিদুনা শ্রীচরণগী সেবা ফংহনবিরো।

(গ) হে গোপীবল্লভ! নহাক্না মতম অসিদা ময়াই কারবা গোপাঙ্গনা শিংগা লোঙ্গনা প্রেম অলাপ তৌবা হৌরবরনে? মতম অসিদা নহাক্কী ঈশ্বরগী ওইবা অমৃত চেল্লবা মপুং ফারবা রাহৈ অমদি মগুণ কয়ানা তিল্লবা ভঙ্গিদা থোঙ্গদোক্না পুক্নিং হুবগী মশক ওইবা

(ঘ) বচনা মধুনোঽপি মঞ্জুনা মধুরার্থেন সুকোমলেন নঃ।
চিরকাল মুপোষিতে ইব শ্রবনে জীবিত নাথ তর্পয়॥
দরহাস সুধান্নু ধারিণা মধুরেণা ধর বিম্বসী-ধু-না।
ত্বদদর্শন শোক সোষিতা দয়িতা প্যায়য়িতুং ত্বমর্হসি॥

---

অমস্তুং পাক চাওরবা মিৎয়েংগা লোঙ্গৈননা মত্তিক চারবা কৈশোর বয়সকী ওইবা চন্নবা রাঙাং অনদি মিংচৎ লৈবশিংগী ভাব লাকশিনবা ওইহৃনা মখোঙ্গী পরম আনন্দগী রস অত্নদা ফংহনবিরি।

প্রেমবতী ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু লক্ষ তৌরগা হাঙ্গজরিবনি - হে কমল নয়ন! অসিগুম্বা থুম্নবা রাতৈ কথা অসি লৈবদা আমু অসিদি লৈফম থংজদ্রে অমস্তুং পুন্নমক থাদোক্লগা মপোক মপোক থুদিংগী ইবুঙো নহাক্কী শ্রীচরন্দ নমাই ওইজবিদনি, তৌইগুম্বস্তুং লাইবক খিবদগী নহাক্কী শ্রীচরণ ফংজদতনা ঐখোঙ্গ অসে মৃত্যুগী দশা ফংলগদবনি। মতম অসিদা নহাক্কা নহাক্কী অধরাম্রত পিদ্রবা ঐখোঙ্গী জীবন অসি ডাকপিদ্রবা অত্থ ওইরবদি ঐখোঙ্গী অমুক হন্না গতি লৈজদরে। মরম অসিদগী ইবুঙোগী মত-না দান তৌবগী মাইকৈদা ফংজমদ্রবা অধরামৃত অত্থ পিবদা করিগ্য ওইথোক্লোইদবা নত্তে অথোইবা দয়া-বীর; পুন্নমকী মফমদা থোজানত্থ পিনবিরো।

(ঘ) হে থরাইরা মপু! থুম্বদগী হেন্না থুম্নবা অথুম্বগা অর্থতনা তিল্লবা অমস্তুং থোৎলবা নৌরবা রাহৈগী হুন্ডাইবা অসিনা নাকোং অনি অসিদা তাবদা হুন্ডাইবা কয়া পোকহনবিরে। হে চান্নবা! নহাক্কী মোমোন নোকপগী শেংলবা মধুর অমৃত অহুনা ঐখোঙ্গ পুন্নমকসে পামহল্লিবনি।

তব কথামৃতং তপ্তজীবনং কবিভী রিড়িতং কল্মষাপহম্ ।
শ্রবণ মঙ্গলং শ্রীমদাততং ভুবি গৃণন্তি যে ভুরিদা জনাঃ ॥ ৯

অন্বয়ানুবাদ । তপ্তজীবনং=চাক্লবা হাঙ্গবদি শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবগী মৈচাক করি হাঙ্গগনি সংসারগী অৱা-মুঙাই কয়াদগীসু হিংলি শিরগ-দবদগীসু ঙাকপিরি অমসুং মুক্তিসু পি, কবিভী রিড়িতং=জ্ঞান লৈবশিংনা মথল কয়াগী ভাবনা স্তুতি তৌরি, কল্মষাপহং=পাপকী অৱাবা কয়াব্ ঙাকপিরিবা, শ্রবণ মঙ্গলং=তাবতদা মঙ্গল পিরিবা পুম্নমকপু ডমহল্লিবা, শ্রীমৎ=পুম্নমক্তগী অথোইবা, আততং=পুম্নমক শিন-থুংলিবা, তব কথামৃতং=অৱাবা কয়াসু কাওথোক্লিবা থোইনা থৃয়বা নহাক্কী কথানি, যে=অয়াম্বা মী পুম্নমক্না, গৃণন্তি=লৌন-বিবা উচ্চারণ তৌনরিবা শক-শোন্নরিবনি, ভুবি=জগৎ অসিদা, তে=জীব পুম্নমক্না, ভুরিদাঃ=দাতানি পিনবিবনি হাঙ্গনরিবনি।

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনা মৈচাক ফংলবী ব্রজরমণীশিংনা রাথল কয়া তৌরদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা তোল্লবীনি থংহল্লদুনা অরোইবদা অসুম্না হাঙ্গজখি—হে জীবিত বল্লভ ! "কথৈব মৃতং মৃত্তিঃ কথৈব মারয়তী-ত্যর্থঃ। কুতঃ জীবনং কস্মাৎ, তপ্তে তৈলাদৌ জলমিবেতি শ্লেষঃ"। কৃষ্ণ কাঙ্গনবগী মৈচাক্না চাক্লবা ঐথোঙ্গগী দেহসে হৌজিক হিংদুনা লৈরি মসি ঐথোঙ্গ ধারনানা ফংলিবনি। মতম অসিদা ঐথোঙ্গগী জীবিতাস্তদি মৃত্যুদি ওইদরি। ইবুঙোগী থুম্নবা প্রভাবকী ওইবা কথামৃতদি অমৃতনি ; সাধারণ ওইবা সমুদ্র নৈবদগী থোকপনি, স্বর্গগী সুধা অমসুং জন্ম মৃত্যুদগী মোক্ষ ফংহল্লিবনি। অদু ওইদুনসু নহাক্কী

(ক) যানি-বৃতি স্তম্ভভৃতাং তব পাদ পদ্মধ্যানাৎ,
ভবজ্জন কথা শ্রবণেন বা স্যাৎ।
সা ব্রহ্মণি নিজমহি মন্যপি নাহমাভূৎ,
কিংস্বন্ত কাসি লুলিতা পততাং বিমানাৎ॥

---

কথামৃত অসিদি স্বর্গগী সুধা অমৃতগা চাংদম্নরুবা য়াদে মোক্ষসু নত্তে থাঙ্গে শেংবা অমৃতনি। অতোপ্পা করিগুম্বা অমৃতগা লোঙ্গনবা চাংদম্নরুবা য়াদ্রে। স্বর্গগী সুধা অমৃত ওইরবসু মহাক্কী অম্নম্না থুম্বা অত্থুদি ওইদ্রবনি অমসুং মোক্ষগী মশক ওইবা অমৃতনি হাঙ্গৈরবসু অনুভব তৌগনি। তৌইগুম্বসুং নহাক্কী কথা অসি শকপা শোনবদা থোইনা নুঙাই আস্বাদন ফংলিবনি, অসিদি লোইবা নাইদে অমসুং মসি ইবুঙোগী রূপনি, গুণনি, লীলানি, পুন্নমক্তা মপুং ফারিবনি। নুঙাইবগী ওমথৈ লৈতে, অতংপা লৈতবা ঈথক-ইপোম নুঙাইবগী সমুদ্রদা লুপ্তুনা লৈরিবনি হাঙ্গৈবদা হাঙ্গৈমল্লোই। মরম অসিদগী ভক্ত চূড়ামণিশিংনা নানা ভাবতা—ব্রহ্মা, শিব, চতুঃসন, নারদ, ব্যাস, শুক, ধ্রুব, যোগী-ঋষি অমসুং কবিশিংনা অতংপা লৈতবা নহাক্কী কথামৃত আস্বাদন তৌদুনা লৈগ্রবনি কথামৃত-তনা প্রসিদ্ধনি।

(ক) ভক্ত চূড়ামণি ধ্রুবনা যমুনা মপান্দা মধুবন্দা তশেংনমক শ্রীনারায়ন নিংজখি উনবা ফংখি, মতম অদুদা মহাক্কী স্তুতি প্রসঙ্গদা হাঙ্গৈজখিবনি। হে নাথ! নহাক্কী পাদ পদ্ম ধ্যান নিংজবদা, ভক্ত চূড়ামণিশিংগী রাৱী তাজবদা জীবগী থোইদোক্পা নুঙাইবা ফাওই। অদুগুম্বা নুঙাইবা অদুমক্তা ননাইদা অথোইবা জ্ঞান অদুমক্তি ওইদে, হন্না হন্না মতমগী থায়াত্তা তাই শ্রীকৃষ্ণ সেবাদদি মদু ওইদে।

তথাহি ভক্তি রসামৃত সিন্ধুঃ—

(খ) শ্রবণং কীর্ত্তণং বিষ্ণোস্মরণং পাদ সেবনং।
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্য সখ্য মাত্মনিবেদনং॥

শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত মধ্য লীলাগী ৮ পরিচ্ছেদদা মপুং ফানা শ্রীগৌরাঙ্গগী চরন্দা মনাই রামানন্দনা গদাবরী তীর্থদা হঙ্গৎচখরে।

(গ) প্রাগসঙ্গ তয়োর্ভাবঃ পূর্ব্বরাগো ভবেদ্ দ্বয়োঃ।
স পূর্ব্বরাগো মানশ্চ প্রবাসাদি ময়স্তথা।
বিপ্রলম্ভো বহুবিধো বিদ্বদ্ভি রিহ কথ্যতে॥

পূর্ব্ব প্রসঙ্গদা কৃষ্ণগী নাম মহিমা বর্ণন তৌখ্রে 'এক কৃষ্ণ নাম' শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমুক্তং শোনবদা নুঙাইবদি সমুদ্রনি। ব্রহ্মানন্দগী নুঙাইবদি করি হাঙ্গনি—তন্দন্না ভানবগুম্বনি। মরম অসিদগী ব্রজ গোপীনা—হে ব্রজ নাথ! তব কথামৃতদি হাওবদগী হেন্না হাওই হাঙনিংঙাই লৈত্রবনি অমৃতনি, ফংদে কদাঙ্গদস্তু। মতম পুম্বদা নামগী নামি ওইরিবা ইবুঙোবু দর্শন ফংহনবিয়ু ইবুঙোগী নামামৃতদি তব কথাদি মৃতং (শিহল্লি) নাম সেবা তৌজবতনা শিবা ফংহনবিয়ু। মতাং অতুদস্ত উহনবিয়ু ফংহনবিয়ু শকচরি কচ্চরি। তব নামনা জীবগী নাকোং খুদিং চংখিবদা থাঙ্গে শেংনা জীব পুম্নমক্কী মঙ্গল কয়াগী মঙ্গল ফংহনবি।

(গ) চান্নরবা নায়কা হান্নগী ওইরম্বা শক্তম অমদি কেনবা শাওনবা, লংফৈদা চংখিবা অমস্তং হল্লকপনচিংবা মথল কয়াগী অপ্রসঙ্গ ওইববু হরাওমিন্নরকপনচিংবা (বিপ্রলম্ভবু) পূর্ব্বরাগ কৌই।

যস্যাঃ প্রেমার্দ্রয়া কৃষ্ণঃ কান্তঃ পার্শ্বং ন মুঞ্চতি।
বিচিত্র বিভ্রমা সক্তঃ সা স্যাৎ স্বাধিন ভর্ত্তৃকা॥
ন দানং ন তপো নেজ্যা ন শৌচং ন ব্রতানি চ।
প্রীয়তে অমলয়া ভক্ত্যা হরি-রন্যদ্ বিরম্বনং॥

---

শ্রীমতি রাধাগী প্রেমগী গুণনা খুত্তম চনখিবনা কৃষ্ণনা ইবেম্মগী মনাক্তগী লেংথোকখিদ্রে যুগোল সেবা ওইখরে।

মন্তব্যঃ— ১। শ্রবণং—পরীক্ষিৎনা শ্রীমদ্ভাগবত তাজখিবনা মুমিং (৭) নিদা কৃষ্ণ ফংজখি। করম্না তাখি - পূর্ব্বরাগেণ তথাহি— ভক্তি রসামৃত সিন্ধোঃ ৮২৮ পৃঃ সনাতন গোস্বামি বাক্যং।

২। কীর্ত্তণং—নারদঃ প্রবাসে চাপি কীর্ত্তণং। উজ্জ্বল নিলমণি।

সত্য যুগতা শ্রীনারদনা শ্রীকৃষ্ণ নাম শোঙ্গ-শকচবতনা যুগ মরিদা য়ৌগে খনবা মফম খুদিং যৌখি। উন্ননিংইবা মনাই অরাবনা মুভাই-বত্ আক্রমন তৌরবশিং উন্নখি পেনজখি। দ্বাপুর যুগতা শ্রীরাধা কৃষ্ণ ফংদ্রবদা বৃন্দাবন্দা লাক্লুনা ইবুঙো ইবেম্মা অনি দর্শন ফংজখি। ইবেম্মগী ভুংগী ওইরক্কদবা কয়া বৃষভানু নিংথৌদা খংহল্লম্মি। ভসি ২৮ শুবা কলিদদি নারদ অহু শ্রীব্যাস ওইবিররে।

৩। বিষ্ণোঃস্মরণং—প্রহ্লাদ প্রেম বৈচিত্ত্যে। চৈঃ চঃ মধ্য খণ্ডে।

প্রহ্লাদনা মপাবুং হিরণ্যকশিপু (মপা নিংথৌবু) হরি শোন্নবা মমাগী (কয়াধু) গী গর্ভদা লৈরিঙৈদা শ্রীহরিনা তাকপিখিদা খিবিক হাঈরবদা ব্রহ্ম শাপনা শ্রীহরিবু য়েক্নবনি খনখিবনা হেন্না হেন্না অসুম শাস্তরকপদগী মচাদা দণ্ড কয়া পিরবদসু, পাবুং মহারাজ হরিবু শোল্লু মতৌ অসুম্না প্রহ্লাদনা হাঈজরবদা, মপাবুংনা হংলকই— প্রহ্লাদ!

হাঈয়ু নংগী হরি কদাইদা লৈ ? পিতা মহারাজ ! শ্রীহরি ইবুঙোদি মফম পুম্বদা লৈতবা লৈতে, নিংবিয়ু শোনবিয়ু হরি হরি······।

ইবুঙো মহাক্তি মফম খুদিংদা শিনবা থুংনা লৈ হাঈজবা মচাগী রা তাবদগী···অদুদি ঐগী লীকলাই য়ুম্বী অসিদসু লৈবরা হাঈরম্লগা খুৎতুম্না থোমগে চেনশিল্লকপদা, লীকলাই য়ুম্বী অদু চেৎখাইরক্লুনা শ্রীনরসিংহ দেব দর্শন ফংদুনা হাঈজরক্লে—হে প্রভু ! ননাইবু শ্রীচরণ অমুক্তদি ফংহনবিরো। অসুম্না হিরণ্যকশিপু শ্রীচরণ ফংহনখি।

৪। পাদ সেবনং—লক্ষ্মী রসাতলে চ সেবনং।

সমুদ্র নৈবদা থোক্লকখিবা শ্রীলক্ষ্মীনা ভগবান নারায়ন, শ্রীপাদ সেবা ফংজৈ, ওসি বৃন্দাবন্দদি গোপী মপোক ফংখিদে অদু ওইরবসু ইবুঙোগী লীলাগী সেবাদি ফংহনবিখ্রে। অমদি ভক্ত বলিরাজবুসু রসাতল ফংহনবিখি।

৫। অর্চনং—পূজায়া পৃথুরাজা কুঞ্জ সেবায়াম্। কুঞ্জ সেবানা শ্রীকৃষ্ণবু পৃথুরাজনা ফংজখি।

শ্রীমদ্ভাগবতদা হাঈখ্রে—ফত্তবনা অফবা মচা ফংই, অফবনসু ডাকু পোক্তবা নত্তে।

বেন নিংথৌ. প্রজাবু ওৎ-নৈদুনা পাল্লম্মি। মপুন্সি তেনবনা (শাংদবনা) মৃত্যু ওইখ্রবদা, বেনগী মহারাণী ওইবী কয়ানা বিলাপ তৌখি। নিংথৌ অমা হাপত্রবদি নিংথৌগী সংস্কার তৌনরক্তবনা, তেংথাজরকই—হা মহারাজ ! করিনো হৌজিক তৌগদৌব্রিবসি ? উপায় লৈত্রবা রাণীনা বেন রাজগী মশা পাঈদুনা নোইর-নোইরদুনা, রাণীনা অসুম্না নোইবদগী য়াম্না পিকথ্রবা "পঞ্চ ভূতকী" মূর্ত্তি অমা

বেন রাজদগী লৈমায়দা চোংথোরকখি। মুর্ত্তি অহূ ঙাইশাকী মনুংদা অসুম অসুম চাওখোরকপা, কোন্নুংগী পাত্র মন্ত্রীনচিংবা কয়ানা উবে পার্থিব শরীর ওইহুনা খোরকখিবদগী "পৃথুরাজ" হাঙ্গনা মিংথোন্দুনা নিংথৌগী ফম খিন্দোক্লগা, মপাবুং বেনগী সংস্কার তৌখি।

অথোইবা ভক্ত পৃথুরাজগী হাকক্তা শান্তি পুর্ণ ওইবা মরৈপাক ফংখি। পৃথুরাজনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা নীতিগী তত্তনা (কাঙ্গদনা) কচ্চবা পামখি। খল্লুরগা দ্রব্য পুম্নমক মতম খুদিংদা চপ মান্ননা ফংদে, 'জল' হাঙ্গবসিদি ষড় ঋতুদা মুমিং থানা ঙাল্লিবা মথৈ ফংদবা লৈতে হাঙ্গবদগী শ্রীকৃষ্ণ পাদদা ঈশিং খুজোক ও নীতি নীতিগী মফম মফম কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা কচ্চবগী মহৈ কৃষ্ণগী শ্রীচরণ ফংজখি।

৬। বন্দনং—মানেহপি চ বন্দনং। বন্দনা ভক্তিনা অক্রুর ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণ ফংজখি।

শ্রীকৃষ্ণ হাংনবগী হিংচাবা কয়া কয়া থাগ্রবদা শিবা (মাংবা) নত্তনা কান্নদ্রবদা কংস মহারাজনা চিন্তাগ্রস্ত ওইরবদা, শ্রীনারদ অন্তস্পুবদা লেংবিরকখ্রে। কংসনা হংজে—হে দেবর্ষি! তাকপিয়ু করি করম্না কৃষ্ণ হাংপা ঙমগনি?

নারদ মুনিনা হাঙ্গরকই—কংস, ধনুর্যাগ তৌরো···শোইররোই উপায় হাঙ্গববু। কংসনা হংই—নিমন্ত্রণদি কনানা চংকনি? কংসগী ৱা তারগা নারদনা—ননাও অক্রুর চংহল্লো হাঙ্গবদগী কংসনা অক্রুর কৌহুনা বলরাম কৃষ্ণগী নিমন্ত্রণ চংলু হাঙ্গখ্রে। ময়াম্বগী ৱা তারগা অক্রুরনা খল্লি ··· চংলগে ইয়াম্বনা কৃষ্ণদা অতংপা লৈতনা অপরাধি ওইরুবগী ফলনা ঙসি ঐগী অরোইবা নুমিং হাঙ্গবহূ ওইরনি, মুঙাইজরে। পেম্না নাম শোঞ্জগে অম্বুম্না অক্রুর শ্রীবৃন্দাবন বন্দনা কচ্চখি।

(ক) জয় শ্রীমদ্‌বৃন্দাবন ধাম রম্যং দ্বাদশ বন শোভিতম্।
শুদ্ধ স্বর্ণ ময়স্থানং কল্পবৃক্ষ সুশোভিতম্।
নানা পুষ্প বন রম্যং তত্র গন্ধেযু পুর্ণিতম,
প্রিয় নর্ম্ম সখী বৃন্দে সেবন স্থান শোভিতম্॥
"হে রাধে হে কৃষ্ণ দীনং মাং চরণ সেবাং প্রাপয়তু"।

(খ) গমন মধুর শান্তং সর্ব্ব যোগেন্দ্র কান্তং,
নব নব শিশু মধ্যে কিঙ্কিনি জাল রূপম্।
জয় জয় ব্রজনাথ কৃষ্ণচন্দ্রং নতোঽস্মি॥

---

(ক) শ্রীচরণ য়োনা চংজবা ঙমদ্রবা মনাইগী নাক্তা শ্রীকৃষ্ণ লেংথোকপিরক্লে থোজানগী মবুঙো ব্রজনাথ। মনাই অক্রুরনা উরগা শ্রীচরন্দা ভক্তি কংচৈ "গমন মধুর শান্তং সর্ব্ব যোগেন্দ্র কান্তং ..."।

অশুম্না শ্রীচরণ তম্না চংজবা ঙমদ্রবা মনাই অক্রুরবু প্রেমাভিনিয়াতে পুশিনবিদুনা কৃপা ফংহনবিখি। শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংজরগা প্রাণ থাদোকচরগে খঞ্জবা মনাইবু কৃপা পিবিখি। শ্রীচরন্দা ভক্তি ভীক্ষা নিজখি—"শ্রীরাধাগোবিন্দ যুগল চরণ মাথে দেয়্যা গো। আমার অন্ত কালে তুহার চরণে রাখি বো"। অসিগুম্বা প্রার্থনা কচ্চদুনা শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোই মুংদা নিংজরকপা, মপান থোকপা ঙমজখিদ্রবা মনাই ভক্ত অক্রুর যুগোল সেবা ফংহনবিখি।

৭। দাস্যং—দাস্য ভক্তিদা পবন সুতঃ হনুমাননা রাম দাস ফংখি মরু ওইবদি শ্রীরাম বনগী সেবা চতি ১৪ লোয়্রদুনা অযোধ্যাদা রাম, সীতা, লক্ষ্মণ, হনুমান, সুগ্রীব অমসুং ভক্ত বিভীষণ পুষ্পক লোঈনদুনা অযোধ্যা পুরদা লেংলতুনা কোজাগর লক্ষ্মী পূজা অমদি

দ্বিপান্বিতানচিংবা পর্ব্বদিন কৃত্য নুংঙাইরবা খৌরম কয়া হৌজিক ফাওবা চৎনরিবা ধর্ম্ম কৃত্য খিবিক হৌদোকপিরম্মে। নোংমদি মতমনা শ্রীরামচন্দ্রস্ম চহি ১৪ অরাবা খিবিক লোমখিদুনা অযোধ্যা-পুরগী নুংঙাইরবা খিবিক ফংলরুবদা সংসারগী প্রাকৃতি লীলা কয়া নিংশিংলক্লে। সতি ওইবী সীতা রাণীনা চরণ খোগঞ্জরি, মণি মুক্তা কয়ানা শেম্নবা ফজরবা সনাগী কাংথোন থক্তা। মনাই হনুমানস্ম মবুঙোগী মাংদা সেবা থোগঞ্জরি। মতম কুইনা রারক্লবা মৈচাক্লা মনাই হনুমান তুম্মিংলকপা (নিদ্রা) না থাংবা ঙমদ্রদুনা হকাম চল্লকই অসি ফাওবদা শ্রীহনুমান্না খুৎকাপ্পী (অহুমলক) কাপলগা থাংজখি। মতাংসি য়োরকপদা মবুঙো শ্রীরামচন্দ্রনা—দাসরথি পোত্থাজরুরো রাররিগনি, বাম ঐগীদমক নংনা রাখিবা কয়া ঐ পেল্লে নহাক অমর পদবি ফংজরো। অসি হাঙ্গীদুনা কৃপা পিবিখি, শ্রীরামচন্দ্রস্ম লীলা কারণগীদমক হয়েং তুংদা "লব" হাঙ্গনা খংনরক্‌দৌরিবা মচা ইবুঙো, মমা ওইজবী সীতানা গর্ভ লক্ষণ ফংজখি।

৮। সখ্যং—অর্জ্জুনঃ মহারাসে ভাবেৎ সৌখ্যং সম্ভোগা অনিবে-দনম্। সখ্য ভক্তিদা পাণ্ডুপুত্র (কুন্তীসুত) অর্জ্জুনতনা শ্রীকৃষ্ণ সখা ওইখি। শ্রীভগবান্না মনাইবু সখা অস্মন্না কৌবিখি, অদুম ওইববস্ম মনাই অর্জ্জুন্নদি "প্রভু" অস্মন্না হঙ্গৎচে খোগঞ্জে শ্রীচরণ সেবা ফংখি, অরাং-অপা লৈখিদে। চহি ১২ বনগী সেবা পঞ্চ পাণ্ডবশিংনা চহি ১ লোৎপা লোমগ্রবস্ম লাল নল্লবদি হাঙ্গনা দুর্য্যোধনগী কুনিতীনা মহাভারত লাল শোক্লখি পাণ্ডবনা জয় ওইখি ; হস্তিনাপুর মরৈপাক সেবা ফংজখি করিস্ম অরাং-অপা, অল্লাবা, লৈখিদে পাণ্ডবশিংদো।

৯। আত্মনিবেদনম্—

বলি রাজা কদা রাধাদাস্যামৃত সর্ব্ব মূর্দ্ধ্নি প্রেমাভিধিয়তে।
ত্রিপাদূর্দ্ধ উদৈৎ পুরুষঃ পাদোস্যে হা ভবৎ পুনঃ।
ততো বিষ্বঙ্ ব্যকরা মত্ সাশনা নশনে অভি।

---

মাগী মতমনা লোঙ্গৈরক্রবা কালদদি মশাগী খুৎলাই গাপ্তিব শিক্ষা থাঙ্গৎপা ওমখিদ্রে। শ্রীবৃন্দাবনদা কৃষ্ণ দর্শন লাকচখি মবুঙো দর্শন ফংবা ওমখিদ্রে, গুরু কৃপা, শ্রীকৃষ্ণ কৃপানা মনাই অর্জ্জুনবু সখী মঞ্জরী ফংহনবিরক্লনা মবুঙো মবেন্মা (শ্রীরাধাগোবিন্দ) যুগোল দর্শন অমদি শ্রীরাধিকাগী কৃপানা ফংওমদ্রবা মহারাস লীলা প্রেম সুখ সেবা ফংজখি।

৯। বলিরাজ মতমতুদা অকনবা দানবীরনি। কংথোকপদা মশামক পাম্মুবা লৈতবনি। মনাই বলিগী দান লৌবিরগে হায়না শ্রীভগবান "বামন" অবতার তৌবিরে। তাকপিরক্লে মনাইদা— দানবীর বলিরাজ! ঐবু য়েংউ ঐগী খোং অহুম অসি অমনা স্বর্গদা থম্লে, অনিশুবনা পৃথ্বীদা থম্লে, অহুমশুবা পাদ (খোং) গী থমফম পিয়ু অম্মুন্না তাকপিরক্লে। তাবদা মনাই বলিরাজ পেল্লে মুঙাইজরে, হে ভগবন্! কচ্চরগে শ্রীচরন্দা লৌবিরো মনাইগী প্রেম সেবা।

মনাইনি মনাইনি শ্রীচরণগী মনাইনি ফংহনবিরো শ্রীচরণ সেবা।

"ছলয়সি বিক্রমণে বলি মদ্ভুত বামন,
পদ নখ নীর জনিত জন পাবন"। (গীত গোবিন্দে)।
"কেশব ধৃত বামন রূপ জয় জগদীশ হরে"।

হে কেশব! হে বামনগী মশক ওইরিবা! হে দয়ানন্দ! ত্রিভুবন মরোল ১৪ গী প্রভুনি ইবুঙোদি। মনাই ঐনা নিংজরকপা করম্বা

(ক) হে কৃষ্ণ ত্বদীয় পাদ পঙ্কজ পিঞ্জরান্তে,
অদ্যৈব মে বিশতু মানস রাজহংসঃ ;
প্রান প্রয়ান সময়ে কফ বাত পিত্তৈঃ,
কণ্ঠা বরোধেন বিধৌ স্মরণং কুতস্তে ॥

---

মতমদা শ্রীচরণ সেবা ফংহনবিরক্কবা খঞ্জরকপা শ্রীপাদগী নখ (খুজিন) দগী চেন্থরকপা চরণামৃতনা জীবগী পাপ খিবিক শেংদোকপি অমদি শ্রীচরণবু ফংহনবিবনি। ইবুঙোগী থৌজান্না ননাই বলিবু মঙ্খৎপিররে হে দয়াময়! ফংঙমদ্রবা শ্রীচরণবু ননাইন থাদোকচররোই কচ্চরে, শ্রীচরণ থম্বালদা ননাইগী আত্মা থোইমুবু রস আস্বাদন ফংহনবিয়ু। শ্রীচরণবু মনাইনা থাদোকখিদ্রে, খুৎ অমিনা মকোক থক্তা হাপচধ্রে, তাকপিরকখ্রে বামন ভগবান্না—হে বলিরাজ! নংগী সেবাদা ঐনা পেল্লে, ঐগী পাদ (চরণ) বু সেবা তৌদুনা মহাপাতালদা নংগী লৈফম ওইজরো, মতৌ অমুন্না বলিরাজগী লৈফম পিবিখি।

(ক) হে কৃষ্ণ! মিংকুপ অসিমক্তদা প্রভুগী শ্রীচরণ থম্বালদা ননাইগী পুক্নিং রাজহংসনা তাইবং সংসার শৃঙ্খলা মোৎহল্লং থাদোকপিদুনা, রাধা কৃষ্ণ হাঙ্গবা নাম শোঞ্জদুনা প্রেমগী সেবা ফংহনবিয়ু। হে করুনাময়! মধুর ওইরবা নামবু কণ্ঠবিরোধ লাক্লবদা 'কফ বাত' ঈহৌরক্লবদা অধ্যাত্মিক, আধিভৌতিক, আধিদৈবিক, তাপ ত্রয় মৈচাক অহুম্না চাকলক্লবদা তব নামামৃতবু কাউজদবা থৌজালতদি পিনবিয়ু ফংহনবিয়ু ননাইবু।

(খ) হে নাথ ! যোনি সহস্রেষু যেষু যেষু ব্রজাম্যহম্।
তেষু তেষু অচলা ভক্তি রচ্যাস্তু সদা ত্বযি ॥

---

(খ) হে নাথ ! এঙ্গা কর্ম্মগী ফলনা মপোক লিশিং লিশিং চিংহুনা পুববদস্থ পাপ পুণ্য থিবিগন্থ অরাল অশোই লৌবিগন্থ শ্রীচরণগী সেবা ফংজবা নহুনা অতে অমা পামজদ্রে। হে কৃষ্ণ ! ইবুঙোগী ভক্তিদদি তোল্লবা ননাইদা পিনবিয়ু (ফংহনবিয়ু নিজরি।

মন্থব্য—ভগবান বামন ; শ্রীভগবান অহানবদা অদিতিগী মচা ওইনা পোকই মখোং নেমই হাঙ্গহুনা "বামন" কৌই, বলি নিংথৌদা অহুমশুবা খোংগী থাক্ষম লৌখি, বলিনা কংকনি হাঙ্গরিঙৈ মতমদা ভাইহাক্তুংদা খংচাও চাওথোক্লুনা খোং নামনা পৃথি থনগুমই। মথংহুদা বলিনা পূজা কচ্চগে হাঙ্গজরগা পায়রিবা জল (ঈশিং) না শ্রীচরন্দা হৈবদা চোংথিদ্রে অদুবু খুজিল থরদংদি চোহুনা মহুদগী তারকপা ঈশিং অহুনা পৃথিবীদা জীবশিংবু শেংবিরি। খোং নামা স্বর্গদা থিনগংখি, মহুনা মথং মথং থিঙ্গাইহুনা ব্রহ্মলোক য়ৌখি। ব্রহ্মানা মাগী কমণ্ডলু জলনা পূজা তৌখি, চরণ অহুনা অমুক বৈকুণ্ঠ-লোক য়ৌথরে। বৈকুণ্ঠগী থাঙ্গাপাং বিরজা নদীদা অমুক থিঙ্গাই-রুবদগী মথাগী লোক কয়াশিংদা চেন্থরহুনা গঙ্গাগী মশক ওইহুনা জীব পুম্নমকপু শেংবিরি। অস্থুম্না স্বর্গ মর্ত্ত্য মফম অনিদা ভগবান বামনগী শ্রীচরণ থমথরে। অসিগী তুংদা অহুমশুবা চরণগী থমফম লৈত্রবদগী বলি নিংথৌগী মফমদা খোংথাফম পিয়ু তাকপিখিবনি। মরমসিদগী বলিনা হাঙ্গজখি—ননাইগী কোকথক্তা (নেৎপিয়ু থম্বিয়ু অসিদগীনি "কেশব ধৃত বামন রূপ জয় জগদীশ হরে" হাঙ্গরিবনি।

* মতাং অসিদা নববিধা ভক্তি বিশেষ ওইথরে। ইতি—

দক্ষিণ ভারতকী প্রতাপরুদ্রনা, মাগী মহামন্ত্রী সাকর অমদি মল্লিকনা ফম থাদোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ফংজনুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈখ্রে তারবদা মহাকস্ত প্রভুগী চরণ ফংজনিংঙুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মফমদা মতোমতা লোন্না চংজরকখি। ঐব্ অমুক্তা চানশিন্নুনা প্রভুগী শ্রীচরণ ফংহনবিয়ু তারবদ—হে রাজন্ রথ যাত্রা সুমিক্ত কাং সেবা য়াওরেরো তাকপিগি। অম্সুম্না মহারাজ প্রতাপরুদ্রগী মচিন্দাগী শ্লোক অসি হাঙ্গৈরকখি—

এইমত প্রভু আছে প্রেমের আবেশে।
হেনকালে প্রতাপরুদ্র করিলা প্রবেশে॥
সার্ব্বভৌম-উপদেশে ছাড়ি রাজবেশ।
একলা বৈষ্ণববেশে আইলা সেইদেশ॥
সবভক্তের আজ্ঞা লৈল যোড়হাথ হৈয়া।
প্রভুপদ ধরি পড়ে সাহস করিয়া॥
আঁখি মুদি প্রভু প্রেমে ভূমিতে শয়ান।
নৃপতি নৈপুণ্যে করে পাদ সংবাহন॥
রাসলীলার শ্লোক পড়ি করয়ে স্তবন।
"জয়তি তেঽধিকং" অধ্যায় করয়ে পঠন॥
শুনিতে শুনিতে প্রভুব সন্তোষ অপার।
"বোল বোল" বলি উচ্চ বলে বারবার॥
"তব কথামৃতং" শ্লোক রাজা যে পড়িল।
উঠি প্রেমাবেশে প্রভু আলিঙ্গন দিল॥
তুমি মোরে বহু দিলে অমূল্য রতন।
মোর কিছু দিতে নাই, দিনু আলিঙ্গন॥

এত বলি সেই শ্লোক পড়ে বার বার।
দুই জনার অঙ্গে কম্প—নেত্রে জল ধারা॥
"ভূরিদা" "ভূরিদা" বলি করে আলিঙ্গন।
ইহা নহি জানে—"এহো হয় কোন জন"॥

---

মমাং অসিগী অবস্থা ওইরক্লবদা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা মথা হায়রকখি—হে মহারাজ! প্রভুনা খ্বাইদগী পান্দি শ্রীমদ্ভাগবতগী মতুংদগী গোপী গীতনা খ্বাইদগী হেন্না পাম্বা সেবানি গোপী গীত পাঠ তৌবগী শ্রীচরণ সেবা ফংজরো। অসুম্না ভট্টাচার্য্যনা হাঈরকপদগী মহারাজ প্রতাপনা—"জয়তি তেঽধিকং জন্মনা ব্রজ শ্রয়ত ইন্দিরা" শ্লোক অসি হায়রে। হে প্রাণনাথ! কনক্কুদি চেতন লাকপিদুনা তোমবা মনাইবু দর্শন ফংহনদিয়ুগবা? "দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষু তাবকা স্থয়ি ধৃতাসব স্ত্বাং বিচিন্বতে" শ্রীচরণ লেবা তৌজরি "শরদুদাশয়ে সাধুজাত" অসুম অসুম পাঠ তৌজরকপদা শ্রীনয়ন থম্বাল তগুপ তরাং কুফেং কাফেং তৌরকই। প্রতাপরুদ্রগী প্রার্থনা তারক-তারক্লগা প্রভু ওমখৈ লৈতনা পেল্লে। হাঈয়ু হাঈয়ু হৌনা লাওনা পেম্না: তবকথামৃতং শ্লোকপু প্রতাপ নিংথৌনা মথা তানা থিরকই "ভুবি গৃহ্ণন্তি যে ভূরিদা জনাঃ"। শ্লোক লোইথিদুনা হাঈজরকখি থাম্মোই দুংদা কপ্পা কপ্পা—হে প্রভু দয়াময়! মনাইবু করি ওইরগিগে সংসার মীওইনগী মপোক ফংজরবদা, রাজা ভোগকী নাপম্না এগী তুংশিজরবা মহামন্ত্রী সাকর, মল্লিক, অমিনা থরাই খ্বাক্তা হাপুনা ইরৈপাক ভাবপিরম্বনা শ্রীচরণ ফংগ্রবদা প্রতাপ এদি কৈদোরুনি

মন্তব্যঃ—অস্থুম্না রাজা প্রতাপরুদ্র রাখল হোংখ্রে রাজ্য ভোগ থাদোক্লগা শ্রীগৌরাঙ্গগী চরণ ফংনবগীদমক সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মফমদা কয়ারক চৎলুবদগী মত্তাং চাবা ফংলগনি খঞ্জত্তুনা ভসিদি নিংথৌ প্রতাপরুদ্র লাক্তুনা বৈষ্ণব বেশ লৈতেংজরগা জগন্নন্ধ অমদি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু দর্শন ফংজররে।

শ্রীজগবন্ধু, বলভদ্র অমদি সুভদ্রা তোঙান তোঙান রথ থক্তা লেউখৎলে। ভক্ত খিবিক শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগা লোঈনন। সঙ্কীর্ত্তন তৌতুনা রথগী মাঙদা পাম্বোম রাংনা থাঙ্গত্তুনা জগোয় শাই প্রেমাবেশ ওই শ্রীনয়ন্দগী প্রেমগী ধারা শিন্থে। ইবুঙো ইবেম্মা অহুমগী নাম শোল্লি, কাংগী থৌরী পায়থরে ভক্তশিং লোঈননা জয় জয় জয় জগন্নাথ; জ-জ জ-জ জ-গন্নাথ, শোন্দুনা কাং চিংই দর্শন তৌই। মতৌ অস্থুম্না চেনশিন্দুনা জগোয় শারম্বদগী প্রেমাবেশ (মাথুর লীলা নিংশিংলকপদগী) রাধা ভাবতা চংতুনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু রান্থুখরে। ভক্ত পুম্বা চেনশিন্দুনা প্রভুবু সেবা তৌখরে কান্নবা ফংদ্রে, ইবুঙোগী নাতোন্দা লশিং মফোন হাপ্তুনা ইবুঙোনা পামজবা "হরিনাম" শোল্লবদস্থ প্রভু চেতন ওইখিদ্রে, উপায় লৈখিদ্রে ভক্ত পুম্বনা লশিং মফোন লেংবা উখিদ্রে রানরে, কপ্পরে। প্রভুগী লীলা মত্তাংসিদা সম্বরণ ওইরগদবা চিংনগ্রে।

পাপিষ্ঠ জীবন্দা পোক্লবা ননাইনা, শ্রীচরণ ফংজখ্রবা শ্রীরূপ অমদি সনাতন ভক্ত অনিগী মফমদা বৈষ্ণব অপরাধি ওইখ্রবা ননাই-নিনে প্রভু ননাইবু অমুক্তদি কৃপা তৌবিয়ুগবা। হে রূপ সনাতন!

বৈষ্ণব অনিনা চানবিহুনা ভোল্লবা ননাই প্রতাপরুদ্রবু জীবগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী সেবা ফংহনবিয় হাঈনা হঙ্গৎচরি। হে কৃষ্ণচৈতন্য দেব! ননাইনা হন্না হন্না প্রার্থনা ভৌজরি চানবিয়ুগবা হে চানবিহৈব

তাঞ্জাসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু ক্লাঙখৎলক্লে, মনাই প্রতাপরুদ্রবু আলিঙ্গন পিবিথরে (কোনবিথরে)। নংনা ঐঙোন্দা মমল নাইদ্রবা রত্নবু পিবিরে, হে প্রতাপরুদ্র! ঐদি করিস্ত পিনিঙাই লৈতেনে লাইররবা লম্বোইবনি কোন্নজবু পিরে ফংজরো নংনা পেনবিরো হাঈরো হৌজিক নংনা থিখিবা শ্লোক তবকথামৃতং। গৌরাঙ্গ প্রভু অমদি প্রতাপরুদ্র মপু মনাই অনি শ্লোক মথা থিরকপা (চথরকপা) অসিদা প্রভুগী হকচাং নিকলক্লে, প্রতাপরুদ্রস্তু য়াওনা প্রেম শিন্থে, মিত্তুগী তারকপা পিতনা গঙ্গা ধারা মতৌ ওইখি। চাক্লম্বশিংগী মৈচাক ইংনবা ওইবা অমদি নংগী রাহৈ অমৃতবু লৌজরবা মীশিংহুনা পুন্নমকপু পিনহৈবনি। পিনহৈবা পিনহৈবা হাঈহুনা গৌরাঙ্গ প্রভুনা কোনবিরি; অস্তুম্না প্রতাপরুদ্র নামামৃতনা শ্রীচরণ সেবা ফংজরি। প্রভুগী থৌজান্না, শামু কয়ানা ইনবদা চৎপা ঙমদ্রবা কাং শামুশিং পুথোকখ্রগা প্রভুগী কোক্না মনাই প্রতাপরুদ্রগা লোঈননা ইনবদগী রথ (কাং) অতু মথস্তা চেঞ্জখরে। অসিগুম্নবা মুঙাইথ্রবা রথ যাত্রাগী সেবা তাংথ্রবা ফংজখি। অসিনি ফংঙমদ্রবা মীওইবা গুরু কৃপাতনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু শ্রীচরণ ফংজরগা অমদি "হেন নিতাই বিনে ভাই রাধাকৃষ্ণ পাইতে না" হাঈবদগী নিতাই প্রভুগী শ্রীচরণ ফংজরহুনা শ্রীরাধাগোবিন্দ অনিগী প্রেম সেবা সিদ্ধ দেহনা ফংহনবি হাঈহুনা ভক্ত ভাবনা শ্রীগৌরাঙ্গ চরন্দা চঙজনরিবসি। ইতি—

প্রহসিতং প্রিয় প্রেম বীক্ষিতং বিহরণঞ্চ তে ধ্যান মঙ্গলং।
রহসি সংবিদো যা হৃদিস্পৃশঃ কুহক নো মনঃ ক্ষোভয়ন্তি হি ॥ ১০

অন্বয়ানুবাদ। হে প্রিয় = জৌনগী নুংশি চানবা ও! হে কুহক = লৌনম চাওবা ও! হে ধ্যান মঙ্গলং = কৃষ্ণ কৌবা ইবুঙোবু নিংঙবদা জীবনা মঙ্গল ফংজারবনি, প্রহসিতং প্রেম বীক্ষিতং = নাকমি মোমোন নুংশি মিৎয়েংনা দর্শন ফংহনবিবনি অমদি, রহসি বিহরণং = ইংলবা শ্রীবৃন্দাবনগী নির্জ্জন স্থানদা চান্না-মিৎয়েং পিবিবনি, যা = অংগুম্বা, হৃদিস্পৃশঃ সম্বিদো = থম্মোই শোক্লা বা কথা তাকপিবা অমদি ফাওবা বাকৈ কয়া ফংহনবিখিবা খিবিক্লা, হি = লেপ্লনক, নঃ = ব্রজগোপীগী, মনঃ = পুক্লিংবু, ক্ষোভয়ন্তি = লাংতক-চল্লি মরমসিদগী, ত্বয়া দৃশ্যতাং = দর্শন ফংজরবতদা পুক্লিং শান্তি ওইহনগনি চানবিরোনে। ১০

---

শ্রীকৃষ্ণ বিরহগী ব্রজরমনীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী কথামৃতগী মগুণ বর্ণনা তৌজরগা অরোইবদা হঙ্গৎচরি, হে পরমপ্রেষ্ঠ! "কিং মম দর্শনেন" হায়রবা নামতনা পুমহেন হেনবনি। সংসার মৈচাক পুম্বা শান্তি ফংবনি কয়ামরুম তাকপিখ্রে, তথাপি অদুম ওইরবসু হে কৃষ্ণ করুনাময়! নাম তাবগী কান্নদবা ওইরবসু তোঙানবদি দর্শন হেক ফংজনদন পৃগা কয়া কাঙ্গনগুম (প্রাণ মাংলগদ্রা) রাই। দর্শন ফংজবগাদি "সর্ব্ববিধ তাপ শূন্য" পুম্নমক্কী মৈচাক কোকই। বিচিত্র বিলাস ভক্তি কয়াগী আনন্দ ময় সেবা ফংজে অনি অসি থৈন্নে।

মবম অসিনা মতাংসিগী ঈশৈদা (যা) হাঙ্গৈবা শব্দসি পুম্নমক্তা প্রয়োগ তৌরি, (যা হৃদিস্পৃশঃ যৎ প্রহষিতং প্রেম বীক্ষিতং) অসুম্না মহারাজ পরীক্ষিৎনা অসিগুম্না গোপীশিংগী পুক্নিং হুবা ঈশৈসি তাবদা স্বর্গগী বিমান তোংহুনা চৎলিবী দেবস্ত্রী কয়া কবরী (শম্নুন) নাম্থৈ অমদি দেহদা লৈতেংলিবা আভরণ কোমথোকখি হাঙ্গৈনৈ। হে প্রিয়! ননাই ওইবী গোপীদি শ্রীচরন্দা দেহ মন অমসুং প্রাণ কৎচগ্রবীনি। জন্ম জন্ম খুদিং ননাই ওইজবা মপোক ওইহনবিয়ু। হে কিতব! ইবুঙোগী নোকমি মিৎয়েং অমদি শ্রীঅঙ্গগী ভক্তি বঁশী খোঙ্জেলদি কাওবা ঙম্নরোইদবা শ্রীরূপনি। অসুম্না ব্রজগোপীনা "হে কুহক…" (লোনম চাওবা…) হাঙ্গৈবা ঈশৈসি শকখি। অমুকসু ব্রজগোপীগী ধৈর্য্য ধর্ম্ম লজ্জা ভয়নচিংবনা নরক তাহনবিরবসু ইবুঙোগী শ্রীচরন্দা মন প্রাণদি কৎচগ্রবনা জন্ম জন্ম খুদিংদা ইবুঙোগী চরণ দাসী ফংজবা অতুদদি পিনবিয়ু।

অপরংচ—"কৃষ্ণ" শব্দনা খঙনরিবদি ব্রজগী কৃষ্ণবুনি যদুপতি শ্রীকৃষ্ণবু নত্তে। যদুনন্দন কৃষ্ণ অমনি গোপালনন্দন কৃষ্ণ মহাক্তি বৃন্দাবন থাদোক্তুনা কদাঈদসু চত্তে। বৃন্দাবনং পরিত্যজ্য স ক্বচিৎ নৈব গচ্ছতি। রাফম অসি কাওবা য়াদে, রসব্রহ্ম মানা বৃন্দাবন থক্তদা রস ফোংদোকফম ওই। বৃন্দাবনতনা মহারাস লীলাগী ধামনি, মসিদনি নিত্য লীলা শান্নরিবা অতুনা রাসবিহারী শ্রীকৃষ্ণ করম্না বৃন্দাবন থাদোক্কদৌরিবা।

অন্থবু নিত্য ওইবা মানা নিত্য ভাবতা বৃন্দাবন্দা লৈনা লৈনা অতোপ্পা লীলা শান্নবসু অতুম মঙমই করিসু ঙক্নিংঙাই ওইদে। মঙোন্দা অঘটন ঘটনপটীয়সি শক্তি লৈ।

মতাংসিগী প্রেমামৃতবু "কৃষ্ণকর্ণামৃতগী" ৯২ শুবা শ্লোক্লা শক্রি—

(ক) মধুরং মধুরং বপুরস্য বিভো-র্মধুরং মধুরং বদনং মধুরং।
মধুপতি মৃদুস্মিত মেতদহো মধুরং মধুরং মধুরং মধুরম্ ॥

(খ) চিন্তামণি র্জয়তি সোম-গিরি-গুরু-র্মে
শিক্ষা গুরুশ্চ ভগবান্ শিখি-পিচ্ছ-মৌলিঃ।

(গ) হস্তাত্তুৎ ক্ষিপ্য নির্যাসি বলাৎ কৃষ্ণ কিমদ্ভুতম্।
হৃদয়াৎ যদি নির্য্যাসি পৌরুষং গণয়ামি তে ॥

---

(ক) শ্লোক অসি বিল্বমঙ্গল ভক্তনা চান্নজরবী চিন্তামণিনা হে ব্রাহ্মণ! ননাই ঐগী প্রেম থাদোকপির। ঐদি পুন্নমক্না তুকচ্চনরবী (ওক্কেবী) হঙ্গোইনরবীনি. হাঈজরবদা প্রিয়ে নংগী প্রেম থাদোকপা ভয়্রোই হাঈরবদা, মাতুদি ওসি অহিংসি এ রাস লীলা শকচগে পুক্লিং চংনা তাবিয়ু (শ্রীকৃষ্ণ প্রেম পোকপা ফংনবা তাবিয়ু) হাঈজত্নুা তাহঞ্জখি, রাস লীলা লোইবদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফংজখরে বিল্বমঙ্গলদো। হে কৃষ্ণ! মধুর ওইবা মোমোন নোকপা বদনচন্দ্রদি ফংজদ্রিদকো অশুম্না বিলাপ তৌখি।

(খ) চিন্তামণিনা জয় ওইরে, ঐগী শিক্ষা গুরু সোম গিরি কৃপানা ভগবান শিখি-পিচ্ছ চূড়ামণি শ্রীচরণগী প্রেম ঈহৌরে।

(গ) চিন্তামণিগী কৃপানা ফংডমদ্রবা কৃষ্ণগী প্রেমবু ফংহনবিরে বৃন্দাবন্দা ঐ চংথ্রগে হাঈরম্লগা গুরু কৃপানা সন্ন্যাস তৌদুনা বৃন্দাবন যাত্রা ওইখরে। মহোমতা মমিং তাংহন্দুনা চংপা (ডমদ্রবা) ৱারবা

মনাই বিল্বমঙ্গলনা উৎথোংদা ফম্নগা "মধুরং মধুরং……" শ্লোক অসি থিরদুনা কপ্পা কপ্পা শ্রীগোপাল কৃষ্ণস কৌজরকই। গোপাল কৃষ্ণনা ভারদুনা মনাইদ প্রেম ঙৈহৌহল্লকই……কবিগীনো কপলিবদি? বিল্বমঙ্গল ওকই ইস! ইবুঙো নং কনানো? অমুক্তদি পরিচয় পিনিয়ু, শ্রীগোপাল কৃষ্ণনা—অ! বাবা ঐ বন অসিদা ষণ শেনবা গোপ মচা অমনি। অদুম্না গোপাল কৃষ্ণনা খুম্লবগী তুংদা বিল্বমঙ্গলনা— রাখাল নংনা ঐরু বৃন্দাবন অমুক্তংদদি ফংহনবিয়ুগবা। ষণ শেনবা শ্রীগোপাল কৃষ্ণনা— এঃ! লাকও লাকলো চৎলসি হাঙৈদুনা মনাই বিল্বমঙ্গলগী মখুৎ শম্নগা পুবিরকই। অদুম্না থরা চৎলগা মিত্তাংলবা অতুগী মখুৎ (হাদোক্লমই) নাম্বোকহনখি। চৎপা ঙমদ্রবা মিত্তাংলবা মনাই বিল্বমঙ্গলনা হাঙৈজরকখি—হস্তাদুৎ ক্ষিপ্য নির্য্যাসি বলাৎ……।

হে গোপাল! ষণ শেনবা কৃষ্ণনা খুত্তগী নমদুনা নাম্বোক হনগা চৎকে নিংলিবদো অঙকপনি মরমদি—খুত্তগী নাম্বোকপদি ঙমাগা অতগা (হৃদয়াৎ যদি নির্য্যাসি) ঐগী হাংলবা থম্মোই মন্দিরদগী নাম্বোকুনা লেঙবিথিবা ঙম্বিবদি মনাই তোম্লবনা নিপা থোক্কই হ'ঙৈনা শ্রীচরন্দ। হঙৈচগেনে তাবিয়ুকো প্রাণকৃষ্ণ। খুদোং থিরবা খিবিক্কী মরুঙো হে রাধিকা নাথ! মনাইনদি কপ্পা ফংলক্ত- বনিনা অরাবা পিবিবা নত্তনা কনাদবু পিকগদগে? পিনিয়ু লাক্কবিয়ু মপোক ফত্রবা ওইবনা আচার সদাচার ফত্রবানিনে মনাইদি… হে প্রাণকৃষ্ণ! জীবগী মরুঙো মনাইবু লাক্কবা যারা লাক্কবিরবস্থ শিজগে হাঙৈনা পোক্লকপা মপোকনিনা, নোংমদি মনাইগী অরোইবা মতম লাক্কনিনে ইবুঙো। মতম অদুদ'দ মিং তাংলবা মনাই

(ক) ধ্যানা লয়েন পুরঃ পরিকল্প্য ভবন্ত মতীব দুরাপম্।
বিলপতি হসতি বিষীদতি রোদসি চঞ্চতি মুঞ্চতি তাপম ॥

---

বিল্বমঙ্গলনা—রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ শোঙ্গবা ঙমহনবিয়ু 'ললিত ত্রিভঙ্গ রূপ গোপী চিত্ত হারি) শ্রীরাধিকানা ওইদা থোগঙ্গবা যুগোল রূপ অদুতদি দর্শন পিনবিয়ু ননাইগী পুক্নিং খোইমুনা রস আস্বাদন প্রেম সেবা ফংহনবিয়ু শ্রীচরন্দা প্রার্থনা কৎচরি।

(ক) হে কৃষ্ণ ইবুঙো! ননাইনা দর্শন ফংলক্রবদা ফংঙমদ্রবা মূর্ত্তিবু নিংজবগী অচেৎপা প্রেমত্তনা ননাইগী মাংদা য়েক্লুনা লেঙদনা থমজরগা ননাই রাধানা তেঙথাই, নোকই, খ্রাই, কপই অমস্তুং অরাবা কয়াস্তু কোকচৈ।

বিরহগী মতমদা থল্লি ইবেম্মা রাধানা·····রাজগ্রবী ঐঙোন্দা রাহল্লিবা হে কামদেব! নহাক অসি শ্রীকৃষ্ণনা থোকহল্লিবনিকো' শ্রীকৃষ্ণ বিরহ অসি ওইরমদ্রবদি কামদেবনা, রাধা ঐঙোন্দা অরাবসি পিরমলোই। রাজরবা বিরহ দশা ফংলবা মতমদদি "ব্রজরাজ নন্দন নবঘন শ্যাম" শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিবু য়েক্লগা হৈনৌ মপান্না তেন ওইরগা ইবুঙোগী বিরহগী অরাবসি থাঙজবনি। অমুকস্তু তেঙথাজে ঙসাই-মথৈদি কদাঈদা লেঙবিরুবগে ওম্থোক্লা ৱাক্লুরেদা হাঈবনচিংবনা তেঙথাজরগা ননাই রাধানা দর্শন ফংজরেদনা করিগী অমুক ৱাক্লু-খিগদগে হাঈদুনা নোকই। নোকপা উজরগা করিগী অমুক রা ঙাংদ্রিবনো? তাকপিবা শ্রীমুখ বাণীদো তাকপিরো য়েঙবিরো হাঈদুনা কপই। ননাই রাধানা অমুক তেঙথাই, খোংথাং থুদিং

হে মাধব ! শ্রীচরন্দা থুরুমজরি অমৃতগী লৈক্ষম মশক ওইবা থাবলনা ননাই রাধাগী হকচাংদদি মৈ ওইহুনা চাকই। অম্সুম্না সখীনা ইাবম্মগী শাওবা, হরাওবা, কল্পনানচিংবা কিলকিঞ্চিতগী শক্তমশিংনা থোগল্লি মসিবু "দীপকালঙ্কার" কৌই।

বিরহিনী শ্রীরাধানা বিরহগী মতমদা ইংলবা থাবলবু উরগা পা অমদি লক্ষ্মী সমুদ্রগী মচানি, লক্ষ্মীবু উরগা লোম্নবীনি খন্দুনা থাগী মওান্না মৈ ওইহুনা মৈচাক ফংই। হাঈজরি—তাবিয়ু হে কৃষ্ণ! অরাবনি ইবুঙোবু কাঈনরবদা ননাইদি শক্তি অমোমগুম ওইরে। লাম্যেগী মৈচাককুম কাঈনবগী মৈশা ফংজে। নুঙাইবগী মশক ওইজবগ্ কৈনা শান্নবগী মতৌগুম ওইরে, হে কেশব! ননাই রাধানা অসুক্কী মতিক রাজৈদো। সখীশিংনা ঐগী ঙকশম, থবাক্তা মণি মুক্তা পরেংশিংনা শিবি (মলয়জ) চন্দন্না দেহদা লৈতেংবী অদুবু ভুগী মতৌগুম ওই থজ্জেদো, হোল্লিবা নুংশাম্বরবু (মদন দহনমিব) কামগী মৈচাককুম্না চাকইদো অমদি (নয়ন নলিনম্) মিৎ থম্বালবু (বিগলিত নালমিব) মখোক য়াওদ্রবা থম্বালগুম হাঈ হুম্লিদো। অসুম্না নুংশাম্বর হোন্দোক হোজিন মৈগুম্না চাকুনা খাঙজরিদো।

অসিগুম্না বিরহ দশাবু মবুঙো কৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা থোগজৈ সখীনা, মসিবু শ্রীজয়দেবনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চরন্দা কৎচৈ। অসুম্না ওইথিবা সেবাবু "শ্রীজয়দেব ভনিতমিতি গীতম্, সুখয়তু হরিপদমুপনীতম্ রাধিকা" হাঈশৈ অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা পুশিনবিবা ওইহুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী শ্রীচরণ সেবা ফংহনবিসনু। হাঈথ্রিবা হাঈশৈসি শক্লহুনা গুরু রূপা সগীগী তুংইঙ্গরিবা মিৎ তাংলবা ভক্ত বিল্বমঙ্গলনা

শকচরি নিজরি শ্রীচরণগী সেবাবু। মনাইনা নিজরি অতৈ অমা পামজদ্রে শ্রীরাধাগোবিন্দগী শ্রীকুঞ্জ সেবা অতুদদি ফংহনবিয়ু। অসুম্না রাখ্বাল শ্রীগোপাল কৃষ্ণগী কৃপানা শ্রীরাধাগোবিন্দ কুঞ্জ সেবাবু তত্তনা ফংহনবি মনাই ভক্ত বিল্বমঙ্গলবু।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কয়া দর্শন ফংজখ্রবী কনানা ইবুঙোবু কাওব ঙমগদগে? রাসলীলাদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা ভক্তি অসি রাগানুগা ভক্তি কৌই। ভক্তি অসিদি নববিধা ভক্তি মথক্তা বর্ণন তৌখ্রবা মখল মাপলগী ভক্তিনা মরম ওইরগা ফংজরক্কদবা পুমথোক্ত থোইরবা ভক্তিনি। অসিগুম্বা রাগানুগা ভক্তিগী (মধুর প্রেমগী) মমুংদা মখল ১০গী লীলা হাইবদি—

১। রাসলীলা—শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোইননা শান্নবা রাসগী মখল অমবু রাসলীলা কৌই।

২। অরণ্যবিহার—বৃন্দা কুঞ্জ কুঞ্জশিংদা মতম মতমগী ঋতুগী শান্নবা লীলাবু খঙনৈ।

৩। চক্র ভ্রমন নর্তক—মকোক্ত মান্ননা কোইনা চত্তুনা লৈ লৈদুনা শান্নবা জগোয়বু চক্র ভ্রমন কৌই।

৪। হল্লীশক লীলা—ভুপী শাক্তা কোইহুনা শাবা তালগী মওং কাইদনা জগোয় থুৎথেক ফজনা শাবা জগোয়বু হল্লীশক জগোয় কৌই।

৫ যুগ্ম নৃত্য—তুকাং জগোয় মখল কয়াগী জগোয়বু যুগ্ম নৃত্য জগোয় কৌই।

৬। তাণ্ডব নৃত্য--নিপা ডাক্কনা শাবা জগোয় মথলবু তাণ্ডব নৃত্য জগোয় হায়না কৌই।

৭। লাস্য নৃত্য—নুপী ডাক্কনা শাবা জগোয মথল ব্রজগোপী-শিংনা ঋতু ঋতুগী শাজরিবা জগোয়বু লাস্য নৃত্য কৌই।

৮। অযুগ্ম নৃত্য (এক নৃত্য) নাইতোম জগোয়—মকোকচিংবী, মথং চংপী, বৃন্দাসখীশিংগী জগোযবু অযুগ্ম নৃত্য কৌই।

৯। প্রবন্ধ নৃত্য—খুদক্কা শেমদুনা শকপা ঈশৈ, শাবা জগোয় মথলবু প্রবন্ধ নৃত্য কৌই।

১০। রতি নৃত্য—প্রেম রাস প্রেমতনা কংচবা জগোয মতম মতমগী ওইববু রতি নৃত্য কৌই।

১১। পরিহাস নৃত্য--জলকেলী, নৌকাবিলাস, বসন্তরাস অমসুং কুঞ্জরাসবু পরিহাস নৃত্য কৌই।

১২। চন্দ্রাসখী নৃত্য—শৈব্যা পদ্মা নচিংবনা শাজবা (কংচবা) জগোযবু চন্দ্রাসখী নৃত্য কৌই।

অসিগুম্বা প্রেমভক্তি সেবা ফংজখ্রবী ব্রজগোপী কনানা ইবুঙোগী সেবা কাওবা লেরমগদগে? পিনবিরো নিংথিজবা বৈজয়ন্তী মালানা শ্রীঅঙ্গদা থোনবা রূপ অদু সেবা ফংহনবিরো।

অসিগুম্বা রহস্য ওইবা লীলাবু প্রেম গুরু শ্রীচৈতন্যদেবনা রাধা ভাবতা চংদুনা শ্রীকৃষ্ণদা সেবা ওইখিবনা মরম ওইদুনা ... রাগানুগা ভক্তি পামজরিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী মুগোল সেবা নত্তনা অতোপ্পা মুক্তি ভুক্তি পাম্মুবা লৈতনা শ্রীচরণ চংজারু নিজার সখী মঞ্জুরী সেবানা মরম ওইদুনা মনাই বিল্বমঙ্গলনা, গোপাল কৃষ্ণ কৃপানা শ্রীরাধাগোবিন্দ সেবা ফংজাখ।

পরম পুরুষকী শক্তি মথল মথা কয়ামরুম লৈ, মখোঙ্গীগী মন্নুংদা স্বভাবসিদ্ধ জ্ঞান শক্তি, ইচ্ছা শক্তি (বল শক্তি) অমসুং ক্রিয়া শক্তি মখোঙ্গ অসিনা অথোইবনি।

শাস্ত্রদা সচ্চিদানন্দগী শক্তি অহুমগী মমিং — (১) হ্লাদিনী (২) সন্ধিনী অমসুং সম্বিৎ অসিনি হায়রি।

সৎকী ভাবতা তৌরিবা থবক্তু সন্ধিনী হায়রে। চিৎ ভাবতা তৌরিবা শক্তিতুগী মমিং "সম্বিৎ" কৌরে। আনন্দ ভাবতা তৌরিবা শক্তিতুবুনা "হ্লাদিনী" হায়রে।

সন্ধিনী করম্বা শক্তিনো? জগত্তা লেক লৈরিবা সত্তানি হায়না লৌনরিবা পুন্নমক্তুনা শক্তি অসিদা আশ্রয় লৌই। মসিনা জগৎ-সৃষ্টি, জীব জগতকী কর্ম্ম প্রবাহ, কর্ম্ম প্রবৃত্তি ওইহল্লি। পুন্নমকসিগী মূলদা করিগুম্বা শক্তি অমনা থবক তৌরি মতুবু সন্ধিনী শক্তি কৌই।

সম্বিৎ—শক্তি অসিনা মশামকপু চেতন ওইহনবা (স্বতঃ চেতন) মসিগী মতেংনা জীব জগতপু সচেতন ওইহল্লি, জ্ঞান বুদ্ধিদা প্রেরনা পি। (যয়া বেত্তি বেদয়তি চ) মসি জ্ঞান শক্তিনি।

অসিগুম্বা জ্ঞানদীপ অসিগী মতেংনা মানা জীবগী মন্নুংদা লৈতুনা মখোঙ্গীগী অজ্ঞান, অন্ধকার কোকহল্লি। মানা ব্রহ্মাগী থম্মোইদা বেদজ্ঞান প্রকাশ পিবি। মহাকসি সর্ব্বজ্ঞ, সর্ব্ববিদ নি সর্ব্বজ্ঞদা মাগী তপঃ শক্তিনা অমাংবা লৈত্রবা প্রজ্ঞানময় পি।

হ্লাদিনী—শক্তি অসিগী মতেংনা মানা মশাবু মশানা নুঙাই-হঞ্জবা ওমই। স্বরূপানন্দ উপভোগ তৌজৈ অতুগা জীব জগতপুস্ নুঙাইহল্লি। "যয়া হ্লাদতে হ্লাদয়তি চ" (ভাগবত সন্দর্ভ)।

উপনিষদ্ না হাঙ্গরি—জীবশিংসে হাঙ্গরিবা আনন্দ স্বরূপতুদগী থোরকপনি। আনন্দগী মতেংনা ফিই, আনন্দতুনা লৈবা যাইকৈদা মাই শনশিন্দুনা চৎলি, আনন্দ রূপতুদা চংখিগনি তিমখিগনি।

মানা সিন্ধুনি, জীবনা বিন্দুনি। বিন্দুনা সিন্ধুদা তিনবদি তৌনশানি। অসুম্না স্বাভাবিক ওইনা মতোন্দা আকর্ষণ তৌবসে অহৈতুকী প্রেম কৌই। মরম অসি লৈবনা ভক্তি শাস্ত্রনা হাঙ্গরি—"নিত্য সিদ্ধ কৃষ্ণ প্রেম সাধ্যবস্তুময়"। (চৈঃ চরিতামৃত)

প্রেম জীবগী থম্মোইদা লৈ। শ্রবণ কীর্ত্তননচিংবা সাধনগী মতেংনা চিত্তঃ শুদ্ধ ওইরবদা প্রেমদি অতুম মতোমতা উদয় ওইজ-রক্কদবনি। অতুনা তৌজিক্তি ঐখোঙ্গনা খঙলে সচ্চিদানন্দ হাঙ্গবসে সংন্ধনী, সম্বিং অমসুং হ্লাদিনী শক্তিগী ঘনিভূত মূর্ত্তিনি অখণ্ড প্রতাপনি, অতর্ক্য প্রজ্ঞানি, অজস্র প্রেমগী মকোকনি।

অসিগুম্বা সচ্চিদানন্দগী স্বরূপ অমদি শক্তি খঙনবগীদমক্তা মপান্দগী থিরুনিংঙাই করিমত্তা লৈতে। ঐখোঙ্গগী ইশা মনুংদা অনুসন্ধান তৌরগা খঙবা ঙমগদবনি। ঐখোঙ্গনা "ঐ" হাঙ্গরগা খঙনরিবসি হকচাং অসিবু নত্তে ইন্দ্রিয়শিং অসিবুসু নত্তে। দেহগী মনুংদদি লৈবা দেহদি নত্তবা "চৈতন্যরূপ" ওইবা করিগুম্বা বস্তু অমা লৈরিবা মতুবু শাস্ত্রনা "জীব" "জীবচৈতন্য" নত্রগা "জীবাত্মা" হাঙ্গনা হাঙ্গরি। মতোন্দা কর্ম্মশক্তি, জ্ঞানশক্তি, ইচ্ছাশক্তি অতুম লৈ। লৈরিবা শক্তিশিং অসি সচ্চিদানন্দগী ত্রিবিধ শক্তিশিংতুগী অনুরূপ ওইবা শক্তিনি। জীবদা মসি ময়েক শেংনা ফোংদোক্তে অস্ফুট অবিশুদ্ধ ওইনা লৈ, জীবদি ব্রহ্মগী অংশনি (মমৈবাংশো জীবলোকে জীবভূত)। (গীঃ ১৫।৭)

"সত্যজ্ঞান মনন্তং চ ইহ ব্রহ্মলক্ষণম্" পঞ্চদশী গুণশিং অসি জীবদা ফজনা ফোংদোক্কে অস্নুম্না ব্রহ্মসূত্রনা হাঈরি—"অধিকন্তু ভেদনির্দ্দেশাৎ" ব্রহ্মনা জীবদগী হেল্লি। জীবদা লৈরিবা কর্ম্মশক্তি অদুনা থমথেংনা ফুদোকপা ভম্মবদা সন্ধিনী, জ্ঞানশক্তিদুনা থমথেংনা চাওথৎলক্লবদা সম্বিৎ, অদুগা ইচ্ছাশক্তিদুনা থমথেংনা প্রকাশ তৌরক্লবদা হ্লাদিনী হাঈরে মদুগী ফলনা "প্রেম" কৌরে।

হাঈরিবা কর্ম্ম, জ্ঞান, প্রেম নত্রগা সন্ধিনী, সম্বিৎ, হ্লাদিনী শক্তি অহুমসি "জড় প্রকৃতি" ওইবা জীবদা মপুং ফানা ফোংদোক্কে। অবিশুদ্ধ শেংদবা অবস্থাদা লৈ। সাধনাগী মতেংনা অহুমসি শেংদোকুনা বিশুদ্ধ ওইহন্দুনা ঈশ্বরদা মাই ওনশিলহনবা ভম্মবদা মথোঈসি পূর্ণবিকাশ ওইরকই। মতম অদুদা মীগী থম্মোইদা ভগবদ্ভাব ফজনা উদয় ওইরকই। জীবগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা শক্তি অহুম অসি লৈবনা সাধন মার্গদসু অহুম থোক্লে।

১। কর্ম্ম যোগ, ২। জ্ঞান যোগ অমসুং ৩। ভক্তি যোগ। জীবদা লৈরিবা ময়েক শেংদবা অসংভাব হাঈবদু মানা তৌথোরকপা কর্ম্মদা প্রকাশ তৌই। মানা তৌথোরকপা কর্ম্মদুনা "ঈশ্বরোন্মুখী" ওইরদুনা ঈশ্বরদা মাই ওনশিল্লব্রবদি "চিত্ত বিশুদ্ধি" ওইরকই। অস্নুম্না বিশুদ্ধি ওইরবা মতমনা তৌরকপ, মাগী কর্ম্মদু নিষ্কাম "কর্ম্ম যোগ" হাঈনা কৌরে।

জীবদা লৈরিবা ময়েক শেংদ্রবা চিৎ ভাব অদুনা ঈশ্বরোন্মুখী ওইরবদা মাগী শেংলনা জ্ঞান ফংলবা মদুবু "বিশুদ্ধ জ্ঞান" কৌরে। জীবদা লৈরিবা আনন্দ ভাবদুনা মাগী কামনা অদু বিশুদ্ধ ওইরক্লবদা "প্রেম ভক্তি" কৌরে।

অহুম অসিমক পুল্লপনা অনুষ্ঠান তৌজবা ভম্লবদি জীবগী "পূর্ণ বিকাশ, পূর্ণাঙ্গ ধর্ম্ম" কৌরে। অসিগুম্বা পূর্ণাঙ্গ ধর্ম্ম অসিবু প্রাকৃত পঙ্গদা "পূর্ণাঙ্গ ভক্তি যোগ" কৌরে। মরমদি—ঈশ্বরদা ঐকান্তিক ভক্তি য়াওদবা ভাব অহুনা অমসুং কর্ম্মহুনা ঈশ্বরোন্মুখী ওইবা ভস্নোই। ভক্তিহীন ওইবা বৈদিক কর্ম্ম যোগনা স্বর্গরোমদা অহুগা ভক্তিহীন বৈদান্তিক জ্ঞান যোগনা নির্ব্বান লোমদা পুশল্লি। অসিগুম্বা পূর্ণাঙ্গ ভক্তি যোগ অসিবু "ভাগবত ধর্ম্ম" হাঙ্গনা খঙনৈ। মসি ওইরবতদা ভক্তিগা লোইননা জ্ঞান অমদি কর্ম্ম যোগশিং অসি পুন্না চংমিন্নবা ভমই। তৌবতদি কর্ম্মগী অর্থদো ঈশ্বরগী কর্ম্ম ওইবা তাই অহুগা জ্ঞান্দুনা "ভগবত্ জ্ঞান" ওইবা তাই।

অসিগুম্বা সচ্চিদানন্দগী ত্রিবিধ শক্তি অসি মাগী সৃষ্টিদা অমদি জগত লীলাদা প্রকাশ তৌই, মসি অবতার লীলাদা উবা ফংই।

ভগবান্না অসুম্না তাকপিখি— ঐ পোক্রবসু লোকহিতগীদমক্তা ইশাগী মায়ানা দেহ ধারণ তৌদুনা অবতীর্ণ ওই গীঃ ৪।৬-৮)। মথাতানা অমুকসু হাঙ্গরি— ঐগী দিব্যজন্ম, দিব্যকর্ম্মগী রহস্য তত্ত্বদা খঙবা ভম্লবা মীহুদি দেহান্ত ওইরবা মতুংদা অমুক পোক্লরোই মাদি ঐবু ফংলবনি। বিষয় চিন্তা মতোন্দগী থাপ্পা চেনথ্রে মাগী বুদ্ধিনা ঐতবু নিংহুনা লৈখ্রগনি। পূর্ণ ভাবতা মা ঐতোন্দা আশ্রয় তৌরবমিং। অহুম্না ঐগী "জন্মকর্ম্ম, জ্ঞান" তানবা ফংবদগী মশাবু পবিত্র ওইরহুনা পরমানন্দ ওইববা মপোক ফংলে; তৌজিক্তি খঙলে শ্রীকৃষ্ণগী জন্মকর্ম্ম অসি পুম্নমক্তগী পুমথোই থোইরবা মধুর প্রেমান হাঙ্গবসি মশক শেংলে তৌকলে হাঙ্গনা খঙগদবা ওই।

চলসি যদ্ ব্রজাচ্ চারয়ন্ পশূন্ নলিন সুন্দরং নাথ তে পদং ।
শিল তৃণাঙ্কুরৈঃ সীদতীতি নঃ কলিলতাং মনঃ কান্ত গচ্ছতি ॥ ১১

কিঞ্চ ত্বয়ি বয়ং অতি প্রেমার্দ্র চিত্তাঃ ত্বং পুণঃ অস্মাসু কেন হেতুনা কপট মায়সীতি আহুঃ— নাথ = হে প্রাণ বল্লভ ! ঐখোঙ্গি পুম্নমক শ্রীচরণবু থোইনা নিংঙ্কবনা ঐখোঙ্গী থম্মোই অসি মহি চেল্লবনে মতাংসি ওইরফাওদা হন্না হন্না করিগী, কপট = লৌনম তৌবিরিবগে অসিনি ননাই ঐখোঙ্গী প্রার্থনা মরম অসিনা, কান্ত = হে মনোহর ! থরাইগী চান্নববা শকহেনবা কৃষ্ণ, যৎ যদা = মতম অতুদা, ত্বং = ইবুঙোনা, ব্রজাৎ পশূন্ চারযন্ চলসি = ব্রজদগী বণ শেনবা চৎপা মতমতুদা, তে নলিন সুন্দরং পদং = থম্বালগী হেন্না থোৎলবা ফজরবা পাদদা, শিল তৃণাঙ্কুরেঃ সীদতি = মহৈ-মরোংগী তিংথংশিংনা অমদি নাপিশিংগী থৌরবা মহোন কয়াশিংনা থিন্দুনা নারমগনি, ইতি মত্বা = মসি খন্দুনা, হে নাথ = পুক্লিংগী মপু ওইবা শ্রীবৃন্দাবনগী মবুঙো ! নং মনঃ - ব্রজগোপী ওইবীগী থোৎলবা পুক্লিং অসি, কলিলতাং গচ্ছতি = শক-ওন্না শকফম কাঙ্গনা অরাবা ওইজরি মতমনা শাৎলবা থম্বালবু ভাইখো শাৎখিম্নু খিংবা য়াগদরনে ? ব্রজগোপীগী মফমদা দর্শন পীনবিতুনা অবা মৈচাকসি কোকহনবিয়ু ।

---

কৃষ্ণ কাঙ্গনরবী ব্রজরমণীশিংনা মখোঙ্গী পূর্ব্বাবস্থায় হাঙ্গবদি কৃষ্ণগা লোঙ্গনরিবৈ কৃষ্ণগী থোইথুম্নবা মীনোক প্রেমগা লোঙ্গনবা নিংয়েং অমসুং অঙ্গ, ভঙ্গি, কয়াসি উখিবনি। মসিদা মখোঙ্গী নিংশিংনগী লম্বীদা মতিক চারবা মখোঙ্গী প্রাণবল্লভ শ্রীকৃষ্ণদা হাঙ্গখিবতনি— হে লৌনম চাওবা ! নহাক্কী লৌনম লাংদা থুরবী

ঐখোঙ্গীসে পোৎথাক্‌ম খণ্ডদনা ডাওরবা থম্মোইনা করম্না শান্তি ফংগদগে থন্দুনা ধারনা তৌভুনা লৈরবনি। নহাক্না পূর্ব্বাহ্নগী মতমদা গোপসখা কয়াগা লোঙ্গননা গোচারণ অমসুং মশিং খণ্ডদবা যণ কয়া মাং থারগা ব্রজদগী বৃন্দাবন্দা যণ শেনবা চৎলি, ইবুঙোবু উরক্রবদা বন ভূমিনা নিরানন্দ ওইত্নুনা মমশিল্লকথিবনি। ইবুঙো নহাক্না শামান-লেঙমান্নবশিংগা যণ কয়াবু শেল্লি গোষ্ঠ লীলানচিংবা মহা-আনন্দনি। তৌইগুম্বসুং ব্রজ অসিদা গোচারণ তৌননবগীদমক বন ভূমি অসিদা মাইকৈ খুদিং মাং থানা চৎলি মতম অদুদা ঐখোঙ্গীনা মংগী তুংদা, নহাক্কী থোৎনা নৌরবা শ্রীচরণ অদুবু উঙ্করগা তপথবা লৈক্না পুক্নিংদা থল্লি অমসুং ডাংতক তৌরবা থম্বাল ১০৮ গী গর্ভ-ওংম্বনি। বন ভূমিসি মতৌশানা কল্লি, অসুক কল্লবা অসিদা মাইকৈ থুংনা চেল্লি ঐখোঙ্গী নাক্কসু লাকই শ্রীচরন্দা উফুল-লৈঙোই অমদি তৃণাঙ্কুর (তিংখঙ-তুম্বৌ) নেৎপদা কয়াদা নারমগনি। মরম অসিদগী তপথবা লৈত্রবা ঐখোঙ্গী থম্মোইদা উবসু ফংদ্রেদে', হে হৃদয়বল্লভ! নংনা ঐখোঙ্গী চংজকম ওইরিবা শ্রীচরণ থম্বাল্না ঐখোঙ্গী অপরাধ ডাকপিয়ু।

গোষ্ঠ লীলা শান্নবদা কৃষ্ণ নহাক্কী মাইকৈদা মুণ্ডাইবা ওইরবসু ঐখোঙ্গীনা অরাবা কথা ভোগ তৌভুনা লৈরিবনি। মরমদি—মতম চুপ্পদা থল্লি ব্রজগী লৈপাক অসিগা শোক্রবদা অমসুং তিংখঙ-তুম্বৌ কয়ানা শ্রীচরন্দা অনাবা, অকনবা শাফু পিরমলোই করম্না থল্লুগে। হে প্রাণবল্লভ! পিনবিরো দর্শন। মতাংসিদা গোচারণ যণ-শেনবা চৎলমদাইগী বিরহ নিংশিংবিয়ু ইমা যশোদাগী অরাবা মৈচাকপুম্ন।

দিন পরিক্ষয়ে নীলকুন্তলৈ র্বন রুহাননং বিভ্রদাবৃতং ।
ধন রজস্বলং দর্শয়ন্ মুহু র্মনসি নঃ স্মরং বীরযচ্ছতি ॥ ১২

হে বীর=ব্রজদা লৈরিবী রমণীশিংগী ধর্ম্ম মাংহনবিবনি নংনা, দিনপরিক্ষয়ে=লুংথিলগী শরুক ওইরবদা, নীলকন্তলৈঃ=মমসিল্লক-লবদা খোইরপ তৌবা শমজোঙ্গী পংতিনা, আবৃতং=লাইবক্তা (খুমজিনথ্রবা) শিনথুংথ্রবদা, ধনরজস্বলং=ষণ মখোংদগী তৌবকপা উফুন্না তৈরবা, বনরুহাননং=শাৎকাইরবা থম্বালদা খোইমুনা তোং-বগুম, বিভ্রং=ফোংদোক্লুনা, মুহুদর্শয়ন্=অত্তুগুম্বা মাইথোং হাঙ্গবদি গোথুরাগী উফুল তৈরবা মাইথোং অত্তুনা হন্না হন্না উহন্দুনা, নঃ=ঐথোঙ্গী পুন্নমক্কী, মনসি=থম্মোই অসে, স্মরংযচ্ছতি=কামগী তেন্না থাবগুম য়াহল্লিয়ে। ১২

---

হে বীর! ব্রজরমণী ঐখোঙ্গী ধর্ম্ম মাংহনবদা অমসুং হন্না হন্না ঐখোঙ্গী ইথক্তা অকনবা নোং চুথরকপদা নহাক্কী মহৌশাগী ওইবা অকনবা তৌবা ভম্বগী পরিচয় অত্তু খোংথাং খুদিংগী নিংশিংলকই। নহাক্না পূর্ব্বাহ্নগী মতমদা অরাবনা তপথবা লৈতনা সঙ্গী ধর্ম্ম অমসুং গৃহ কর্ম্ম কয়া কাওখোক্লুনা ইবুঙোতবু খন্দুন লৈবনি। অদুগী মতুংদা অপরাহ্ন কান্দা (হল্লকপা মতম অদুদা) ঐখোঙ্গনা ইবুঙো নহাকপু উরুদবগী অরাবা কয়া কোকই।

অরাবনি অরাবনি, ঐখোঙ্গনা অফবনি খল্লি কয়ামুক অরাবসি নংলিবনি। কৃষ্ণ নহাক্কী শ্রীচরন্দা তিংথউ-তুম্মোনা থিনথিবা খল্লুবগা ঐখোঙ্গী য়ারমলোই। মরম অসিদগী জ্ঞানিশিংনা হাঙ্গবা য়া লৈ —

(ক) যাবতঃ কুরুতে জন্তুঃ সম্বন্ধান্ আত্ম মনসঃ প্রিয়ান্।
তাবন্তোঽস্য নিখন্যন্তে হৃদয়ে শোক শঙ্করঃ॥ (প্রাচীন বাক্যং)

(খ) অণুমাত্র মপীহ বর্ত্ততে, নেতরাং প্রেম হি মাদৃশীষু হি বঃ।
তিল মাত্র মপীহতু ক্রমং ন সমর্থা বয়ং মীক্ষিতুং তব॥

(গ) ব্রজতি ব্রজতো গবাং ব্রজং বিপিনে চারয়িতুং যদা ভবান্।
চরণৌ তবখিদ্যতঃ তৃণৈরিতি নঃ খিদ্যতি মানসং তদা॥
(আনন্দ বৃন্দাবন চম্পুঃ)

---

(ক) হে প্রাণবল্লভ ! ননাই ঐখোঈনা ইবুঙোবু দর্শন ফংজদ্রবদা হাঈনিংঙাই নৈতনা রাজৈ শ্রীকৃষ্ণনদি ঐখোঈগী অরাবা থুদিং উবিদে নুংশিবা, অপেনবা হাঈবসিগা মান্নবদি অমা নৈতেদো মরমদি— অপেনবা হাঈবসিগা সম্বন্ধ হেক নৈরুবদগীদি ইবুঙো হাঈবসি হেক্তা হাঈনৈ খঙনৈ, অদুবু থম্মোইদদি অরাবা কয়া হেক্তা পোক্লিবনি হাঈনৈ অখঙবা পণ্ডিতশিংনা।

(খ) থরদং খজিক্তং হাঈবা প্রেমগী মৈনা থম্মোইদা হেক চুরবদা মৈচাক ফংলবী ব্রজগোপীবু প্রেমগী মবুঙোনদি খনবিদেদো কনখরেদা। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম হাঈবসি থরদং ফংজরবদা, প্রেম মাবু খাঙজবদি ঙমজদেদো অদুবু শ্রীকৃষ্ণনদি য়েংতুনা নৈথোকই হাঈনৈ।

(গ) অঙকপা শ্রীকৃষ্ণনি যণশিংবু বৃন্দাবনগী মফমশিং য়ৌনবা চংহলনিংলকপদা যণ পুম্নমক হেক্তা য়ৌই। লাপনা লাকপগী রারা শ্রীচরন্দা উংলি ব্রজগোপীশিংগী থম্মোইদা, ইবুঙো নংবু রারমগনি পুক্লিংদা খজিক নিংবদা মিৎকুপ্তা অরাবা ফংইদো। থঙজদ্রে অঙকপা কৃষ্ণগী লীলা অসি হে অংকপা শ্রীকৃষ্ণ !

(ঘ) তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে।
"অতঃ পাপীয়সীং যোনি মাসুরীং যাহি দুর্ম্মতে।
যথেহ ভূয়ো মহতাং ন কর্ত্তা পুত্রকিল্বিষম্" ॥ (ভাঃ ৬।১৭।১৫)

(ঙ) ইতি প্রসাদ্য চিত্রকেতু ররিন্দম।
জগাম স্ব বিমানেন পশ্যতো স্ময়তোঃ তয়োঃ ॥ (৬।১৭।১৫)

---

অঙকপা শ্রীকৃষ্ণগী চরিত্রনি হাঙ্গৈবদি—কনা ওইবা মীওইনা মুক্তি মখল মরি (১) সামিপ্য (২) সাযুজ্য (৩) সালোক্য অমসুং (৪) সাস্তি মুক্তি মখল মরি অসিগী মন্নুংদা ঐশ্বর্য্যগা মান্নবা মুক্তি-পদ অদুবু সাস্তি কৌই। "একত্বং সাজুয্যং" অমত্তা ওইবা ভগবান্দা তিনশিনববু "সাযুজ্য" কৌই। অসিগুম্বা মুক্তি অসি শ্রীকৃষ্ণনা পিরবদসু লৌদে হাঙ্গৈবদি—ভক্তি মার্গ পাম্বা বৈষ্ণবশিংনা মুক্তিদগী ভক্তিনা হেল্লি হাঙ্গৈদুনা শ্রীচরণ সেবাতবু নিংজৈ নিজৈ।

(ঘ) মুক্তি ফংলবা চিত্রকেতুনা লাইয়াম সভাদা দুর্গাগা শিব মহাদেবগা আসন অমত্তদা পুন্না ফম্মিন্নরম্বদু উরগা, হৌনদে হাঙ্গৈরু-বদা দুর্গানা শাওদুনা চৈথি মসি "সাযুজ্য মুক্তি" কৌই। সামিপ্য হাঙ্গৈবদি—স্বামিগী নাক্তা লৈমিন্নববুসু "সামিপ্য মুক্তি" কৌই। রাহে অসি হাঙ্গৈরকপা হৌরকপদা "দীয়মানং ন গৃহ্নন্তি বিনা মৎ সেবনং" মানা মানা তৌজরুবা কর্ম্মনা ফংফম থোকপা মুক্তি পিরবসু বৈষ্ণবশিংনদি মুক্তি পামজদ্রে হাঙ্গৈদুনা ভক্তি সেবাবু নিজৈ হাঙ্গৈবা ভগবান কপিল দেবগী বচনবু লৌনরি হাঙ্গৈদুনা শাওনখি।

(ঙ)। অসুম্না হে রাজন্ মহারাজ পরীক্ষিৎ! শিব, দুর্গা, চিত্রকেতু, শাস্তি ওইরবা তুংদা য়েক্কবা লৈত্রবা নিংথোদো ভগবান্না

থারকপা পিরকপা রথ তোংহুনা শিব ছুর্গাগী মাংদা শ্রীভগবানগী ধাম য়ৌহুনা শ্রীকৃষ্ণ ফংজগ্রে।

তথাহি—নিংথৌ চিত্রকেতু অমদি রাণী কৃতহ্যতীগা লৈমিন্নরকপদা মমিস্তা মচা ফংজরক্রবদগী রাণী (লিশিং তরা হেন্না) মথং মথং লৈমিন্নখি। পুন্নমক নি সন্তান মচা ফংদ্রবদগী মচা ফংজনিংবনা হৃংবা য়াবস্থ হংজৈ, থিবা য়াবস্থ থিজৈ। কাইনথংদা (মমৈথংদা) শ্রীভগবানগী কৃপাদগী মহারাজ য়াবিরুগন্থ, পরমশ্রেষ্ঠ অঙ্গিরা মুনিনা যজ্ঞ তৌরবদি "সুকুমার" ওইবা নিংথিজথবা নচা শোঙ্গদনা ফংগনি হাঙ্গবসি তাজবদগী মুনি অঙ্গিরাদা হাঙ্গজরে। মুনিনা লেঙবিরক্লুনা যজ্ঞ কংলে, রাণীনা মচা নিজখরে। "যজ্ঞ শেষ চরু" নিংথৌনা রাণী কৃতহ্যতীদা পিজবদগী মহারাণী অত্থ গর্ভিনী (গর্ভগী লক্ষণ) ওইহুনা নিংথিজরবা মচা নিপা (রাজ কুমার) অমা ফংজখি।

শাস্ত্রীয় ওইবা পুংসবন অমদি সিমন্তোন্নয় জাত কর্ম্ম তৌহুনা ফংজখিবা মচা অহু নোংমদি ইংলবা নিংথম ওইবনা মচাবু মুংশাদা পুথোক্লুনা শুম্বদগী রাজ কুমার (অঙাং অহু) তুমথোকখ্রে। অসুম্না নিঙাইদনা তুম্লিবা রাজ কুমারবু মমা পোক্কবীশিংনা হাংননবা য়া ভাম্নখরে। রাণীশিংক্লুনা মাগী মাগী য়াথল পুক্লিংদা লৈরম্বশিং অহু অসুম্না ফোংদোকনরকই—নোংমদি ঐখোঙ্গ শোঙ্গদনা চচা লৈতে গন্দুনা কোম্নুংদগী নিংথৌনা তাম্থোরকপা হাঙ্গবসি শোঙ্গররোইদ্রবা য়াফমনি, মতৌ অসুম্না খোইরাং খোইশাওনরবী রাণীশিংনা শিন্দুনা কনা খঙহন্দনা লোম্না চংহুনা রাজ কুমারদা হু পিথকখি (হু ইনখি)। মরম অসিদগী রাজ পুত্র অসি মৃত্যু ওইখি।

মতাং অসিদা মমা ওইবী মহারাণী কৃতদ্যুতীনা মচাবু অমৃত মাইয়োক্লনিংলদুনা "ধাতৃ মাতা" (অহানবা অঙাংদা অমৃত ইনবী) কৌরকই হাঙ্গৈরক্কই—ধাতৃ মাতা! ঐগী ইচা অদু অমৃত থক্লিংলম্নগনি পুরকলে। মহারাণীগী য়াথং ফংলদুনা ধাতৃ মাতান রাজপুত্র অদুবু লৌবা চৎলুবা মতমদদি অঙাংনা তৌরম্লিবা মতৌ অদুদা ধাতৃ মাতা অকনবা খোল্লাওদা 'ওহ! রাজ কুমার' করি মতৌনো তৌরিবসিবো অমুম্না হাঙ্গৈরম্লগা রাম্বুদুনা লৈখরে।

ধাতৃ মাতানা তৌরিবা মতৌ অদু মহারাণী কৃতদ্যুতীনা উরদুনা চেনশিল্লকুনা প্রাণ য়াওদ্রবা (মৃত্যু ওইরবা) মচাবু চেজেং কোনজদুনা কপলকই—"ইমাগী ইবুঙো রাজ কুমার ইমাদি মাংজবেদনা ইবুঙো" অমুম্না রাণীনা কপ্পা তারগা, চিত্রকেতুসু মচাগী নাক্তা চংলকুনা মচাবু হন্না হন্না শংত্রিক য়েঙলদুনা বিলাপ তৌরম্লগা রাম্বুখরে।

অসিগুম্বা মচা কাঙ্গনা মৈচাক্লা নিংথৌ চিত্রকেতুগী মরৈপাক শিন-থুখ্রে। চিত্রকেতুগী পুত্র মৃত্যু ওইরে হাঙ্গবা পাউ অসি মুনি অঙ্গিরা অমদি শ্রীনারদ তারে। অঙ্গিরা মুনিন থল্লি—ঐমক্না পূজা যজ্ঞ তৌদুনা পোকখিবা (ফংজখিবা) পুত্র মৃত্যু ওইরবা। শ্রীনারদ ঋষিগা লোঙ্গননা চিত্রকেতুগী নাক্তা লাক্লগা হাঙ্গৈরে—হে মহারাজ, কৃতদ্যুতী রাণী! মসি পুম্নমক সংসার ওইবনা ফংবনি ত্যাগ তৌরো, "পুনরপি জননং পুনরপি মরণং হি সংসারোচ্যতে" অমুম্না কয়া সান্ত্বনা তৌখি।

বাৎসল্য প্রেম কনখ্রে কোকপা উমখিদ্রে রাজা রাণী অনিদো, চিত্রকেতু নিংথৌ মশামক্না মচাগী সমাধি তৌখি। অরাবদিময়েঙ

তাখিদ্রে, মহামুনি অঙ্গিরান। উরছুনা (হংই) হাঙ্গিরকই—হে মহারাজ চিত্রকেতু! নচা কাঙ্গিনা মৈচাক অসি করিগুম্বা নচাগী জীবাত্মান লাক্তুনা (মৃত্যুগী) মরম খঙহল্লরবদি কোকপা ঙমগদ্রা-? - চিত্রকেতুনা খুমজখি—মহামুনি অছুবু ওইরবদি ঐ শোঙ্গিদনা অরাবা মৈচাকসি খবদং ওইরবস্থু কোকপা ঙমজগনি তাকপিরো মথা জানা মহামুনি। মহারাজ চিত্রকেতুনা লাংতক্লনা মচাগী মৃত্যুগী মরম খিবিক হংজববু মুনিনা তাকপিরকই—হে রাজন্! যজ্ঞ তৌরগা ফংজখিবা নচানিবে অতুনা যজ্ঞনা অমুক শোঙ্গিদনা পাউখুম্বা তাবনি। যজ্ঞ তৌহুনা মুনি অঙ্গিবানা জীবাত্মাবু কৌগি হংখি। রাজ পুত্র (অঙাং) অহুনা ইংলবা মেংলবা খোঙ্জেলনা পাউদম্নকই—তাবিয়ু হে পিতা মহারাজ অমদি ইমা মহারাণী! নচানা মৃত্যু ওইখিবনি "নি সন্তান" ওইরবী ইমা রাণীশিংনা ডু পিথকপদগী নচাগী পঞ্চভূত দেহগা জীবাত্মাগা বিচ্ছেদ ওইরকহনখিবনি। মতৌ অসুম্না রাজ পুত্রনা পাউদমজখি।

মরম অসিদগী চিত্রকেতুনা, পুম্নমক সংসারনি, অমাংবা, ওইদবা তাকনি খঙলকপদগী শ্রীভগবানবু ধ্যান তৌজরুবদা যজ্ঞেশ্বর ভগবান দর্শন ফংজহুনা শ্রীচরণ নিজখি মনাইদা ফংহনবিখি; অসিগুম্বা রসবু শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ তৌজরুপদগী সেবা পামজরবী ব্রজগোপীশিংনা শ্রীগোবিন্দজীগী শ্রীচরণ সেবাতবু পামজরহুনা নিজখি শকচখি পিনবিরো ফংহনবিরো জীবগী চংজফম ওইবা হে বৃন্দাবনগী মবুঙো! ফংঙমদ্রবা শ্রীচরণ নত্তনা অতৈ অমা পামজদ্রে, "ললিত ত্রিভঙ্গ রূপ গোপী চিত্ত হারী" জন্ম জন্ম (মপোক মপোক) খুদিং শ্রীচরণগী মনাই ওইজবতদি পিনবিয়ু হয়না হয়না অসুম্না ব্রজগোপীশিংনা নিজখি।

প্রণত কামদং পদ্মজার্চ্চিতং ধরণী মণ্ডলং ধ্যেয় মাপদি।
চরণ পঙ্কজং শন্তমং চ তে রমণ নঃ স্তনেম্বর্পয়াধিহন্‌॥ ১৩

রমণ! =হে শান্নবদা য়াম্না হৈ শিংবা! আধিহন্‌! =হে অৱাবা কয়াবু কোকপিবা! প্রণতকামদং =চংজরকপা মীওইশিংগী অপাম্বা অত্থু পিবিরিবা, পদ্মজার্চ্চিতং =ব্রহ্মাগমক্না পূজা তৌখ্রিবা কচ্চরিবা, ধরণীমণ্ডলং =পৃথিবীগী মশক ওইবিরিবা, আপদি-ধ্যেয়ং =ধ্যানতনা অরাবা কয়া মাংহনবিবা, শন্তমং =সেবাগী মতমদা মুঙাইবা পিবা, তে =নহাক্কী, চরণ পঙ্কজং =শ্রীচরণ থম্বালতুবু, নঃ =ঐখোঙ্গী পুম্নমক্কী, স্তনেষু =হৃদি (থবাক) অসিদা, অর্পয় =থম্বিরো। ১৩

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনরবী ব্রজগী রমণীশিংনা ইবুঙোগী খোইনা মুরবা শম্নাংনা মাইথোং শিনথুংবা অমদি মণ হোইবগী উফুন্না মকশিন্নবা বদন হাইরা হাইরতুনা কামগী তেন্না পানবগুম লৈখরে অমস্বুং ইকাইবা তপথবা লৈতনা পুম্নমক থাদোক্লুনা মতিক মগুণ শক-শোল্লতুনা ঐখোঙ্গী হৃদি অসিদা শ্রীচরণ থম্বিয়ু হাঙ্গবগী হাঙ্গজবা হৌখরে। মতম অসিদা "প্রণতদেহিনাং পাপকর্ষনং" অসিনচিংবা শ্লোক্না হৌরতুনা অমুক হন্না হাঙ্গজখরে।

গোপী পুম্নমক্না হ ঈজখি—হে রমণ! নহাক্কী ইঙ্গিত্তা ঐখোঙ্গনা ইবুঙোগা লোঙ্গননা তিন্নবা পাম্বা ওইরবস্থু ঙসিদি নহাক্কী বঁশি-ধ্বনিনচিংবদা ঐখোঙ্গনা করিগুম্বা মখলগী থুম্বা (উহন্দবা) ঙমদ্রতনা ঐখোঙ্গ কুলবতী রমণী ওইরবস্থু য়ুম থাদোক্লাম্লাই অমস্বুং বনসিদা

ইবুঙোগা লোঙ্গৈনজরি। অসিগী মতু'দদি মখল-মখা কয়ামুক্তা "বাহুপ্রসার পরিরম্ভ করাল কোরুনীবিস্তনাল ভননর্ম্মন খাগ্রপাতৈঃ" অসিনচিংবা ভাবতা ঐখোঙ্গীগা লোঙ্গৈননা শান্নরগা ঐখোঙ্গীগী মুডাইবা তেঙ্গংলি। হে আধিহন! ঐখোঙ্গী মতম অসি অরাবা ওইরি, অরাবসি কোকপিরগা মুঙাইজরনি। মসিমক ঙসিদি শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গৈনবগী থোইনা ম'রিবী ঐখোঙ্গীনা শ্রীচরন্দা হুক্সংচরি—ঈশিংদা হৌবা (শাংপ) থম্বালনা দেহগী মৈচাক ইংহল্লি। শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গৈনবগী মৈচাক অসিদি ইংবা কোকপা ঙমদরে। ইবুঙোগী শ্রীচরণ থম্বাল অসিনা ব্রজরমণী ঐখোঙ্গীগী হৃদিদা হাপ্লিরবদি কৃষ্ণ কাঙ্গৈনা মৈচাক থরদংদসু শাস্তি ওইগনি (ফংগনি)। হে রমণ! অসিদগী হৌরহুনা নানা ভাবতা থোগঙ্গরগা শ্রীচরণ পদ্মগী সেবাবু পিবিয়ু অমদি মথল কয়াগী অরাবা অসি কোকপিয়ু। হে কৃপানিধে! খোঙ্গালগী মপু! কৃপা পিবিবদা অমুক লিকপা (থাকপা) তৌবিদনা ননাই ঐখোঙ্গী নিংজবা সেবা গুংহনবিরে।

ব্রজগী রমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী পদ কমল অসে ব্রহ্মামক্না পূজা তৌগ্রবনি অমসুং ব্রহ্মাগী প্রার্থনাদা শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীগী অরুস্বা কোকপিনবা অবতার তৌবিখিবনি। অসি হাঙ্গৈরগা মহাক্নী স্বরূপ ঐশ্বর্য্য গোপীনা শকখিরবনি। গর্গাচার্য্য, ভাগুরিনচিংবা মুনিশিংগী মচিন্দগী তাগ্রবনি, অসি হাঙ্গৈহুনা মরক মরক্তা অসিগুম্বা মতিক-মগুণ থঙহন্দুনা লৈগ্রবনি। তৌইগুম্বমসুং মখোঙ্গীগী অন্তকরন্দা লৈবা পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণদা থাঙ্গে শেঙনা যশোদাগী মচা ইবুঙোদা ঐগী প্রাণনাথনি হাঙ্গৈন থন্দুনা হক্সংচবনি। অতু ওইরবদি মাধুর্য্যাগী রস

(ক) ততো নিজ ভাবানুরূপ্যেণ শ্রীগোপিকা নন্দনতাময়।
কেবল মাধুর্য্যানুভবেঽপি তদে তদৈশ্বর্য্যং যাচকরিত্যা॥

অতুতা লৈরবস্সু শ্রীকৃষ্ণ চান্নবী রমণীশিং মতম মতাং অতুদা হাঈজবগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য থঙলতুনা য়াম্না তোল্লবগী ভাব রাখন্দা অসিমক ফোংদোক্লিবনি, হাঈরিবসিগী মরমদা গৌরীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীপাদ জীব গোস্বামীনা হাঈজখিবস্সু কয়া লৈখরে।

(ক) কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী মফমদা হাঈজখিবা মহাক্কী মগুণ অতু শক-শোল্লতুনা ইবুঙোগী গুণ ফোংদোক্তে। মরমদি অসুম্না হাঈজবা মীওইশিং অতু থোইনা হয়াওদে খন্দনা হাঈজরিবা অপান্বা অতুস্সু পিবনি। থোইদোকপদি ঢৌগ্রবা মমাংদৈগী মুনিশিংগী মুখদা ব্রজাঙ্গনাশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মতিক মগুণগী য়ারী অসি তাখিবনি মরম অসিদগী য়াম্না তোন্না হাঈজবগী মরমদা মখোঙ্গীনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণশিং (শকখি) শোনখি। মসিদা মখোঙ্গী মশাগী ওইবা মতিক মগুণ অতু ময়েঙ তাবস্সু নত্তে। থোইনা চান্নরবী ব্রজাঙ্গনাশিংগী শকচরকপা খুদিং মফম খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণগী ফজবরা অমদি নিংথিজবা কয়া ঈঙ্গিংনস্সু খঙবা ঙমই, মফম অসিমক্তদস্সু কনাগুম্বী চাকনিবীগী চৎন-লোনচৎ য়ারী খঙলবস্সু চিংনবা কয়াদি লৈতরে।

ব্রহ্মামোহন লীলাদা গোপ-বালকশিং অমদি বৎসী-বন্নাও পুম্নমকপু হুথিবা ব্রহ্মানা য়ারৌখিবা অশেংবনি। তৌইগুম্বসুং অপরাধ অসি কোক্রবা কৃষ্ণগী শেংলবা শ্রীচরণ অসিবু য়াম্না কিনা ভক্তিগা লোঈননা চংজখিবনি। লোকপিতামহ ব্রহ্মানস্সু ভগবান কৃষ্ণগী শ্রীচরণ পদ্মদা চংজখি অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌজখি অমসুং

জগৎ অসি ভাকপিনবগী দমক একান্ত ওইনা হাঙ্গৈজখিবনি ব্রজরমণী-শিংনা মসি মমাংদস্ত "বিধন সাখিত্তো বিশ্বগুপ্তয়ে···" অসিনচিংবা শ্লোক্তা য়াওখ্রবনি, ব্রজাঙ্গনাশিংনা ব্রহ্মাগী থোদোক অদু খঙহল্লগা মফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী চাংদম্নিঙাই লৈত্রবা অথোইবা মতিক মগুণবু শকখি। শ্রীকৃষ্ণদা প্রেম লৈবী শেংলবী মাধুর্য্য ময়ি ব্রজরমণীশিংনা ইবুংঙোদা ঐশ্বর্য্যশিং অদুম্ভ উত্তে অচুম্বনি মখোঙ্গনা খঙখিবনি। রসিক চূড়ামণি ব্রজেন্দ্রনন্দন কৃষ্ণসে মখোঙ্গী প্রাণবল্লভনি মসিদা ঐশ্বর্য্যগী সম্পর্ক লৈতবনি। মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যগী মরমদা থম্মোইনা অহৃতত্ত্ব খন্দুনা লৈ, মসিদা মখোঙ্গীবু লোইনবদা মনাই অমা ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-সঙ্গদা চংশিল্লুদে। অদু ওইরবস্তু ব্রজ-রমণীশিংসে উপাধি লৈতবনি অথোইবা প্রেমদা মহাক্কী স্বরূপ ঐশ্বর্য্যনচিংবা থোইনা খল্লুদ্রবস্তু করি করিগুম্বা মতমদা মখোঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যনচিংবস্তু মতিক চানা মুন্না খঙলিবনি।

ব্রজাঙ্গনাশিং অসি অপাম্বা লৈতবনি পুমথা-থাদোকথ্রবনি। থোইদোক হেন্দোকনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা মপুং ওইজবনি মসিদি ওইথোক্তবা নত্তে। চংজরকপা মীগী অপাম্বা ফংহল্লি মহাক্কী চরণ থম্বাল ফংহল্লিবনি, অসিগুম্বা রাতুল চরণ (রক্তবর্ণ) অসিবু অমুক্তং ফংজথ্রবদি অত্তোপ্পা অমা অমুক পামদ্রবনি। মরম অসিদগী চরণ সেবাদা থল্লাই লুপলবা মীশিংনা অপাম্বদু মপুং ফানা ফংই মহৈ য়াল্লবনি, মসিমক শ্রীমদ্ভাগবত অসিদা শ্রীকৃষ্ণদা হাঙ্গৈজখি। অম্তুম ওইবী গোপীশিংনা সংসারগী বিষয় হাঙ্গৈবদি—ধন, জন, পুত্র, দারা, প্রেম, ইচা, ইশু, ইরন, য়ুম-কৈ থাদোক্লবীশিংনা চরন্দা হঙ্গংচখি।

(খ) সত্যং দিশত্যর্থিত মর্থিতো নৃণাং,
নৈবার্থদো যৎ পুনরর্থিতাযতঃ।
স্বয়ং বিধত্তে ভজতা মণিচ্ছং,
ইচ্ছা পিধানং নিজ পাদ পল্লবম্॥

(গ) কাম লাগি কৃষ্ণভজে পায় কৃষ্ণ রসে।
কাম ছাড়ি দাস হইতে হয় অভিলাষে॥

---

(খ) শ্রীভগবানগী মফমদা প্রার্থনা কয়া তৌজখি, ইবুংঙোনস্থ মনাইশিংগী অপাম্বা নিজ চরণ পদ্মদি পিবিখি। মরমদি মী অতুনা কামনা বাসনাগী করিগুম্বা অমত্তা খল্লুদনা শ্রীচরণতবু খন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা পরমার্থ সার ওইবা শ্রীপাদ পদ্ম তেক ফংজবদা অতোম্বগী রাখল মাংখরে। মসিমক শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা হাইখ্রবনি।

(গ) বিষ্ণু পুরাণদা ধ্রুব উপাখ্যান্না, খোদোক অতুমক্তা খঙবা ঙমই। রাজা উত্তাম পাদগী সুনীতি অমসুং সুরুচি কৌবী পত্নীগী গর্ভদা ধ্রুব অমসুং উত্তম মচা অনি পোকখি। উত্তমনা নিংথৌগী তম্পাক্তা লৈবতু উরগা, সুনীতিগী মচা ধ্রুবনা মহাকস্থু লৈনিংলমই। মতম অতুদা বিমাতা সুরুচিনা হাইখি—পদ্মপলাশ লোচন ভগবানবু অকনবা তপস্যানা পেলহনবনা, ঐগী গর্ভগী ইচা ওইনা ফংলবা মতম অতুদা নং লৈবগী অধিকার ফংগনি অতু নত্রবদি কাম্নরোই।

রা অসি তাবদা সুনীতিনা ধ্রুববু ভগবদ আরাধনা তৌরুনবগী শক্তমদা অয়াব পিখরে। দেবর্ষি নারদগী মফমদগী উপাসনা মন্ত্র ফংজতুনা শ্রীমদ্ভগবত্ সাক্ষাৎ ফংবদগী পিতৃগী তম্পাক পাম্বগী পূর্ব্ব-বাসন অতু নিংখিদরে। অপাম্বা, মিঙৌবা পুম্বা কোকখরে ধ্রুবদো।

(ঘ) স্থানাভি যামী তপসি স্থিতোহহং ত্বাং,
প্রাপ্তবান্ দেব মুনীন্দ্রগুহ্যম্।
কাচং বিচিন্বন্নপি দিব্যরত্নং,
স্বামিন্ কৃতার্থোহস্মি বরং ন যাচে॥ (ভাঃ)

---

(ঘ) হে প্রভো! সামান্য পিতৃ (মপাগী) সিংহাসন পাম্নগী ধ্রুবনা অকনবা তপস্যা কয়া তৌবদা, দেবতা মুনিশিং মক্না ফংডমদ্রবা ইবুঙো নঙাকপু ফংজরিবনি। মিৎকুপ্তা মাংখিগদবা লিকলিবু পামলিবা মী খিবদা দিব্য রত্ন ফংলিবা ননাই পরমার্থ ওইজরবনি। অসিদগী অতোপ্পা বর প্রার্থনা অমা লৈত্রে কান্নদরে পামজদ্রে।

অশেংবনি মীওইবগী বাসনা লাক্লবা অমা শান্তি লৈতে, উপভোগ থক লাপথোক্তে হেন্না হেন্না পামশিল্লকই। বরগী আশা মপান নাইদে, মৈদা ঘী হৈজিনবগুম্বনি। মসিমক ইবুঙো নহাকী অপার করুণা সিন্ধুনি। শ্রীভগবান্না মনাই ভক্তবু শ্রীচরণ ফংহল্লবদা অন্য বাসনা অদুদি শোঈদনা কোকথ্রে। বালকশিংনা (অঙাংশিংনা) তাল্লি মন্না মপাদা তাল্লিবা পোৎ অদুনা মচাদা অকাইবা ওইগদবা থোক্লবদি পিদে অতোপ্পা অমনা ফগদবা থন্দুনা চেষ্টা তৌনরিবনি।

মতৌ অসুম্ন তৌনা থোঈদোক্না থৌজান হৈরবা শ্রীভগবাননস্যু মনাই ভক্তবু বিষয় বাসনা হৈনহন্দনা অথোইবা প্রেম ফংনবগী পুক্লিং চংহল্লি। জীব শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য দাস ওইরবস্যু মায়ানা মরম ওইদুনা নিজ স্বরূপ কাওথোকখিদুনা পরমানন্দগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা মুডাইবদো নমহৎখিবনি। বিষয় বাসনানা পুল্লগা কাওথোকহল্লি মরম অসিনা শ্রীভগবানগী অপেনবা অদুস্যু ওইদে।

ব্রহ্মানন্দশিংবগী মপাম্বদি শ্রীভগবানগী চরণ সেবা ফংবা অমম্তুং হাঙ্গৈবদা ওয়োইদবা পরমানন্দমু ফংজরিবনি, মসিমক শ্রীভগবানগী অনিংবনি। মায়ামুগ্ধ জীবনা অনাদি কালগী কর্ম্মগী মথা পোনবনা বিষয়গী সুখ না মরম ওইদুনা কাওথোকহল্লিবনি। তৌইগুম্বডং অসিগুম্বা রাংলবা বিষয় বাসনা খাদোক্লগা শ্রীভগবানগী চরণ সেবাদা জীবনা মাইওম্বোকখিদুনা, ময়াই কারদুনা পুক্লিং লুপ্পা চংবা ঙমদে। মসিমক দয়ানিধি শ্রীভগবান্না ভক্তবু চরণ সেবা পিরগা মুঙাইদুনা তপ্পা তপ্পা অপাম্বা বিষয়শিংবু খাদোকই।

শ্রীভগবানগী চরণ সেবাদা নিংখিজনা থুম্লবা অমৃত মরিক অমত্তং ফংবদা জীবনা বিষয় সুখ অদু চিংনখা লৈতনা থাদোকই, মথং মথং সাধু সঙ্গদা অমম্তুং শ্রীভগবানগী কথা আলাপ্পা পুক্লিং চংসিল্লি মসিমক নরোত্তমঠাকুরনা হাঙ্গৈখিবনি—"লোভ সাধু সঙ্গে হরি কথা" মরমসিদগী শ্রীভগবানগী চরণ পদ্ম ফংবদা পরম পুরুষার্থ অথোইবদি শিংথাবা ওয়োই স্মরধ্বনি গঙ্গাগুম চেন্তরিবনি। ব্রজরমণীশিংনা দৈন্যনি তোল্লবনি খঙহনখ্রিবনি—হে দুঃখ সন্তাপ হারিণ! অসুম্না অরাবগী মৈচাক কোকুবা প্রার্থনাদি ইবুঙোনা খোঙ্গৈদনা তাবিগনি। মরমদি অরাবা কোকপিগনি শ্রীচরণ ফংজবনা মঙ্গল ওইগনি রাজ্যগী রাখল অদুতা অনুভব তৌরম্বনি, ইবুঙোগী শ্রীপাদ পদ্ম ফংজরগা কাঙ্গমবগী সংসার মাংগনি অমম্তুং মঙ্গলগী মশক ওইরবা মুঙাইবা কৃপা পিনবিয়ু। মরম অসিনা হে কৃষ্ণ! নহাকপু কাঙ্গনবদা খোইনা রাজরিবী ঐখোঙ্গগী অপাম্বা অমদি অনিংবা থুংহনবিয়ু। অদিগুম্বা মুংগী রাখলবু খঙজরবী (তাজরবী) গোপীশিংনা ঈশৈ অসি কৎচখি।

(৬) প্রণতদেহিনাং পাপকর্শনং তৃণচরানুগং শ্রীনিকেতনম্।
ফণিফণার্পিতং তে পদাম্বুজং কৃণু কুচেষু নঃ কৃন্ধি হৃচ্ছয়ম্॥

প্রণতজনের কাম পুরণের তরে,
যে পদ পঙ্কজ তব অভীষ্ট বিতরে,
পদ্মযোনি ব্রহ্মা যার পূজা করে অনিবার,
ধরণী শোভাদায়ী যে পদ ভুষণ।
বিপদে ধেয়ান ধ্যেয় চরণ কমল প্রিয়,
স্পর্শে তার বিঘ্ন কর হে তপ্ত রাতুল॥

---

(৬) হে প্রিয়তম! ব্রহ্মামরা পুজা তৌজরিবা ইবুঙোগী সাধারণ ওইদবা ধ্বজবজ্রাঙ্কুশগী ফজবা কয়ানা লৈতেংলবা শ্রীপাদ পদ্ম কয়াদা ফজগ্রবানাসে। ইবুঙোগী রাতুল চরণ অনিগী ফজবা অসিনা অমুক্তা পৃথিবীগী লৈমাইসিদা লৈতেংবদি ফজবগী ফজবানি।

অসিগুম্নবা শ্রীচরণগী নাক্তা লৈজরগা অরাবা কাওথোকইবনি, গোবর্দ্ধন ধারণগী মতাংদা খুঙগ্রবনি। দেবরাজ ইন্দ্র শোরারেন্না শাওরক্না অকনবা নোং নুংশিংনা গোকুল ভুমি মাংহন্নবা থৌরাংই, মতম অদুদা হে কৃষ্ণ! নিংশিংবতদা ইবুঙোনা গোবর্দ্ধন চীং থাঙ্গৎপা প্রলয় কাল নকশিল্লকপগী মতৌগুম অরাবা অদুদগী ব্রজবাসীশিংবু কনবিখিবা হে রমণ! জীবগী অরাবা মাংহনবিবা। পর মণিকেতননি হাঙ্গৈতুনা গোপীশিংগী চংক্রমনি হাঙ্গৈনরিবনি। প্রার্থনা অমদি ঈশৈ শক-শোনজবদা লাংতক্করম্বা কাঙ্গৈনবগী মৈচাক পুম্নমক কোকখরে। মরমসিন্না বিশ্ববিধাতা ব্রহ্মামরুস্ম খুরুম্লিবা ইবুঙো। ব্রজরমণীশিংগী দেহ অসিদা লেংদনা শ্রীচরণ থম্বিয়ু কৃষ্ণ কাঙ্গৈনা মৈচাক কোকচগে।

মথক্কী শ্লোক: শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবগী য়ারবী ব্রজগী রমণীশিংনা মশাগী ওইবা কাঙ্গনবনা মরম ওইরভুনা মখোঙ্গী দেহদা শ্রীকৃষ্ণগী পাদ পদ্ম অদু থম্বিনবা হাঙ্গজখি। তৌইগুম্বসুং মসিদা মখোঙ্গনা ওইবা য়াই মসি ওইরবদা।) থম্মোইগী হৈ-শিংবা, প্রেমগী থৌরাংবা কৃষ্ণগী চরণ স্পর্শ অসিনা দ্বিগুণ হেনবনি খনখি। মসিমক থম্মোইগী প্রেম পিপাসা অদু কোক্নবগীদমক লাংতক্করিবী ব্রজগী রমণীশিংনা তৌজিক্কী শ্লোক অসিদা শ্রীকৃষ্ণ অধরামৃত অদু প্রার্থনা তৌখিবনি। দান তৌবদা হৈ-শিংবা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা অধরামৃত পিবদা করিগুম্বা অরিকপা অমদি অতনবা মীওইব ফোংদোকখিদে, মসিমক মখোঙ্গ পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী অকনবনি হাঙ্গইভুনা সম্বোধন তৌখি। অমুক হন্না অধরামৃতগী মশক ওইবা মতিক মগুণ থোইদোক্না হেল্লি, অমুক্তং থকচবদা মমুংগী ওইবা লাইনা কয়া, অরাবা কয়া, হু থকলুবদগীসু খুদক্তা অতুম মাংই ময়েং তাই হাঙ্গইরিবনি।

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবদা ব্রজরমণীশিংগী অদুগুম্বা থৌরবা মৈচাক অদু অসুম অসুম্না লাপথোকখি, থম্মোইগী ময়াই কাবদু মাংখ্রগা অরাবা ময়েং তারবসু অদুনা মশাগী ওইবা স্বভাব অদুনা খে অদুদি হেঙ্গৎলি। অদুবু শোক্নবদা প্রেমদি থরা বিশেষনি সম্ভোক ইচ্ছাদি হেক্কৎলি। অসিগুম্বা বাসনাদগী তোঙানবা অরাবদু ফোংদোকপদা মরু কংনা মাংখি, অসিগুম্বা সুরতবর্দ্ধন অসি অধরামৃতগী অঙাওবগী মরোং (মওং) মাংখ্রগা প্রমদাশিংনা হন্না হন্না অধরামৃতবু কংননবা তৌরবসু মসিদা অপেনবদি ওইদে মরমদি অসিগুম্বা অধরামৃত অসি থকপদা নিত্য ওইনা হেঙ্গংলিবা প্রেমগী আকাঙ্ক্ষা অদু মাংখিবনি।

মসিমক ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোগী অধরামৃতগী মগুণ অদু মাংলগা প্রেমদাশিংদা চানবি হৈবনি হায়না শ্রীকৃষ্ণবু খঙখরে। মাসগী মরমদা মীওইবশিংনা অতোপ্পগী মফমদা অনুরাগ পোক্লবসু থাঙলিবনি থাঙ্গে শেংনা অধরগী মশক ওইবা অমৃতদি অমৃতনি আকাঙ্ক্ষা অসিনা থম্মোইদা হেঙ্গৎলক্লুনা লৈবনি। অসিগুম্বা অধরামৃতসে মীওইবশিংগী থম্মোই লুংদা লৈরিবনি। ন্নুপী (রমণী) পুম্নমক্কী থম্মোইদা অসিগুম্বা ময়াই অসিনা চিনবানগী থুম্লবা মহাক্কী খোঁজানবু নিংলকপা অদু পোক্লগা নর-নারীশিংগী থোইদোকপা কুপা ফংজবগী নুঙাইবনি। মতম অসিদা সার্ব্বভৌম রাজ্য ওইববসু মহুদগী ফুং ১০০ (চামা) হেনবনা ব্রহ্ম নিংবগী নুঙাইবনি, মসি ফাওবা কাওথোক্লিবনি ব্রহ্মবু নিংদ্রিবনি।

মসিনা মতম অসিদা পুকচেন তপ্পা পণ্ডিতশিংনসু অতোপ্পগী মফমদা অনুরাগ অদু কাওথোকই। মহৌশানা চঞ্চলতা ওইবী ন্নুপীশিংনা থোইদোকনা ইবুঙো (কৃষ্ণ) সঙ্গদা পুক্লিং লুপলি অদুগী মতুংদা মযাই কাববী ব্রজরমণীশিংগী অতোপ্পা কনাগী অনুরাগদা মশাগী ওইবা ধর্ম্মাধর্ম্ম রাখল রাঙাং অসিনচিংবা পুম্নমকসু মাংথি, মসিদা করি অমুক হাঙ্গনিঙাই লৈরিবগে?

অধরগী মশক ওইবা অমৃত শোক্রবদা পুরুষশিংমকসু বিষয় আশক্তি মাংই অদুগী প্রমান হাঙ্গরবদা ব্রজগোপীশিংনা হাঙ্গখি— হে নাথ! বেণু খোংবদা কৃষ্ণগা মান্নবা জগৎসিদা অমা লৈতে অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী চিনবান অদুনা চুম্বন তৌরগা "স্বরিত বেণুনা সুষ্ঠু চুম্বিতম্"। মরম অসিদগী নহাক্কী অধরামৃতনা জীব পুম্বগী ওইনা

ফংনিংবনি অতোপ্পা বিষয়শীদি অনুরাগ লৈতে। বেণুগী মখোন রস কণ্ঠমন্নিনি তৌইগুম্বসুং ইবুঙোগী চিনবান অতুনা শোকপতদা রস ফাওদবা বেণুগী মখোন অঙকপা মগুণনি। অসিগুম্বা কৃপা অসিনা ইবুঙোবু ঐখোঙ্গীগী কৃপাগী পাত্রনি পুরুষশিংগীস্ত অধর রস অসিনা চোৎলবা তাম্বুল সেবাদা ভক্তগী থম্মোইদস্ু ভগৎ অসিদা ওইথোক্লবা মুঙাইবগী রস অমা ফংলিয়ে। মরম অসিদগী হে কৃপানিধে! ঐখোঙ্গী পুম্বসে থাঙ্গেশেংনা থোঞ্জালগী মশক ওইরিবা অধরামৃত অছু পিবিরগা মহৈ য়ালহনবিরো।

তথাহি—অধরামৃতগী থোঙ্গদোকপা গুণ অহুমনি ১। মথং মথং মশাগী ওইরগা চাওখৎপা, ২। অতোপ্পা অরাবনা হেক্ষং-লকপা মাংহনবা অমসুং ৩। অতোপ্পা মফমদা নিংশিংবা মাংহনবা, অসিগুম্বা অর্থ অহুম পুথোক্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃতগী পুরুষার্থনি মফম অসিদা ফোংদোক্লি। অতোপ্পা রাগ কাওবগী মরমদা ভক্ত "বিল্বমঙ্গল" না অসুম্না বর্ণনা তৌরি—"তদ্বৈতৎবীথীপথি কৈ-রূপা-স্যাঃ স্বারাজ্য-সিংহাসন-লব্ধদীক্ষাঃ। শটেন কেনাপি বয়ং হঠেন দাসী কৃতা গোপবধূ বিটেণ" ॥

ঐখোঙ্গীসে অদ্বৈত বাদিনি তোঙানবা লৈত্রবা ব্রহ্মবু খণ্ডনবা থিবনি, লক্ষী অসিদা পাম্না থিরিবশিং আরাধন তৌরিবনি অমসুং মশাগী মুঙাইবনা সিংহাসন পূজা তৌথি, তৌইগুম্বসুং কনা অমনা নমতুনা মনাই ওইনা শিংথাক্লি। জ্ঞান মার্গগী সাধনা প্রভাবতা ব্রহ্মানন্দ অহুত্তবু কাওডমদবনি, জ্ঞান মার্গগী লম্বিদা নিংজবনা অপাম্বা পোৎপু নিংবনি মসিস্ু ঐখোঙ্গীনা নিংদ্রবনি।

স্বরত বর্দ্ধনং শোক নাশনং স্বরিত বেণুনা সুষ্ঠু চুম্বিতং।
ইতর রাগ বিস্মারণং নৃণাং বিতর বীর নস্তেঽধরামৃতম ॥ ১৪

হে বীর—হে দানশূর! দান তৌবশিংদগী পুমথোই থোইবা ওইবা হে অকনবা, স্বরত বর্দ্ধনং—ইবুঙোগী প্রেমামৃত অদুবু অতৎলৈতনা চাওখৎহল্লিবা, শোক নাশনং—জগৎকী অৱাবা পুম্নমকপু কোকপিবিবা অদুগা কৃষ্ণ ফংবা ভনদবগী মৈচাক্তি কোকহনবিদবা, সুষ্ঠু চুম্বিতং—চিনবান শক-খাদা হাপ্লগা মরোল হাপুনা, স্বরিত বেণুনা—ফজনা খোংলকখিবা বেণুগী খোঞ্জেল মরোলহুনা, নৃণাং ইতর রাগ বিস্মারণং—মীওইবগী অনিংবা পুম্নমক কাওহল্লিবা হাইবদি, সার্ব্ব ভৌমানি সুখেবু রাগমিচ্ছা বিস্মারয়তি—মীওইবগী হৌনশা সার্ব্বভৌমা ওইজবগী নুংঙাইবা মথল কয়াবু কাওহল্লিবা শ্রীগোবিন্দগী প্রেমামৃতনি, তে অধরামৃতং নঃ বিতর—অদুগুম্বা ফংভমদ্রবা অধরামৃতবু নিজরি য়াম্না লিকপগী মতৌ ওইবিদনা ভিক্ষা পিনবিয় হে মদন মোহন! অসুম্না ব্রজগোপীনা নিজখি।

---

মসিগী দৃষ্ঠানদি—হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! ভক্ত বিল্বমঙ্গলনা মমিৎ তাংহুনা চৎপা ভমদ্রবদা (য়াত্রবদা) শ্রীবৃন্দাবনগী মবুঙো কৃষ্ণগী দর্শন সেবা পামজহুনা লাকচবদা হে কৃষ্ণ করুনাময়! ননাইবু করি ওইরসিগে শোঞ্জরকপদা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত বিল্বমঙ্গলগী মখুৎ পাঙ্গহুনা পুবিখিবা খঙনগনি।

অসিগুম্বা ব্রজগোপীশিংগী প্রেম ভক্ত বিল্বমঙ্গলনা বৃন্দাবনদা লাকপদা গোপীশিংগী অৱাবা বর্ণনা ফংজখি। অমরোমদা মিৎ তাংলবা মানা শ্রীকৃষ্ণ উজবা ফংদ্রে ৱাখিবনা বিলাপ তৌরি।

শ্রীমদ্ভাগবতনা সাক্ষি ওইরি মতুদি—১০।৮ ১৬ ত. হাঈখবে।

"এষ বঃ শ্রেয় আধাস্যদ্ গোপ গোকুল নন্দনঃ।
অনেন সর্ব্ব দুর্গানি যূয়ং মঞ্জস্তরিষ্যথ" ॥

---

হে নন্দ মহারাজ! গোপ শাগৈ অসি নচা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা মঙ্গল ওইহলবিরগনি, থুদোং থিবা কয়াদগীসু নচা অসিনা কল্লগনি, অসি হাঈনা গর্গাচার্য্য মুনিগী বচননা তাকপিরম্মি। গোপ কুলগী অরাবশিংদি হন্না হন্না কনবিগ্রে, ব্রজগোপী ঐখোঈগী মফমদদি অরাবসিদগী কনবিদ্রি হে মদন মোহন! শ্রীচরণ পদ্মাসননা ঐখোঈগী হৃদি পদ্মদা হাপ্পিদুনা অরাবসিদগী কনবিযুগবা।

শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন পামজরিবা গোপীশিংনা থনখি—হে বৃন্দাবন নাগর শ্রীগোবিন্দ! গোপীগী থরাই ওইজরিবা ইবুঙো ঐখোঈনা লৌক্ষবা বর্ম্মগী ফলনা থৌরি ওইনা পুনথিবনা অরাবশিং অসি ফংজগনি। হে কৃষ্ণ! ইবুঙোদি চংজরকপা জীববু কনশিবা মাগী মাগী অপান্থা ফংহনশিবনি মরম অসিনা দোষারোপ তৌজদে। অদুবু ঐখোঈদি ননাই ওইজবদি পামজে। ইরাল কয়াবু তাকপিযু, "হে প্রণত জন পালক" শ্রীচরন্দা চংজরক্রবী কালি সর্পগী রমণী-শিংগী মফমদা তাকপি হৈবগী থৌজান্না মখোঈগী অপান্থা পতিবু কনবিখি। ইবুঙোগী বেণু খোঞ্জেল তাবদা ঐখোঈ পুন্নমক কাম রোগ লাইনানা নারে, "ভো ভিষক শিরোমণে" হে লাইনা কয়াগী অরা মৈচাক কয়াবু কোকহনবিরিবা হে অখোইবা মাইবা! (শোক নাশনং) শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী মৈচাক্না নারবী থাংঙমজদ্রবী ব্রজগোপী ঐখোঈগী অরাবসি কোকহনবিযু ঐখোঈবু লাইয়েংবিযু।

লাইয়েংবিবগী অমদি ইবুঙোবু দর্শন ফংহনবিবগী মমলদি পিবা ঙমজরোই মরমদি— ঐখোঙীগী দেহদা ইশাদা ফংলিবা লাইনা অসি কনানা করিদগী কবম্না লৈখিবনো (ফংহনখিবনো) হাঙীবসু থঙবিফম থোকই। চানবি হৈত্তবা শ্রীকৃষ্ণনদি মরম অসিনা হিদাক পিতুনা গোপী ঐখোঙীবু লাইয়েংবিফম থোকপনি।

হে কৃষ্ণ! বেণুগী মপু ওইবা ইবুঙোনা য়োত্তুনা (উমশিন্দুনা) থাম্লিবা বেণুগী মরোলনা কামগী তেন ওইতুনা ঐখোঙীগী থম্মোইদা থাবদগী মৈচাক অসি ফংখিবনিনা মাইবগী দক্ষিনা পিফম থোক্তে। মতম পুম্নমক্তা পোকপদগী হৌরদুনা মাইথোং থম্বাল দর্শন ফংজরগা চিংজবিবী গোপীবুনা করি ইরাল লৈখিদুনা, করি লংজখিদুনা অসুক অরা মৈচাক ফংহনবিবনো।

গোপী অমনা অসুক হাঙীখি—পুম্নমকসে শ্রীকৃষ্ণগীসু মরাল লৈ, হে নির্দয় কৃষ্ণ! সুংশি হৈত্রবা ইবুঙো! নহাক্কী বেণুগী মিরবা কাওডম্লরোইদবা খোঞ্জেলনা ঐখোঙী পুম্বগী পুক্লিংবু শুক্নহনখ্রিবা অসিসু মিসুংশি থঙদবা কৃষ্ণগী নরালনি। ঐগী ঐগী ইমা, ইপা, ইবুং-ইপা অসিনচিংবা পুম্বগী প্রেম থাদোক্তুনা অডাওবীগী মতোৎপম ইবুঙোগী ননাক্তা লাকহল্লিবা অসিসু করা অমনা নত্তে নহাক্কনি। মরম অসিনা অচৌবা মরাল লৈবমনি। অমরোমদা কৃষ্ণগী বেণুদি মরোল থোকপা নত্তে, ইবুঙো মংনা নিংথিনা তম্বিদুনা ঐখোঙী পুম্নমকপু কৌরগা করিগী লোত্তুনা উহন্দনা লৈরিবনো? হে কিতব! হে লৌনম্বা কৃষ্ণ! গোপী ঐখোঙীবু করম্না থাডদুনা লৈগদগে?

হে অচ্যুত! ইবুঙো নহাক্তি ময়েং তাবা লৈত্রবা কৃষ্ণনি, হাঙ্গৈনি ব্রজগোপীশিংগী মফমদদি ওন্না-তৈনরেনে। পাঙ্গল শোনবী ন্নুপী-শিংবু কৌরগা লোত্তুনা লৈবা ওম্বসে কনাগুম্বা অমা লৈরম্মোই, লৈরোই মরম অসিনা অচৌবা নরাল লৈরে হাঙ্গজরি অত্তুবু শ্রীকৃষ্ণ নহাক্তী অন্নুনয়বিদনি হাঙ্গবদি হাঙ্গজা-নোঙ্গ হৈব: ন্নুপানিনা খুদক্তা মিংকুপ্তা কোকখিগনি। অত্তুগা গোপী ঐখোঙ্গনা লাঞ্জখিবা ইরান্দি করম্বা মতমদা করিনা কোকপিগদগে? কাওবিরবরা? বঁশি চুড়া ইবেম্মা রাধাগী মফমদা কংলবা ফাওবদা ইবেম্মনা মান খাদোক-খিদ্রবদা ইবেম্মগী চরন্দা—

"স্মর গরল খণ্ডন মম শিবসি মণ্ডন
দেহি পদ পল্লবমুদারং জয় রাধে"॥

হাঙ্গত্তুনা চংজখিবদো ইবুঙো হে কৃষ্ণ! তোল্লবী পাঙ্গল শোনবী ননাই গোপীদি কাওবা ওমজররোই। লেঙথোকপিরক্রোগবা হে প্রাণকৃষ্ণ! ননাই ওইবী গোপী ঐখোঙ্গী অরা মৈচাকসি অমুক্তদি কোকপিত্তুনা ফংওমদ্রবা শ্রীচরণগী সেবা ফংহনবিরো। অসি হাঙ্গনা ব্রজগী গোপীশিংনা প্রার্থনা তৌজখি।

অসিগুম্বী ব্রজগী গোপীশিংগী অরা মৈচাকপু নিংশিংজত্তুনা ভক্ত বিল্বমঙ্গলনা হাঙ্গজখি—হে করুণাময়! তয়ালবু ওমজবা শ্রীমুখনা য়েংবিবা মিংয়েংনা শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবগী মৈচাকপু উনগুন্না ইংহনখিবা অশংবা মণিগী কুচুনা তমজনিঙাই ওইবা, মতম পুন্নমক্তা মুরলী গান তৌত্তুনা কৈশোরগী ফজবা রূপনা লৈত্তংবা শ্রীকৃষ্ণবু ননাইনা উজবা কৈদোঙৈ ফংজরক্কদগে?

**অটতি যদ্ভবানহ্নি কাননং ত্রুটি র্যুগায়তে ত্বা মপশ্যতাম্।**
**কুটিল কুণ্ডলং শ্রীমুখঞ্চ তে জড উদীক্ষতাং পক্ষকৃদ্ দৃশাম্॥ ১৫**

যদ্=মতম অদুদা, ভবান্=ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা, অহ্নি=নুমিৎ চুপ্পা, কাননং=বৃন্দাবনগী মফম ওইবা বন খুদিংদা কোইনা চৎপা মতমদা, ত্বাং=ইবুঙো নহাকপু, অপশ্যতাং=উতৌদবা মীশিংগী, ত্রুটি=মিংকুপ অমত্তং উতৌদবদা, র্যুগায়তে=যুগ অমা ওইরবোই থল্লিবা, দুঃখমুক্তং=অমুক হন্না নুমিৎনা তাররবদা, তে=ইবুঙো নহাক্কী, কুটিল কুণ্ডলং=খোঙ্গরবা শমজোইনা খুমজিল্লিবা, তৎ=অদুগুম্বা ফজবনা তিল্লবা মাইথোং অদুবু, উদীক্ষতাং=অরাংবদা য়েংলবশিংগী, দৃশাং=মমিৎশিং অদুগী, পক্ষকৃদ্=মিৎকুপ হাঙ্গবা সৃষ্টিকার্ত্তা ব্রহ্মানা শেম্লিবা অসি, জড়=পঙ্গুখ্রেদকো, অসুম্না কৃষ্ণ দর্শন ফংলক্রবদা গোপীনা মশানা মশাবু আত্ম নিন্দা তৌরি।

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবগী মৈচাক্না ব্রজরমণীশিংগী শ্রীকৃষ্ণনা বিষয় ওইরদুনা ঘাম্না অরাবা কয়াশিং লোঙ্গননা মখোঙ্গনা তোল্লবীনি খঙলদুনা হাঙ্গজখি—হে নাথ! মতম অসিদা গোচারণ চৎখিবদা (কৃষ্ণবু উরক্রবদা) ঐখোঙ্গগী অমদি ব্রজবাসিশিংগী মফমদদি মিংকুপ অমগী মতম অসে যুগ অমগী পরিমাননি থল্লি। সন্ধ্যাগী মতমদা যগবী যন্নাওশিংগা লোঙ্গননা লাকপা, গোখুররজনা মাইথোং অদু ফজনা উবা ফংদে মরমদি জগৎ শেম্বা ব্রহ্মানা "পা" অসিনা ঐখোঙ্গগী মিত্তা কুপশিনবিগ্রবনি। অসিনা মরম ওইদুনা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু মাইয়োক্নরবা ফাওবদা তরু তরুনা উজবা ফংজখিদবনি।

হে কৃষ্ণ! ইবুঙোনা দিবা লীলাগী গোচারণ ষণ শেনবা লেঙবা লীলাদা ইবুঙোবু উজরম্বী ঐখোঙ্গীগী মিৎকী পা পিকথ্রবা মঙাক্না হেক কুপ্পকপদা দর্শন ফংদববু বিরহ সন্তপ্ত গোপী ঐখোঙ্গীসে যুগ অমা ফংদবগুম খোকই। খোই-খোইরবা শম্লাংনা লৈতেংলবা ফজবা মাইথোং য়েংজরিবী পেনবা নাইক্রবী ঐখোঙ্গীগী মিৎকী পাবু শেম্লম্লিবা ব্রহ্মা মাবু জড়নি অপংবনি নুংশি হৈতবনি খঙোদো।

হে গোপী মোহন! গোপী ঐখোঙ্গীনা অরাবা ফংলকপসিদি ঙসিদা নত্তে মতম কয়াগী মাংদগী রাতুনতা লেঞ্জরক্লবনি। ইবুঙোনা বন্দা ষণ শেনবা চৎখিবগী শাংলবা মতমদি থমখিসি তেল্লবা *ত্রুটি অমগী মতমবু গোপী ঐখোঙ্গীগী মফমদদি যুগ অমগুম ওইজেদো। দণ্ড অনিনা মুহুর্ত্ত অমনি। ঘড়িগী মতমদা যেংলবদি মিনিট ৪৮ না মুহুর্ত্ত অমনি। মুহুর্ত্ত অমনা ১২ থোকপগী শরুক অমবু ক্ষণ অমা কৌই: ক্ষণ অমা হাঙ্গবসি—মিনিট মরিনা শাই। হাঙ্গরিবা ক্ষণ অসিবু ১৭ থোকপগী শরুক অমবু ত্রুটি কৌই। ত্রুটি অমগী মতম সেকেণ্ড ৮ দগী থবা হেনবা ৯ সু য়ৌদবা মতমবু ত্রুটি অমা কৌই হাঙ্গনরি। অতুনদি তেনথ্রবা মিৎকুপ অমগী মতমবু যুগ কয়াগুম খল্লবী গোপীশিংনা শাংলবা কুংথিল অমগী মতমবু কয়ামুক রানা থাংলমগদাগে হাঙ্গবসিদি অতুম বিচার তৌবিগনি। ব্রজগোপীশিংনা শ্রীরূপ ফজবা কাওভমদ্রববু নিংশিংতুনা রানা লৈরিবৈ কান্দা খোই-খোইরবা শম্লাংনা লৈতেংলবা বদন চন্দ্র (মাইথোং থম্বাল) বু প্রেমগা লোঙ্গননা দর্শন ফংজরকপদা মিৎ কুপ্পকুনা পা মঙাক্না ঙাইহাক্তং

*ত্রুটি অমগী মতমসি করিনো হাঙ্গরবদি—শ্রীধর মতে ক্ষনার্দ্ধ কালং মৈত্রেয় ঋষি বচনং ত্রসরেনু ত্রিকং ভুঙক্তে যঃ কালঃ স ত্রুটিস্মৃতঃ॥

তথাহি চৈতন্যচরিতামৃতে—

(ক) ব্রজে নিজ নিজ সিদ্ধদেহ করিয়া চিন্তন
দিবা নিশি সেবে রাধা কৃষ্ণের চরণ॥

পনবা লিখিববু পা অসিনা মরম ওইবগীদমক ব্রহ্মাবু নিন্দা তৌখি। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈজরিবা প্রেম ভক্তি অসিদি ঐগুম্বা প্রেম ভক্তি মশক খঙদ্রিবা (ফংজদ্রিবা) শিংনা গোপীগী মগুণ শিংথাজবা কোংদোকচবা ঙমগদগে?

অসিগুম্নবী গোপীনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধর্য্যরূপ ফংদ্রবদা দর্শন খৌরাংজতুনা হাঈজরি নিজরি—হে বৃন্দাবনগী মবুঙো বৃন্দাবনেশ্বর! ননাইশিংগী থম্মোইদা কৃপাগী থৌজালন। চানবিতুনা দর্শন সেবা ফংহনবিবা নত্তনদি ননাইনা করি করম ওইজগদগে? ঐখোঈনা নিংজরক্লিবা অসি ইবুঙো নহাক্লা থুগাইবিগনু। ব্রজগোপীশিংগী অথোইবা ধর্ম্মদি কৃষ্ণন। পেনবিনবা হোৎনজবা সেবাতনি হাঈবসি অরেপ্পনি। অতৈ অমা পামজদ্রে শ্রীচরণ সেবা ফংজবা নত্তনা অস্নুন্না প্রখর। কৌবী গোপীনা নিজখি।

(ক) শ্রীরাধাগোবিন্দগী সেবা ফংজগে নিংলবদি (পাম্লবদি) মশাগী সিদ্ধদেহ অতুনা সেবা চংজগনি ফংজগনি। অতুগুম্বা চিন্ময় দেহতুতনা অহিং নুংথিল অনিমক্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবা চংজগনি হাঈবনা বৈষ্ণবশিংনা সখী মঞ্জরীনা চংজরি। "বিচার করিয়া মনে ভক্তি রস আস্বাদনে মধ্যস্থ শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ"। মুন্না বিচার তৌরগা ভক্তিগী প্রেম ফংগনি শ্রীনরোত্তম ঠাকুরনা হাঈরম্মি।

সঙ্কল্পো বিদিতঃ সাধ্ব্যো ভবতীনাং মদর্চ্চনম
ময়ানু মোদিতঃ যোঽসৌ সত্যো ভবিতু মর্হতি ॥
ভাঃ ১০।২২।২৫

---

হে বাঁশিধারি ! ঐখোঈ ব্রজগোপীশিংনা জ্ঞান লাকপদগী শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংজগে হাঈনা থা ১ চুপ্পা নিংজরক্কপদা "কাত্যায়নী মহামায়ে নন্দ সুনুং পতিং মে কুরু তে নমঃ"। পূজা কংচখিবদা তাকপিরমখিবদু কাওবিখ্রেনে।

হে ব্রজগী সতীশা ! কৃষ্ণ ঐবু ফংনবগীদমক নখোঈনা থা ১ চুপ্পা ভগবতী কাত্যায়ণী পূজা কংচরিবদু ঐনা খঙলে য়ারে শোঈদনমক মহৈ য়াল্লগনি হাঈনা তাকপিখ্রবদা ব্রজগোপী ঐখোঈনা হরাওনা চহী অমা ভাইজরকপা অদুগী মহৈরা (ফলদা) ঐখোঈবু অমুক য়াহল্লিবসিবু······ ?

অমুকসু তাকপিখি—হে ব্রজগোপীশা। "ময়ি আবেশিত ধিয়াং" ঐভোন্দা পুক্নিং থমদুনা নিংজরিবশিংগী মফমদা "কামং" অপাম্বনা অমুক হন্না "ন কামায় কল্পতে" সংসারগী অপাম্বা বিবয়শিং পামল-রোই। কনাগুম্বনা মৈদা ভোরুরবা, থোংলুরবা, মরুদুনা কৈদৌঙৈদা "ন বীজায় ঈশতে" নিংথিনা হুল্লবসু ভৌরকপা হৌনদ্রে ময়োল চোংদ্রে হাঈনা ঐখোঈদা তাকপিখ্রবা মুমিং অদুদগী নিংজখিবা রমণী ঐখোঈগী রাখল অসি করম্বা মতমদা হোংখিবা লৈখ্রবগে ? হে কৃষ্ণ ! বাঁশি, বেণু, মুরলী, খোঞ্জেলনা শুস্নৎপ্রবী ঐখোঈ গোপী-শিংগী থম্মোইদা চাক্লিবা মৈচাকসি দর্শন ফংদনদি কোক্লরোইয়ে।

## শ্রীকৃষ্ণগী মুরলী ওইরকপা

তথাহি - মনোবতী পুরে দেবাঃ মহাযজ্ঞং কৃতবন্তঃ।
ত্রি বর্ষ সহস্রং স যজ্ঞ পূর্ণে চরু রভবৎ॥
ব্রহ্মাজ্ঞাঃ তং পূর্ণ চরুং ব্রহ্মাণ্যৈ (কলত্রায়ৈ) প্রদত্তাঃ।
তেন এক সহস্র বর্ষং গর্ভ মভুং॥
এরণ্ডীক নাম বৃক্ষ পঞ্চ বিংশ পর্ব্ব স্ব জাতম্।
নব পর্ব্ব সারঙ্গেক মহাবিষ্ণু মুদ্ধারয়েৎ॥
সপ্ত পর্ব্ব জয়ন্তিক সদাশিবে ধারয়েৎ।
পঞ্চ পর্ব্ব গোদণ্ড অগ্নিদেবে স্থাপয়েৎ॥
ত্রি পর্ব্ব গাণ্ডীবং ইন্দ্রদেবে উদ্ধারয়েৎ।
এক পর্ব্ব অবশেষঃ মুরলীঃ রভবৎ॥
সুমেরুঃ কমণ্ডলু কৃত্বা ব্রহ্মানেভ্য দদৎ॥

---

ব্রহ্মালোক্তা লাইরাম তিন্দুনা চহী ৩০০০ চুপ্পা মহাযজ্ঞ তৌই। যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি পিরবদা চরুপাত্র অমা ফাওরে। চরু অদু ব্রহ্মাগী ব্রহ্মাণীদা পিজরে। চহী লিশিং ১ গর্ভ পুরগা, মতাং ২৫ পানবা এরণ্ড বৃক্ষ কৌবা ওইনা পোক্লে। লাইরাম্না উরুখ্রে, খন্নবে মেম্না মাংহনবা য়াদ্রে হায়ইদুনা বিশ্বকর্ম্মা কৌদুনা ব্রহ্মানা তাকপিরে-- এরণ্ড বৃক্ষ অসিনা হিংচাবরু মাইথিবা পিবা ডন্না লিরুং খুৎলাই শারো। অসুম্না ব্রহ্মানা তাকপিবদগী (হাইবদগী) বিশ্বকর্ম্মানা বৃক্ষ অদু মরু ককথংলে কমণ্ডলু শারে ব্রহ্মাদা পিরে। কমণ্ডলুদা হাপ্পা ঈশিং থনবা নাইদে (শিদ-হিদাক) অমৃত ওইখ্রে।

হাঙ্গৈবিবা এরণ্ড বৃক্ষ অসি মতাং ৯ কক্লুনা লিকং অমা শারে "সারঙ্গ" হাঙ্গৈনা কৌহুনা বিষ্ণুদা কংলে বিষ্ণুগী ওইখ্রে। মতাং ৭ ককলে লিকং অমা শারে "জয়ন্ত" কৌরে, জয়ন্ত অসি পশুপতি মহাদেবনা পাঙ্গৈখ্রে মহাক্কী ওইখ্রে। মতাং ৫ অমুক ককলে লিকং অমা শারে "গোদণ্ড" কৌরে মৈ কৌবা লাইদা পিরে মাগী ওইখ্রে। অমুক মতাং ৩ কক্লুনা লিকং অমা শারে, শারিবা লিকং অড়বুনা "গাণ্ডীব" হাঙ্গৈনা কৌরে শোরারেন্দা পিখ্রে শোরারেনগী ওইখ্রে। অস্লুমা মথং মথং শেমখ্রবা (শাখ্রবা) গী তুংদা মতাং ১ লেমলে মতুনা "মুরলী" ওইখ্রে শ্রীগোবিন্দদা কংখ্রে।

"সারঙ্গ" অমসুং "জয়ন্ত" হাঙ্গৈরিবা লিকং ২ অসি শাখিবগী তঙ্খাই মকক্ অমমমনা হাঙ্গৈবদি—সারঙ্গ শাখিবগী মকক্ তঙ্খাইনা শ্রীবিষ্ণুদা কংখ্রে। জয়ন্ত শাখিবগী মকক্ তঙ্খাইনা মহাদেবগী ত্রিশূলগী মখোক ওইনা পানখ্রে, অস্লুমা অতৈ অতৈগী তঙ্খাইশিংনা লাইশিংগী মকক্ অমমম ওইনা পাঙ্গৈনখ্রবা (শেমখ্রবা) গী মতুংদা বৃক্ষগী মমিং অনি পাতালদা তাখ্রে। তাখ্রবা বৃক্ষ মমিং অড়ুনা "বংশি মোচন" কৌবা যোজন ১০০ শাংবা রা অনি ওইনা হোৌখ্রে। মকক্ অমনা "পেনা চৈজিং" শেমখ্রে। বৃক্ষ অড়ুব ইথোকপগী মকুমন্তুনা পৃথিদা "উতং-রা" ওইনা হোৌনা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা কংখি।

পাতালগী রা অনিডু ত্রেতা যুগদা শ্রীরামনা সমুদ্র পন থিংনবা মনাই হনুমান থাড়ুনা লোহল্লগা পনগী নাক-য়েং ভাক্লুগা, রাবন বধ তৌড়ুনা লাইশিংগী অরাবা কোকখি। শ্রীকৃষ্ণগী বঁশি, বেণু, মুরলী, অহুম থোকই শাংবসু থেন্নে। বঁশি—খুদোম ১০ শাংই, বেণু—খুদোন ৮ শাংই, মুরলী—খুদোন ১২ শাংই অস্লুমা হাঙ্গৈরি।

পতি সুতান্বয়-ভ্রাতৃ-বান্ধবান্-অতি-
বিলঙ্ঘ্য তেঽন্ত্যচ্যুতাগতাঃ ॥
গতি বিদঃ তবোদ্ গীতঃ মোহিতাঃ,
কিতব যোষিতঃ কঃ ত্যজেৎ নিশি ॥ ১৬

হে অচ্যুত ! = হে নিত্য ওইবা কৃষ্ণ ! অমাং-অতা লৈত্রবা ও, গতি বিদঃ = ঐখোঙ্গি লাকপগী মরমশিং খঙলবা, তব উৎগীতেন মোহিতঃ = ত্রাবিয়ু ঐখোঙ্গি গোপীসে শাগৈ-নাতৈ, ইচা, ইপুবোইবা, মরুপ-মপাং পুন্নমক হুঙ্গেক্লগা খোংলকপা নংগী বেণুগী খোঙ্গেলনা (ঈশৈনা) শুঙ্কাংলবী, বয়ং = ঐখোঙ্গিনে, ভ্রাতৃ বান্ধবান্ অতি বিলঙঘ্য = ইবুং-ইপা মরুপ পুন্নমক থাদোক্লগা, তে অন্তি বয়ং = শ্রীকৃষ্ণতনা অথোইবনি নিংচুনা ননাক্তা লাকচরিবনে, হে কিতব = হে লোনম্বা ! এবম্ভুতঃ যোষিতঃ = অসিগুম্বী ঐখোঙ্গি ব্রজগোপীবু, "আগত্য বিপিনে মাং আনন্দয" = লাকপগী মরমম্ভু খঙবিরবা ব্রজ-গোপীবু, ত্বাং ঋতে = শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা কনানা, নিশি ত্যজেৎ = অহিংসিদা থাদোক্লকদগেনে ? অরাবা কোকহল্লো হুঙাইহনবিরো।

---

হে নিত্য ওইবা কৃষ্ণ ! অমাং-অতা লৈত্রবা। গোপী ঐখোঙ্গিনা লাকপগী মরমম্ভু খঙলবা নহাক্কি তাবিয়ু—শাগৈ-নাতৈ খিবিক হুন্দোক্লগা, ইবুঙোগী বেণুগী খোঙ্গেলনা (ঈশৈনা) শুঙ্কাংলবী ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা অথোঙ্গিবনি থঞ্জচুনা ননাক্তা লাকচবিবনিনে। হে কিতব ! লোনম্বা ইবুঙ্গো নহাক্কা খঙলবা অসি ফাওবদা, থেংলবা অহিংসিদা করম্না পাঙ্গল শাল্লবী ঐখোঙ্গিবু যুমদগী থাদোক্লকদগেনে ?

এই প্রকার মমতাধিক্য হইবে ।
গোপীগনের তিরস্কার প্রেমেরই বৈচিত্রী বিশেষ ॥
কারণ—গোপীগনের শুদ্ধ প্রেম ঐশ্বর্য জ্ঞান হীন ।
প্রেমেতে ভৎসনা করে এই তার চিহ্ন ॥ ৩।৭ ৩৮

---

শ্রীকৃষ্ণগী চরিত্র বর্ণন তৌজরকপদা মথুত্তা পাঙ্গরিবা কলম মথা তাবা ঙমদ্রহুনা ইবিরম্মি কৃষ্ণদাস কবিরাজনা। পুম্নমবসি শ্রীকৃষ্ণনা এখোঙ্গদগী হেল্লবনি। ব্রজগোপী প্রেমস্মু বৈচিত্র বিশেষনি নমহৎপা ঙম্নরোই। অদুবু গোপী প্রেমদি শুদ্ধময় প্রেমনি ঐশ্বর্য্য জ্ঞান হীননি। প্রেমবু নমথবা ঙমগদবদি কনা লৈররোই কৃষ্ণতনি, পুম্নমক লোঙ্গনা খঙবা শ্রীকৃষ্ণনা খঙবিরি উবিবি। ব্রজগোপীশিং অসি মচা, মশু, বন্ধু-বর্গ, মপুরোইবা, পুম্নমক থাদোক্লম্নগা লাক্লবনি যাদুময কৃষ্ণগী নাক্তা। গোপীশিংনা খঙজে হাঙ্গজৈ—হে কপট শিরোমণি! অদুম ওইরবস্তু অঙকপগী ফিজেত্তি থাদোক্তে, ধর্ম্মনা লৈতেংজে শোঙ্গে তত্তনা। ইবুঙোগী বঁশি খোঞ্জেলনা কোরি।

কদোমদনো কদাঙ্গদনো হে প্রিয অচ্যুত! পেঞ্জবা হরাঙজবনা মপুং ওইজে কামিনী-তরুনী ওইজবীশিং। কৃষ্ণ নত্তনা কৈংলবা মীচিক ত ন্নবা মতমদা কনা ওইবা পুরুষ লৈরমগনি? ইবুঙো কৃষ্ণ নহাক্কী ওইবী রমণী এখোঙ্গী বুদ্ধি জ্ঞানবুস্থ খঙনিরিবনে।

"উজরগা শোঞ্জগে, শোঞ্জরগা শিজগে।
শিরমদাইগী মতমদা ইবুঙোগী শাথেক অহুমদো—
উহননিয়ু রমণীশিংবু শোলহন বিয়ু কৃষ্ণ কৃষ্ণ হাঙ্গনা।"

রহসি সংবিদং হৃচ্ছয়োদয়ং প্রহসিতাননং প্রেম বিক্ষণম্ ।
বৃহদুরঃ শ্রিয়ো বীক্ষ্য ধাম তে মুহুরতি স্পৃহা মুহ্যতে মনঃ ॥ ১৭

রহসি = নির্জ্জন স্থানে অচিকপা মফমদা, তে = শ্রীকৃষ্ণগী, হৃচ্ছয়োদয়ং = ব্রজগোপীবু অপাম্বা পোক্লবা ওইবা ইবুঙো নহাক্না, সংবিদং = ঙাংলম্বা, সংকেত = ইঙ্গিৎ তৌরম্বা, প্রহসিতাননং = মোমোন নোক্লম্বা মাইগোং, প্রেম বীক্ষণং = নুংশিনা মিৎয়েংবিরম্বা মাইথোং, শ্রিয়োধাম = ফজবা পুম্বগী মিং থমফম ওইবা, বৃহৎ উর = ফজরবা বক্ষস্থালবু, বীক্ষ্য = উরগা, অতিস্পৃহা = খোঁরাংলবী, নঃ = ব্রজগোপী ঐখোঙ্গী, মনঃ = পুক্লিং অসিনা, মুহুঃ = হন্না হন্না, মুহ্যতে = ঙকলে শুম্মাংলে ।

---

শ্রীকৃষ্ণ প্রেয়সী গোপীশিং মখল অনি শুই, ১। সাধন সিদ্ধ, ২। নিত্য সিদ্ধ। মসিগী মনুংদা রাধিকা ইবেম্মদগী পুখোকখিবী অষ্ট সখী ললিতানচিংবী নিপান অসি "নিত্য সিদ্ধ" গোপী কৌই। হাঙ্গবদি শ্রীকৃষ্ণগী অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্র সাধন তৌরগা শ্রীকৃষ্ণ আরাধনা তৌজবিনি। মথংদা "সাধন সিদ্ধ" গোপীশিংদি মখল অহুম শুই। ১। মুনিচরী, ২। শ্রুতিচরী, ৩। দেবচরী। মসিদগী পূর্ব্ব জন্মদ দণ্ডকারণ্য বন্দা শ্রীকৃষ্ণ নিংজবা মুনিময়ামমু লৈরি। মখোইশিংনা "পিতৃসত্য পালন" গী শ্রীরামচন্দ্রনা সীতা অমাদি লক্ষ্মণগা লোইননা বন বাস লেংলকপদা রামবু শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ওইনা ফংহনা প্রার্থনা তৌজখি। মখোইশিং অসি "মুনিচরী গোপ কন্যা" হাইনা কৌই।

(ক পুরা মহর্ষয়ঃ সর্ব্বে দণ্ডকারণ্য বাসিনঃ।
রামং দৃষ্ট্বা হরিং তত্র ভোক্তুমৈচ্ছন্ সুবিগ্রহম।
তে সর্ব্বে স্ত্রীত্ব মাপন্নাঃ সমুৎ ভূতাশ্চ গোকুলে।
হরিং সংপ্রাপ্য কামেন ততো মুক্তো ভবার্ণবাৎ॥

(খ) গোপ্যস্তু শ্রুতয়ো জ্ঞেয়ং ঋষিজা গোপকন্যকাঃ।
গোপকন্যাশ্চ রাজেন্দ্র ন মানুষ্যঃ কদাচনঃ॥

---

(ক) অসুম্না শ্রীরাম দর্শন ফংজবদা ঐখোঙ্গীবু করম্ব মতমদা শ্রীচরণ ফংহনবিগদগে হাঙ্গীজবদা, শ্রীরামনা হাঙ্গী—রাম ঐনা দ্বাপুর য়ুগতা "কৃষ্ণ বতার" তৌরকপা মতমদা নখোঙ্গী পুম্নমক বৃন্দাবন্দা গোপী ওইনা পোক্লম্মো। মতৌ অসুন্না শ্রীরামগী কৃপাদগী গোপ-কন্যা ওইদুনা পোকখি সংসারগী মুক্ত ওইখি শ্রীহরি ফংজখি।

(খ) গোপী হাঙ্গীবসি বেদদগী ওইবনি, ঋষিদগী অমদি দেব-কন্যাদগী ওইবনি, গোপ কন্যাদগীসু ওইবনি। হে নিংথৌ! মীনদি ওইদে ওইনবগী মরমদি লৈ।

নিত্য সিদ্ধ মখক্তা তাকখ্রে, সাধন সিদ্ধ গোপী মখল অহুমনি হাঙ্গীনসু তাক্লে, অহেনবদি গোপ কন্যানি। গোপী ভাবতা ইবেম্মদা চংজরবদি য়ারক্কনি।

গোপীনা হাঙ্গীজে—হে কৃষ্ণ! হৌজিক ঐখোঙ্গী করি তৌগনি? নহাকী শুদ্ধাংপা ওম্বা "কাম শর" তেন ৫না গোপীগী মিত্তা চংলক্কুনা থম্মোইদা খিন্দুনা চাক্লে, ব্রজগোপী ঐখোঙ্গীগী হৃদি পদ্মদা পানখ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য রূপবু উবা ফংদ্রবী গোপীগী অরাবসি খঙবিয়ো।

অয়ি দীন দয়াদ্র নাথ হে মথুরানাথ কদা বলোক্যসে।
হৃদয়ং ত্বদ লোক কাতরং দয়িত ভ্রাম্যতি কিং করোম্যহং॥

---

হে তোল্লবশিংগী মকমদা থৌজ্জালগী নিংথেংনা চানবি-হৈবা ও! হে মথুরানাথ! ইবুঙোদি মধুপুর বৃন্দাবনগীসু মবুঙোনি চানবিবনি। হে মধুপতি! কৈদৌঙৈদা উজরকপা ফংজগদগে? হে পৃক্নিংগী মবুঙো কৃষ্ণ! থম্মোইদা কৃপাগী মঙালনা লেংদনা লৈজবী গোপীনা।

অসি হাঙ্গৈনা বিলাপ তৌজখিববু ভক্ত বিল্বমঙ্গলনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লাকচবদা মিং উদবনা (মিং তাংবনা) কৃষ্ণগী শ্রীরূপবু উজবা ফংদ্রবী ব্রজগোপীশিংগী অরাবসি নিংশিংলক্লুনা কৃষ্ণ কর্ণামৃতদা হাঙ্গৈরি— হে ঈশ্বর জীবগী মপু! হে চানবি-হৈবা! হে জগৎকী মরুপ! হে কৃষ্ণ নুংশি হৈবা ও! হে চপল! পুক্নিংবু তত্তনা চাংয়েংবিবা। থৌজান্না সমুদ্রগুম পিনহৈবা। হে নাথ! জগৎকী মপু। হে রমণ! হে কৃষ্ণ! অতৎপা লৈতনা য়েংজরিবা মিংকী পেন্নফম ওইবা ও। অরাবনি জগৎকী মবুঙো. তোল্লবা মিং তাংলবা ননাই বিল্বমঙ্গলবুদি "হা হা কদা ভবিতাসি পদং দৃশো র্মে"। অদুদৈ ননাইগী মন্দিরদা সেবা ফংজখিবা ইবুঙো নহাক্কী নিংথিরবা শ্রীরূপ অদু কৈদৌঙৈদা উজবা ফংজগদগে? অসুম্না বিল্বমঙ্গলনা বিলাপ তৌদুনা মবুঙো কৌদুনা চংশিনখি। কৃষ্ণগী প্রেমসু ঈশিং ইচাওগুম হেনগংলকখি।

ভক্ত বিল্বমঙ্গলগী চান্নজরবী চিন্তামণিনা মপুরোইবা ব্রাহ্মণ বিল্বমঙ্গলবু শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম পোকপা ফংনবা রাস লীলা শকচখিবদু শ্রীগোপাল কৃষ্ণনা চানবিদুনা মনাই ভক্তবু শ্রীবৃন্দাবন ফংহনবিখি। অসিগা লোঈননা ব্রজগোপীশিংবুসু শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংহনবিরক্কনি।

ব্রজবনৌকসাং ব্যক্তি রঙ্গ তে, বৃজিন হন্ত্র্যলং বিশ্বমঙ্গলং।
ত্যজ মনাক্ চ নস্ত্বৎ স্পৃহাত্মনাং, স্বজন হৃদ্রুজাং যন্নিসূদনম্। ১৮

হে অঙ্গ! = গোপী ঐখোঙ্গী ইশামক্লি খঙ্গৱিবা হে প্রাণকৃষ্ণ! তে ব্যক্তি = ইবুঙোগী ফোংদোকপিবা অবতার অসিনা, ব্রজবনৌকসাং = বৃন্দাবন্দা লৈজবী ঐখোঙ্গী, অমদি বন্দা লৈরিবা মুনি ঋষিশিং কয়াগীসু, অলং বৃজিমহন্ত্রী চ = থোইনা অম অমগী য়েংবা লৈতনা হাঙ্গৈবদি অচান-মিরাই খাঙ্গদনা, পাপ কয়া কয়াবু কোক-পিরিবা ওইহুনা, বিশ্বমঙ্গলং ভবতি = জগৎ পুম্নমক মঙ্গল পিনরিবনি অমঙ্গল কয়া কোকপিবনি হাঙ্গৈনৈ অহুবু, ত্বং স্পৃহাত্মনাং = মতম-পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা কনা খঙ্গদ্রবী ব্রজগোপীগী থম্মোই মন্দিরদা শ্রীকৃষ্ণ ফংদবগী লাইনা মৈচাকপু, নিসূদনং = কোকচবা য়াবা, যৎ ঔষধং তৎ = শ্রীকৃষ্ণ বিরহ রোগ কোক্লবা অহুগুম্বা হিদাক অহু, ত্যজ = গোপী ঐখোঙ্গী মরিদা মফমদা অমুক্তদি চানবিয়ু ফংহনবিয়ু গোপীশিংগী থম্মোই লাইনাদি হৃদি মন্দিরদা দর্শন ফংহনবিদবা অসিতনি অহুগুম্বা দর্শন সেবা পিবিহুনা ব্রজগোপীশিং লাইয়েংবিয়ু।

---

হে প্রাণকৃষ্ণ! গোপীগী, মুনি-ঋষিশিংগী মফমদা অচান-মিরাই খাঙ্গদনা, জগৎ পুম্নমকপু মঙ্গল পিনবিরিবা অমঙ্গলবু ঙাকথোকপিবা ইবুঙো। অমুক্তদি বিরহ রোগ কোক্লবা লাইয়েংবিয়ু গোপীশিংবু।

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! অসিগুম্বী গোপীশিংদি কৃষ্ণগী সেবাতবু খন্দুনা লৈবীনি অদুবু কৃষ্ণ প্রেম বিরহগী মৈচাক কয়ানা থম্মোইদা চাকখ্রে, কৃষ্ণগী মাধুর্য্য রূপবু উবা ফংজদ্রবী গোপীশিংনা হাঙ্গজরি।

গোপ্যঃ কামাৎ ভয়াৎ কংসঃ দ্বেষাদ্ চৈদ্যাদয়ো নৃপাঃ।
সম্বন্ধাৎ বৃষ্ণয়ঃ স্নেহাৎ যুয়ং ভক্ত্যা বয়ং বিভো॥

---

হে বিভোঃ! মহারাজ পরীক্ষিৎ ব্রজগোপীশিংনা কৃষ্ণবু কামনা ভাবনা নিংঙি, কংস রাজনা শিগনি কিবদগী কৃষ্ণ নিংঙি, শিশুপাল-নচিংবা নিংথৌশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু য়েক্নবনি খন্দুনা নিংঙি, নখোঙ্ই পাণ্ডব অমসুং যাদবশিংনা সম্বন্ধ প্রেম ওইনা কৃষ্ণবু নিংঙি অদুগা নারদ এ অমদি মনাইশিংনা ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংই। অসুম্না শ্রীমদ্ভাগবতনা ১০।২২।২০ শ্লোক্তা শ্রীনারদনা যুধিষ্ঠিরদা হায়খ্রে, ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু কামনা ভাবনা নিংঙি হায়বা অসি সংসারগী বিষয় ভোগ অত্তবু নত্তে, মদুদি খাদোকপা ঙমদ্রিবা বিষয়গী মথা পোল্লিবশিংদা হায়গদবনি। গোপীশিংদি মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণ সুখ সঙ্গের আশা অন্যকর্ম্ম পরিত্যাগী কুঞ্জে কুঞ্জে বিলাশিনী রায় মহাভাব স্বরূপিনী) অসিনি ভক্তি সেবাতনা শ্রীচরণ সেবা ভাবনা (রাখল) তনা নিংজ-শোঞ্জবনি! মরমসিনা প্রেম হায়বা মখল অনি গুই, ১। মশাগী ইন্দ্রিয়গী পেল্নবা হায়বা অমা মসিনা কাম কৌই। ২। শ্রীকৃষ্ণগী পেল্লনবা হায়বসিনা প্রেম কৌই। গোপীশিংনা পাম্লিবদি কৃষ্ণ সুখ ওইবনা "রাগাত্মিকা ভক্তি" কৌই। ভক্তি অঙ্গ পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ-ফংনবগী কারণনি রাগাত্মিকা ভক্তি অসি ফংজরবদি শ্রীকৃষ্ণদা তন্ময় ওইরবনিনা য়েংউ খল্লু খুদিংদা "তদাত্মিকা" ওইবে হায়বদি--কৃষ্ণমক ওইনা উরে। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ফংনবগী লৈরিবা ভক্তিশিংগী মন্নুংদগীদি রাগাত্মিকা ভক্তিনা অথোইবনি হায়বা অসি ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা হায়রি।

যত্তে সুজাত চরণাম্বুরুহং স্তনেষু,
ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু।
তেনাটবী মটসি তৎ ব্যথতে ন কিং স্বিৎ,
কুর্পাদিভি র্ভ্রমতি ধী র্ভবদায়ুষাং নঃ॥ ১৯

অতি প্রেম ধর্ষিতাঃ রুদন্ত্যাহুঃ যদিতি=কৃষ্ণ প্রেমনা ঈশিং ইচাওগুম্লবী কনাগুম্বী গোপী অমনা হাঈজে, হে প্রিয়=আত্মাগী চান্নবা ঈশ্বর ওইবা, হে গোবিন্দ! বয়ং তে সুজাত চরুণাম্বুরুহং = ননাই ঐখোঙ্গীনা ইবুঙোগী নিংথিনা শাৎলবা চরণ থম্বাল অদুতবু. কর্কশেষু স্তনেষু=কল্লবা হৃদি মন্দিরগী থক্তা (বক্ষস্থলদা), ভীতাঃ শনৈঃ শনৈঃ দধীমহি=শ্রীচরণ থম্বাল স্থল কমলদগীসু হেন্না মেংলবা থোৎলবা নাগনি কিজরগা য়াম্না তপ্পা তপ্পা থাঙ্গৎচগে মরমদি, যৎ ত্বং=অদুগুম্বা মেংগুবা, তেন=চরণ অদুনা, অটবীং অটসি-- বন্দা কোঙ্গীনা চৎলি শাইন্নে চেল্লি, তৎ কুর্পাদিভিঃ ব্যথতে কিং স্বিৎ ন=মতমদুদা শ্রীচরন্দুদা মুংজেং-মুঙ্গাই, কুশ, তুম্বোনচিংবনা থিন্দুনা নারিরোইদ্রা? ইতি মত্তা=মসি খল্লুবগা, ভবদায়ুষাং নঃ ধীঃ ভ্রমতি=শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোঙ্গীগী পুন্সি ওইজরবী গোপী ঐখোঙ্গ পুম্নমক্কী পুক্নিং থম্মোই অঙকপা ওইনা ওইরে, অশুম ওইরবী ব্রজগোপীশিংনা কপ্প-কপ্পদুনা শ্রীকৃষ্ণবু প্রার্থনা তৌজখি।

---

প্রেমানলনা বিলাপ তৌখি—হে কৃষ্ণ! ইবুঙোগী ললিত ত্রিভঙ্গ রূপ দর্শন পিবিদুনা ঐখোঙ্গীবু লাইযেংবিদ্রবদি ঐখোঙ্গ পুম্বা শিরনি অদু ওইরবদি নারী বধগী পাপ ফংলোঈদ্রা? অমনা নহাক্তি মুপী হাৎপগী পাপ কিদে হাঈবসি ঐখোঙ্গ খঙই মদুদি—সত্য যুগদা

ব্রাহ্মণীগী গর্ভ মাংহনখি। ত্রেতা যুগদা তারকাসুর কৌবী হিংচাবী হাংখি। দ্বাপর যুগদা পুতনা কৌবী হিংচাবী হাংলে। মতৌ অসুম্না যুগ খুদিংদা নুপীদা হাত্তুনা লাকপনা হৌজিকমুক ঐখোঙ্গীব হাংকদবগী থৌরাংবিরি। হে নুপী হাংপদা পেনবা লৈত্রবা হে কৃষ্ণ! ভবদাযুবাং নহাক্না পুন্সি ওইজবী গোপী পুক্লিংসি অঙকপা ওইরে।

ইবুঙো ননাই রাধাবু শোকপিরক্নু, ইবুঙোদি ঘণ হাংপগী গো বধগী প্রায়শ্চিৎ তৌবিরুখো।

হে ব্রজগোপীশিং কৃষ্ণ ঐদি গো বধ তৌদে হিংচাববু হাংপনি বৃন্দাবন বাসী পুম্নমক্কী মঙ্গল ওইনবগীদমক, অদুবু গোপী নখোঙ্গীনা প্রায়শ্চিৎ তৌরুখো হাঙ্গীববদি করি প্রায়শ্চিৎ তৌরু হাঙ্গীবনো ঐঙোন্দা হাঙ্গীরোদনা?

ইবুঙো হে কৃষ্ণ! জগৎসিদা লৈরিবা সর্ব্ব তীর্থ পুম্নমক্তা চত্তুনা লুপ্লিংখো (স্নান তৌবিরু) অদু ওইরবদি পাপ কোক্লগনি।

অদুদি কৃষ্ণ ঐনা হৌজিক মফম খুদিংদা (তীর্থ কয়াদা) চত্তুনা লুপ্লুববস্থ গোপী নখোঙ্গীনা থাজররোই মরমসিনা তীর্থ লখা ৬০ পুম্নমক কৌরগে মফমসিদা, নখোঙ্গী মাংদা ঐ লুপ্লগে।

মতুদি য়াম্না ফবনি, মতৌ অসুম্না ব্রজগোপীশিংনা হাঙ্গীজবদগী শ্রীকৃষ্ণনা অহানবদা "গোমতী তীর্থ" য়েংথংবা শ্রীচরণগী খোংবীনা পৃথিবীদা থিনবদা (শোকপদা) তীর্থ ফিরি ফিরি কাপথংলক্নে। গোমতীনা কৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা খুরুমজতুনা হঙ্গৎচরকই—ননাই গোমতী কৌবিববু করি তাকপিগদবনো? হে গোমতী! নহাক্না কৃষ্ণ ঐবু অমুক্তা স্নান তৌহল্লু। অসুম্না কৃষ্ণ স্নান তৌরবগী তুংদা গোপীশিং

য়েংদুনা তাকপিরকই—হে ব্রজগী গোপীশিং ! তৌজিক্তি ঐ পাপ কোক্লেদনা ? ইবুংো শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা মতৌসিদা গোপীশিংস্তু তীর্থ স্নান ফংজনিংদুনা হাঈজরবদা (হঙ্গৎচবদা) কৃষ্ণনা তাকপিরকই গোপী নখোঈনা ওসাইনস্থু হাঈদে হৌজিক্তি তীর্থ পুম্বা হনখরে ফরে ঐগী শ্যামকুণ্ডদা তিনখ্রবা তীর্থবু গোপী নখোঈনা ঈশিং খুজোক পুজোক শোক্লগা রাধাকুণ্ডদা তিনশল্লো মতুদা ঐখোঈ পুম্বা স্নান তৌরসি। (কৃষ্ণা অষ্টমী নুমিৎকী নোংয়াইদা থা চপ চানা থোক্কনি মতুঙ্গা অষ্টমীস্নান তৌরসি হাঈবনি হাঈবসি প্রভাস খণ্ডদা য়াওরি)।

মতৌ অস্থুম্না কৃষ্ণগী রূপ, গুণ, পুম্নমক শিংথাদুনা লিংশিংদুনা ঈশৈ ওইনা শকখি। গোপীশিংনা শকখিবা ঈশৈশিং অসিগী মনুংদা ১৯ শুবা শ্লোকসিদা হাঈরিবা বর্ণনাসিদি গোপীশিং অসিনা অস্থক্কী মতিক শ্রীকৃষ্ণগী সেবদা তন্ময় ওইখ্রে হাঈবা ফোংদোকচরি। অস্থুম্না শ্রীরাধিকানচিংবী ব্রজগোপীশিংনা ঈশৈ অসি শকুনা হেক কৎপা লোঈবদা শ্রীরাসমণ্ডলদা গোপী পুম্নমক রান্থদুনা লৈখ্রে, মতাং অসি য়োরকপদা গোপীশিং অসিনা প্রাণ থাখ্রবদি কৃষ্ণ ঐগী অষ্টকালগী লীলাশিং কাঈবা তারে খন্দুমা মথাগী ৩২ শুবা অধ্যায়দা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংহনবিদুনা ব্রজগোপীশিংগী মাগী মাগী সেবা পুম্নমক ফংহন-বিরক্কনি। হরে কৃষ্ণ—

১। রাগেতি একাদশ প্রকারাঃ ভবন্তি—
যথা—বিভাস, যথা রাগ, কর্ণাট, শ্রীরাগ, করুণশ্রীঃ
ধানশ্রী গান্ধার গৌরী কেদার কামোদ ভুপালাঃ। ইত্যাদি
২। গীতী শীঘ্রী শিরোকম্পী স্বয়ং লিখিত পাঠকঃ।
অনর্থজ্ঞোঽল্পকণ্ঠশ্চ ষড়েতে পাঠকাধমাঃ॥

---

ঈশৈগী রাগ হাঈতুনা লৈরম্বিবা অসি মখল ১১নি মতুদি—বিভাস রাগ, যথা রাগ, কর্ণাট, শ্রীরাগ, করুণশ্রী, ধানশ্রী, গান্ধার, গৌরী, কেদার, কামোদ অমসুং ভুপাল অসিনচিংবা মখল ১১ অসিনি। মরম অসিনা রাগ শুনা খঙদবনা ঈশৈ শকুনা পাঠ তৌবা যাদে। রাগদগী রাগ পুরুষ অমদি রাগিনি পোক্লকপনি, মখোঈ অনিগী মিলন্দগী রাগ মখল ময়ামশিং অসি পোক্লকপনি।

গীতী পাঠ তৌবদা ঈশৈ শকুনা, শীঘ্র = অর্থ খঙহন্দনা য়াম্না থুনা থিবা, শিরোকম্পী = মকোক হাঈতুনা নোমতুনা তান থাতুনা থিবা, স্বয়ং লিখিত পাঠকাঃ = মশানা ইখোক্লগা অয়িবা লাইরিক্তা থিবা, অনর্থজ্ঞা = মশামা অর্থ কাঈনা থিবা, অল্পকণ্ঠশ্চ = মরোল খোক্তনা তুমিন্না লোন্না থিবা হাঈরিবা মখল ৬ অসি তৌফদে অতোনবনি ফল মাংনবগী মরমনি।

গীতী পাঠ করম্না তৌগনি হাঈবা মথক্তা পনখ্রে, অতুবু করম্বা মরোং (মণ্ডং) দা নিংথিনা মচা থাঈমা নিয়ম চুম্না থিরগা অফবা ফল ফংনবগীদমক পাওখোকদবা ওই। পওথি থিবনদি তারিবা মীওইশিংনা খঙজবসু গীতী পাঠ তৌরিবা অতুদি শোঈদনমক পাপ ওইরোই ফংলোই হাঈনিঙাই লৈতে।

শ্রীকৃষ্ণস্য শ্রীঅঙ্গ বিভূষিত মালাং চতুর্ধাঃ ভবন্তি।

যথা—কণ্ঠ-মালা, বৈজয়ন্তী-মালা, হৃদি-মালা, বন-মালেতি ॥

১। কণ্ঠমালেতি—মণি-মুক্তা প্রবাল স্বর্ণ রৌপ্যাদি কণ্ঠ-বিভূষিতাং কণ্ঠমালোচ্যতে।

২। বৈজয়ন্তীমালেতি—বৈজয়ন্তীং পঞ্চপুষ্প গ্রথিত পঞ্চ-বর্ণী বৈজয়ন্তীতি বচনাৎ ॥ —বিশ্বনাথঃ।

৩। হৃদিমালেতি—কিঞ্চিৎ লম্বিতাং পঞ্চপুষ্প গ্রথিতাং। হৃদিমালেতি সা উচ্যতে ॥

৪। বনমালেতি—বহুবিধানি পুষ্পানি নানা বর্ণানি সুক্ষ্মা-সুক্ষ্মানি নাভি পর্য্যন্তানি বনমালেতি ॥ —বিশ্বনাথঃ।

---

১। কণ্ঠ-মালা—সনা-লুপা, হীরা, মনি-মুক্তা, প্রবালনচিংবা ধাতু কয়াগী মচু শিংনা লেঙলগা থৌরিদগী খরা চোম্বনা থোনবা মালাবু কণ্ঠ-মালা হাঙ্গৈনা কৌই।

২। বৈজয়ন্তী-মালা—মচু ৫গী লৈনা লৈথন নাইনা অচৌ-অপিক মচু মচু থাঙ্গৈনা লেঙবা হৃদিদগী খরা কৌথৎপবু বৈজয়ন্তী-মালা কৌই হাঙ্গৈনা বিশ্বনাথনা হাঙ্গৈরি।

৩। হৃদি-মালা—মচু ৫গী লৈনা লৈথন নাইনা অচৌ-পিশক মচু মচু থাঙ্গৈনা লেঙবা হৃদি য়ৌনা চোনববু হৃদি-মালা কৌই।

৪। বন-মালা—লৈ মচু ময়াম্না (কয়াশিংনা) থন্দুনা অচৌ-অপিক য়েঙতুনা লেঙলগা থোইদৌ য়ৌনা চোন্না থোনববু বন-মালা কৌই হাঙ্গৈনা বিশ্বনাথনা হাঙ্গৈরি।

## গোবিন্দ লীলামৃত ২ সর্গ

### শ্রীপাদ রূপ গোস্বামি কৃত প্রাতঃ লীলা—

রাধাং স্নাত বিভূষিতাং ব্রজপয়াহূতাং সখীভিঃ প্রগে।
তদ্ গেহে বিহিতান্ন পাক রচনাং কৃষ্ণা বশেষা শনাম্।
কৃষ্ণং বুদ্ধ মবাপ্ত ধেনু সদনং নির ব্যূঢ় গো দোহনং।
সুস্নাতং কৃত ভোজনং সহচরৈঃ তঞ্চাথ তঞ্চাশ্রয়ে॥ ১॥

অথ = অসিগী তুংদা, প্রগে স্নাত বিভূষিতাং = অয়ুঙ্গা স্নান লোঈরতুনা লৈতেংলবী, ব্রজপয়াহূতাং = যশোদা ইমানা কৌরবী, সখীভিঃ = সখীশিংনা, তদ্ গেহে = যশোদ গী যুমদা, বিহিতান্ন পাক রচনাং = লুক হৌরবী, কৃষ্ণা বশেষা শনাম্ = কৃষ্ণগী প্রসাদী চারবী, তাঞ্চরাধাং = অদুম ওইরবী রাধাসু, বুদ্ধং = যাহৌরবী, অবাপ্ত ধেনু সদনং = যন্বীগী মনাক য়োরবা, নির ব্যূঢ় গো দোহনং = শঙ্গোম শুন্বা লোঈরবদা, সুস্নাতং = চাইথরবা, সহচরৈঃ = সখাশিং লোঈননা, কৃত ভোজনং = চামিল্লরবা, তঞ্চকৃষ্ণং = অদুম ওইবা কৃষ্ণবুসু, অহং আশ্রয়ে = এনা চংজরি।

শ্রীকৃষ্ণগী চরিত কথা হাঈবসি অমৃতনি, পুক্নিং নাকোং ইংবা রসনি। মীওইবা ভক্তনা থাজনা তাজতুনা তু ইঞ্জরবদি শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী চরণ ফংগনি। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা হাঈবসি অমৃতনি। শ্রীবৃন্দাবন্দা ঙাল্লিবা রাধাশ্যামগী চরন্দা তোল্লবনা চংজরি।

নোংঙাল্লবদা ইবেম্মসু স্নান লোঈরতুনা জটিলাগী গৃহদা লুক হৌরি। নন্দগী সঙ্গাইনি নন্দ মহারাজ শঙ্গোম শুন্বা লেঙশিনখ্রে। কৃষ্ণ নুঙাইনা তুমলি, মহারাণী যশোদা মচাগী নাক্তা চংদুনা মচা

হৌদোক্লে, শ্রীকৃষ্ণস্থু প্রাতঃ ক্রিয়া লোমহুনা শঙ্গোম শুম্বা চংখরে। যশোদা রাণীনা খল্লি ··· ঐগী ইচা গোপাল শান্নবদা থরাই য়াওবনা ময়াং কংলে, দুর্ব্বাসা মুনিগী বর ফংলবী জটিলাগী মমৌ রাধানা থোংবা (হৌবা) মথেল-লুকোই অন্ন ব্যঞ্জন চারবদি নোই-পেন্দুনা পুন্সি শাংনি হাঙ্গৈনে। যশোদানা অস্থুন্না খন্দুনা লৈরিঙৈ মতাং চানা কুণ্ডলতা য়োরক্লে। কুণ্ডলতাবু উবদা যশোদা মাতানা হাঙ্গিরকই··· ইবেম্মা কুণ্ডলতা নংনা রাধাবু লুক হৌনবগী জটিলাদা হাঙ্গিজহুনা থরা কৌবিরুচো। কুণ্ডলতানা যশোদাগী রাবোল পুম্বা তারহুনা রাধা কৌবা চংখ্রে। রাধাদা হঙ্গংলুরে (হাঙ্গিজকরে) ইবেম্মা রাধানা হাঙ্গিরকই—শাগৈগী মৌ ওইবী ঐনা মীগী ময়ুমদা চহুনা চাক (লুক) করম্না ? মীনা নোক্লনি। মনেম জটিলানা রাধাদা হাঙ্গিরকই-- চংলু চংলো, যশোদা রাণীনা তাকপিরকপা য়াথং করম হিংকোকনি ইবেম্মা। অস্থুন্না কুণ্ডলতা রাধাগা লোঙ্গিননা যশোদাগী নাক্তা চহুনা লুকহৌশংদা চংখ্রে। মথেল-লুকোই রহু-বেরা, নানা সন্দেশ কয়া হৌজরে, লোঙ্গিজরে তাকচরুরে যশোদা মাতাদা রাধানা। পরিবেশন তৌখ্রে যশোদা মাতানা। কাহ্নাই বলাই লেঙশিল্লক্লে সখাশিংস্থু য়াওনা ইবেম্মনা হৌবা লুক হামিন্নরক্লে মধুমঙ্গল পেল্লে, মথেল-লুকোই য়েঙলক্লে মাগী ফাগী হৌরক্লে মন্নাম রা রা নোক্লক্লে। রাম কৃষ্ণ পুক্লিং পেল্লে মাগী মাগী অপাম অপাম্বা হাঙ্গিনরক্লে ওক্লি- মখৈ হাপহল্লে পুন্নমক অপেনবা হাঙ্গিবহু ওইনরে অসিমদি রাংলি হাঙ্গিবা অরাংপা অমত্তা লৈতনা মতৌ অস্থুন্না চামিন্নবা লোঙ্গিরহুনা রাম কৃষ্ণ লেঙথংলে মন্নামবু বিদায় পিরম্নগা নিঙাইদনা পোত্থাখরে।

কুণ্ডলতানা হঙ্গংচৈ—সতী সাধ্বী ওইবীনি রাধিকা, মাইথোং থম্বাল মফম খুদিং সতীগী খুদম লৈতেংলিদো। তাইবং পুক্কিং শুম্মাংপিনি শোঙ্গইরবোই শ্যাম্বু শুম্মাংলম্ননি শক-হেনবী শক-ফম্নিনা, শ্যামগী নাম শোন্না শোন্না লেনজ ফজ শাজংনা। কুণ্ডলতাগী রাহৈ তারগা ললিতানা খুম্মি—(কুচ যুগ দাড়িম্বা) অচুম্বা খুদমনি সতীগী।

নিংথৌগী মচানি, শক-ফমস্নু জগৎ ফাওব্রিবীনি, পুর্ণিমা থানা থোকপগুম ব্রজ লম্বী পুমঙাল ঙাল, য়েত্তা ললিতা, মাঙদা কুণ্ডলতা, ওইদা বিশাখিকা, ময়াইদা রাধিকা লেঙলক্লে অস্নুম্না যশোদাগী গৃহ তম্না, যশোদাদা খুরুমজে যশোদানা রাধাবু কোনবিরে থাগংলি নুংশিবা রাহৈ কয়ানা হাঙ্গইরক্লে যশোদা রাণীনা—মঙ্গল ওইজৌকো।

ঙসি রাধা নংগী অন্ন ব্যঞ্জন চারবনিনা ইচা রাম কৃষ্ণ শোঙ্গদনা নোই-পেন্দুনা বণ শেনবা অতৈ অতৈ হিরম কয়াদা থৌপাঙলনি। চংলো হল্লো ননেম জটিলা ঙাইরম্ননি। অস্নুম্না বিদায় ফংলহুনা—

চলিলা, একই স্থানেতে, নয়ণ ভরিয়া…………॥

হল্লক্লে রাধিকাদো জটিলাগী গৃহদা লৈহৌরে থরাইদি নন্দগী য়ুমদা,
মোংদম্বা নহাকসে নুংশি হৈতেদা পেলহন্দেদা নংনা রাধা পুন্সিদা,
শাংচনিংঙিনে লৈকোল অতুদা ওইহন্দে নংনা নংগী খুংশেমদা,
ঙমহন্দে য়েংবা ঙমদে য়েংনিংবতুদা অকিবা ইকাঙ্গবা নংস্নু কল্লিদা,
তুং-হন্ননা য়েংজে নন্দগী সঙ্গাইদা খোঙথাং লেপ্পি রাধিকা রাখন্দা,
খঙহৌদে শিন্থৈ পিরাং মিংলুদা লুপখ্রবনি রাধাদো রাখল অমদা,
অস্নুম্না রাধিকাদো জটিলাগী গৃহদা শিন্নৈ সখীনা রাধা জটিলাতুদ:।

মতাংসিদা ব্রজগী নুংশিবা প্রাতঃ লীলাদা যদুনাথ য়াউজ-ইঞ্জরি।

প্রাতঃ লীলা লোঙ্গইরে। হরে কৃষ্ণ—

# গোবিন্দ লীলামৃতম্ ৫ সর্গ

## পূর্ব্বাহ্ন লীলা সূত্রম্

পূর্ব্বাহ্নে ধেনু মিত্রৈ র্বিপিন মনুসৃতং গোষ্ঠ লোকানুযাতং,
কৃষ্ণং রাধাপ্তি লোলং তদভি সৃতি কৃতে প্রাপ্ত তৎ কুণ্ডতীরং।
রাধাঞ্চা লোক্য কৃষ্ণং কৃত গৃহ গমনং আর্য্যয়ার্কার্চ্চনায়ৈ,
দিষ্টাং কৃষ্ণ প্রবৃত্ত্যৈ প্রহিত নিজ সখী বর্ত্ম নেত্রাং স্মরামি॥

পূর্ব্বাহ্নে=পূর্ব্বাহ্ন লীলাগী মতম ওইররুবদা, ধেনুমিত্রৈঃ=ষণবীশিং অমদি গোপ সখাশিংগা, বিপিনং=বন্দা, অনুসৃতং=লেঙথোকলক্লবা, গোষ্ঠ লোকানুযাতং=ব্রজবাসী গোপশিংনা তুংদা ইন্নরবা, রাধাপ্তি লোলং=শ্রীরাধা ফংনরগীদমক পুক্লিং তয়াংতশোঈরবা, তদভি সৃতি কৃতে=শ্রীরাধানা শিরক্লবগীদমক, প্রাপ্ত তৎ কুণ্ডতীরং=রাধাকুণ্ড মপান য়োরবা, কৃষ্ণং=শ্রীকৃষ্ণবু, স্মরামি=ঐনা নিংজরি, কৃষ্ণং চ আলোক্য=অটালিকাদা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন তৌরম্নগা, কৃত গৃহ গমনং=গৃহদা লেঙলক্লবী, আর্য্যয়া=জটিলানা অর্কার্চ্চনায়ৈ=সূর্য্য পূজাগীদমক, দিষ্টাং=য়াথং পিরবী, কৃষ্ণ প্রবৃত্ত্যৈ=কৃষ্ণ ফংনবগীদমক, প্রহিত নিজ সখী বর্ত্ম নেত্রাং=থাখিবী মহাক্কী সখীগী লম্বীদা মিং থম্লবী, রাধাঞ্চ=শ্রীরাধাবুসু, অহং স্মরামি=ঐনা নিংশিংজরি।

---

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ পূর্ব্বাহ্ন লীলাগী যণ শেনবা চংপগী লীলা সূত্র ওইনা গোবিন্দ লীলামৃতগী মঙাশুবা সর্গ অধ্যায়দা শ্রীরূপ গোস্বামিনা কচ্চখিবা মঙ্গলাচরণ শ্রীকৃষ্ণনা যণ শেনবা চংপগী লীলাবু সূত্র ওইনা বর্ণন তৌখরে।

১। সখা সনে ধেনু নিয়া কাননে গমন,
সব গোষ্ঠবাসিগণ করেন দর্শন,
রায় সঙ্গ লাগী কৃষ্ণ চঞ্চল অন্তরে :
গোচারণ ছাড়ি যান রাধা কুণ্ড তীরে ॥

২। দে মা দে বিদায় আজ আমা।
রাখাল দুঃখ দেখি মনে বর দুঃখি।
যতুক রাখাল হয়াছে বিকল,
তোমার নন্দন রাখাল জীবন।
বিনে নট রাজ গোষ্ঠে কিবা কাজ ॥
না দিলে না যাব আজু কি গোষ্ঠে,
দাবানলে কে কি করিব সহায়,
আজ বিদায় দে বিদায় দে বিদায় দেয় মায় ॥

---

১। সখা যণবী পুতুনা বন্দা লেঙববু অয়াম্বা ব্রজবাসি, ব্রজ-গোপশিংনা তৌই। ইবেম্মা রাধাবু উন্ননিংবগী শ্রীকৃষ্ণনা খল্লি হৌদিদা, গোচারণ লেঙ্ডি রাধাকুণ্ড মপান। কৃষ্ণনা বন্দা লেঙখিবা উরগা রাধানা রাতুনা নিজ মন্দিরদা লেঙ্ডি সূর্য্য পুজাগী জটিলানা য়াথং পিতুনা, কৃষ্ণগী লৈফম খঙনবা সখী থাতুনা অরাবা মিং-য়েংনা লম্বীদা য়েংলিবতুবু হে মন! নিংশিংউ পূর্ব্বাহ্নগী লীলাবু। অম্সুম্না ইবেম্মা রাধানা ওইরি।

২। অসোমদা শ্রীকৃষ্ণবু যণ-শেনবা চৎনবগী যশোদা ইমাগী নাক্তা সিদাম চংলতুনা কৃষ্ণ যণ-শেনবা চৎনবগী বিদায় পিরো হাঙ্গিতুনা হঙ্গৎচরি।

সিদামগী ৱাহৈ তাবদা যশোমতি মমানা হাঈরকই সিদামবু য়েংহুনা—তারো ইমাগী সিদাম ঙসি ইমাগী মংদা হায়া নুংঙাইরমদে অতিয়াগী থৱাম্নিচাক লৈমাই-থক্তা তাইদো, ধূম-কেতু ঊরম্মিদো, যমুনা ঈশিং চাওরম্মিদো, ইচাগী চূড়া-ধরা, বঁশি, ঈয়াইদা তাউরম্মি অদুগনে নতাও কাহ্নাইগী মাইথোংসু উরমদেনে কররুদি থাগনি।

অস্নমা যশোদাগী মংগী ৱাহৈ তাবদা সিদাম মথুং লোন্নজে, ইংনা-তপ্পা নুংশিবা ৱাহৈনা হাঈজররকই—তাবিয়ু ইমা ৱাবিরুম্ন চিংনবিরুম্ন তৌবা ঙম্বা নচা কৃষ্ণনি ঐখোঈ খঙ্ঙি মাগী মগুণ। লাই কয়া কয়া মগুণ লৈর-লৈরবা লাকইদো, লাইশিংগী নিংথৌ সোরারেন লাকইদো ঐরাবত তোংহুনা, মহাদেবসু শন্দম্না তোংহুনা মতোক লিশিং পানবা লিনগী নিংথৌসু ইতাওগী মখোং পাঈহুনা খুরুম্মি। কালিগী হ্রদগীসু কনবিখিদো ঐখোঈবু, লাইনম-মুংদগীসু কনবিখি হন্না হন্না। ইতাও কাহ্নাইসে অঙকপা নচানি ইমা। চিংনবা থাদোকপিয়ু ৱণ-শেনবা থাবিয়ু হাঈজরিবা য়াবিয়ু।

ৱণ-শেনবা চৎপা মতম ওইরক্লে হাঈহুনা মাতা যশোদাদা ফিজেৎ লৈতেংবিরো হাঈজৈ। চূড়া-ধরা. বঁশি, পুথোরক্লে যশোদা লৈতেংবিরে বলরাম কৃষ্ণবু, চিংনা পেন্না য়েংজরগা মচাদা হাঈরকই ইমাগী ঈবুঙো নিলমণি ৱণ-শেনবা চৎলমদাই ঐখোঈবু ৱাহল্লমগনু। জগোই শারো ননী-মাখন পিজনি হৌগৎলো শারোনে জগোই ইমা তান থারগে। হৈতে হাঈরম্মি কৃষ্ণদো অহানবদদি, ময়াম্নুং বলরামদা য়েংজৈ চেপ্পা চেপ্পা শারক্লে জগোই শ্রীবলরাম কৃষ্ণনা।

জগোই শারো কাহ্নাই বলাই পেলহল্লম্মু। যঞ্জেনবুংদা শাবা জগোই মপোকসিমগী ইমানা উরোই। মাইথোং য়েংঙি পুক্লিং পেল্লি চুড়ানস্থু ওইদা চেপ্লি।

"নাচো এক বার বাচা" য়েংগে জগোই শারোসে, সে সে তাথেম্ভা তাথেম্ভা, তা তা ধিম্ভাং ধিম্ভাং। পুংলোনসে তাঞ্জাসে তাওসে শারোসে, ইমাগী থম্মোইগী মণি।

"মার বাঞ্ছা হইয়াছে" মুংঙাইজরে ঐসে মীয়ামগী মমাংসিদা ইমা ইমা কৌরোসে শারোসে। ক্ষীর, ননী-মাখন, য়েংঙুসে—জগোই শাদ্রি মথৈ পিজরোইসে, ইমাগী থম্মোইগী মণি।

"ব্রজবধুগণ চায়া চায়া রইলাম" কয়া ফজরে পকচৈনে, চুড়ানা লৈতেংবসে মুংশিবা হেল্লিনে। বঁশি পাঙ্গরোসে মীয়ামগী পুক্লিং পেলহল্লুনেসে। "আঁমি নাহি" মাইথোং য়েংঙি পুক্লিং পেল্লিদো চুড়ানস্থু ওইদা চেপ্লি, ইমাগী গোপাল।

"নাচের মন্দ নন্দত্থলার তা তা থৈ থৈ" থেক্লা-থেক্লা জগোই শায় পুংলোন ইহুন চানা। যশোদানা পেঞ্জে রোহিণীস্থু মুংঙাইজে।

"তা তাঁ থেন থেন ....." হাঙ্গিহুনা যশোদা মাতানা য়ৈরি পুং। পেন্না পেন্না খোঙথাং খুদিং চেপ্পা চেপ্পা য়েংনহুনা।

"গ্রু গ্রু তা তা" গ্রুং গ্রুং চেনশিল্লি চপ লেপ্লি তুদোবোয় তুদোবোয় তুরোই ভামলোই তুং-হন্ননা য়েংঙি—রায় রায় রায় শোঙ্গরোই ইচা তুরে তুরে। রাজৈদো খামলশিরা খল্লিদো, তুবা তারে তুবা তারে তুদি তুদেদো।

১। নাচত শ্রীব্রজলাল-কোই ব্রজ গোপী রঙ্গিম,
চরণে স্থল পঙ্কজ স্থল পঞ্চজ তাহার,
উপরে মণি আভরণ মাও মাও বলিরে।

২। অঞ্চলে ধরি, মায়ের মুখ চান্দ ননী দে যশোদা,
রোহিণী আনন্দ আনন্দ আজ আমার নাচে,
নন্দের ঝনন ঝনন স্মৃতি অবতংস·········,
যদি গোপ কুল জনম গোচারণ করি······।

---

জগোই হৈবা ইচানি ইমানা য়েংহৌনি য়েংহৌনি য়েংহৌনি উহল্লু ব্রজ গোপীশিংবু পিজখিনি ক্ষীর নবনীষু। জগোইনা শুন্দ্ধংলে যশোদা রোহিণীবু বলরাম কৃষ্ণনা। যেংজৈদো চেপ্পা চেপ্পা. চুপচকই হন্না হন্না মচাগী মুংশি মাইথোংবু। থেক্লা থেক্লা শারকপা চেপ্প চেপ্পা য়েংজবা খোঙথাং খুদিং খোঙজিনস্থ নিল্লি। ভঙাং ভঙাং চরণ থম্বাল পুক্লিং শুন্দ্ধংলিদো উজবদা, ফিজেৎ লৈতেংশিংনা ফজবা মণি পরেংনস্থ পুমলং-শং মানা মানা নিঙজবা পামজবতা পিবিবা কৃষ্ণনা ইমা ইমা কৌরিনে।

বাৎসল্য প্রেমদা লুপলে, চিংনা চিংনা য়েংই পুক্লিং পুমপেল পেল্লি যশোদা লাইবক ফবীনি। ননী, মাখন, পিজরে তম্পাক-থক্লা চেৎনা কোল্লে, মুংঙাইরে মুংঙাইরে মুংঙাইরে ইমানা য়েংবা পেল্লে। ঐসে পুমপেল পেল্লে, নংগী মাখন লৈরি পিজখিনি গোপাল ইমা ইমা ইমা হাঙ্গিনা তোঙ্গিনা কৌবদো তানিংই। জগোই হৈদা তাল চাইদা পেলহল্লিদা শাথো জগোই "তা ধেন্ত ধেন্ত খিথেনতা···"।

ফজৈদা ফজৈদা মুংশিদা মুংশিদা লৈরোই তাইবং মপোক্তা, লংনা চেপ্পা খুদিংদা চূড়ানস্থ চেপ্পি ইমাস্থ য়াওনা য়াওনা চেপ্পি। খোংজিনে খুজিনে চোংলকপা থেক্লকপা খুদিং ইমাগী পুক্লিং হুরেদা। লাইবক কৈফো ঐহাকসে ইচাবু ঐনা ফংজবসে পুক্লিং হুনা মুংশিজে ঘেংহুনতা লৈজনিংডিনেসে। মণ-শেনবা চৎথিদৌবিদোসে শুক্লবা বন্দা, তৌল্লিদাকো গোপ শাগৈ ওইবসে গোপমক ওইরমদ্রবদি মিকুপ অমা থাদোকচরোইকো ইচাসে।

"জলে রক্ষতু বরাহ স্থলে রক্ষতু বামন অন্তর্ব্যাং রক্ষতু নৃসিংহ"। ঈশিংদা লৈরগা বরাহদেব, কংফান্দা (লংফৈদা) চৎলগা বামনদেব, বন্দা চৎলগা নরসিংহ দেব মন্ত্র শোমগনি থন্দুনা, নরসিংহ মন্ত্র শোয়গা যশোদানা মচা কৃষ্ণগী লাইবক্তা নমবিখরে। অস্নুম্না যশোদা মাওনা কৃষ্ণবু বলরামদা শিন্নখরে। কৃষ্ণনা মমাবু খুরুমজরগা সখা ময়ামগা লোঈননা বনগী যাত্রা তৌখরে। শিঙ্গা বেণু খোঙখরে ব্রজগী লক্ষ্মী নিনখরে ইবেম্মা রাধিকাস্থ তারহুনা চেকপল থক্তা য়েংজখরে। হরে কৃষ্ণ—

---

## অট্টালিকা দর্শন

১। ঘনবারি বরিখত লোচনে,
নীর নীরদ অমুখ সুন্দর নিরখি নন্দকি নন্দন।
কাঁপসি থর থর নয়ানে সব সত নযানে সন্ধানে রায়।
এতোয় ভালনয় যদি গুরুজন দেখি প্রমাদ হবে।
নিজ হুঁ মন্দিরে প্রমাদ হবে,
একেত কামিণী কুলের রমণী,
অম্বর সম্বর বিরহ পরিহর,
নিজ হুঁ দিবা রাত্রি সন্ধানে হয়॥

---

য়েংউ হে ইতা ফজরিবসে, যণ ময়াম্না মনাক্তা, সখাশিং মরক্তা, ফুইনা হৌবা নোংহৌ ঙমজবসে, হন্দকী মপোক্তা পুন্সিগী খোঙচক্তা নিংজবসি থুংলরোই ঐসে ইতা, শাগৈগী মৌনিদো কিজৈ মীনোক্তো তত্তনা উজনিংবসি ফংদ্রেদো ঐহাক্তা। সখাগী মপোক্তা পোকচণে অমুক্তদি, পামজদ্রে তোল্লবীগী মপোকসে, ইতা অহিংসু সুংথিলসু বন্দসু য়ুমদসু উজনিংবসি ফংদ্রেদকো রাধা ঐগী মীপোকসে।

অসুম শুইবী রাধিকা অট্টালিকা থক্তা মবুংঙোবু য়েংজৈ চিংনা চিংনা। চৎলে খঙহল্লম্মি মিৎনা, লেঙপ্রে গোবর্দ্ধন তম্না মীয়াম্বু থনমলে লৌনম্বা কৃষ্ণনা। সুবলগা লোঈননা শ্রীকৃষ্ণদো রাধাকুণ্ড য়ৌরে, কৃষ্ণনা কপলি কুণ্ডবু য়েংহুনা। অমুকসু খল্লি—লাইনক ফৈদকো যশোদা ইমাসে, জন্মান্তরদা কয়াম্রক নিংজরকপনো? ফংঙমদ্রবা মণি ফংজরিদো, ইমাগুম্বী কনা লৈরোইদা জগৎসিদা।

২। ঐছে চলে রাম কাহ্নাই সখা গণ সঙ্গে,
গোবর্দ্ধন কাননে ধেনু বৎস চালনে,
যমুনার জলে ধেনু বৎস পিয়া হয়ে,
হম্বা হম্বা করি রোবে, তৃন খাইয়া হয়ে হয়ে।
দাদা বলিয়ে ক্ষীর ননী দে দে,
রাম বদন চেয়ে দেখে, সহিতে না পারে দেখে,
হস্তে হস্ত ধরি ধরা আনন্দে সুখসাগরে।
কৃষ্ণ পক্ষ কৃষ্ণ জয় জয়, রাম পক্ষ রাম জয় জয়,
সখা গণ সঙ্গে রঙ্গে, নানা খেলা করি রঙ্গে॥

---

জগৎকী মপুবু বাৎসল্য প্রেম থৌরিনা পুল্লিদো, যোগিশিংনা যোগনা ফংজৈ, সাধুশিংনা সাধন্না ফংজৈ, ভক্তশিংনা ভক্তিতনা ফংজৈ কৃষ্ণবু। "নীর নীরদ কটিতে পিতাম্বর ধর" খোঙথাং খুদিং খোংজি, খুজি, খোঙ্গোক্লা নিল্লি। খ্বাঙদা সনা ফিগেনা লৈতেংই, কুয়না নোংঙৌ ভমজ কৃষ্ণনি। চুমথাং খল্লি অউবশিং ইঙক-ঙকহল্লি কৃষ্ণনা, জগোইনা জগৎ শুম্মৎলি, যশোদাবু পুমঙাও-ঙাওহল্লি। বাৎসল্য প্রেমদা মুংশিরি মচাবু, পুংলোন পুংখোন্নসু থেক থেক থেক থেক্লি পেলহল্লি অউবশিংবু। তালদা নেৎলে পুংলোন্দা থেক্লে চোংলে চেপলে চপ চপ চানহল্লে য়েংবদা পুমপেল পেলহল্লে। শাথেক্লা শুম্মৎলে মিৎয়েংনা ঙাওহল্লে। উজবদা পোকপগী মহৈ য়ালহল্লে, রাখল অতৈ কাওহল্লি, সখ্য প্রেমনা শুম্মৎলি কাহ্নাই, বলাই, সুদাম, সিদাম, সুবল, সখাশিং লোঈননা শাম্নরিয়ে ষণবু শেন্না শেন্না।

অম্মুম তৌনা শ্রীরাম কৃষ্ণ সখা ময়াম (লোঙ্গনা) জগোই শাবা য়াও, ঈশৈ শকপা য়াও, মহৈ মহৈ ইতাও ইতাও কৌনরকপা য়াও, তিল্লি ময়াম। ষণবী-বন্নাও পুল্লপ পুল্লপ সঙ্গু সঙ্গু মপুক থন্না শজিক চারি গোবর্দ্ধনগী কানন্দা, মুংশা মৈশা খাঙজৈ মুংঙাইনৈ সখাশিং। যমুনা ঈয়াই তমনা চোংথৈ শান্নরি গোপসখাশিং, খঙলদুনা চেল্লক্লে কৃষ্ণসু থিন্দনা। চোংথখরে ঈয়াই তমনা চোংথ-চোংথদুনা শান্নরি কৃষ্ণ, সখাশিং লোঙ্গনদুনা।

"সখাগণ সঙ্গে মেলি নানা খেলা.......চলিতে না পারে"

শান্নবা ওকলে শ্রীকৃষ্ণ ময়ামসু কাখৎলক্লে মথং মথং তুং ইন্ননা অম্মুম্না গোলক নায়ক শ্রীহরি কৃষ্ণনা গোপশিং লোঙ্গনদুনা শান্নরি গোষ্ঠলীলাধু তুং ইঞ্জবা তোল্লবা ননাইনা নিজরি।

মতমনা হেঞ্জল্লকপনা লৌনস্বা কৃষ্ণনা সখাশিং লোঙ্গনা থনম, সখা সুবলগা লোঙ্গননা রাধাকুণ্ড য়ৌরগা খঙদ্রে অরা পোথাফম। শক-হেনবীনি বৃন্দাবন কেজবীনি কুঞ্জবন শ্রীরাধা শ্যামগী শান্নফম। হৈনা লৈনা পরেং পরেং, হুমলি মালংনা লিরি লিরি, ওইরি পূক্লিং হুনফম। উরগা কৃষ্ণনা খোঙ্গরাংনা হংলি সুবলদা কপ্না কপ্না—

"রাধাবিনে প্রাণ সখা, রাধা অমার নয়নের তারা,
রাধা অমার প্রেমের গুরু, রাধা ধ্যান রাধা জ্ঞান......,
তিলে মাত্র শিতল নয়"।

থরাইগী মরূপ সুবল রাধা উবা কংদ্রে, রাখলসে পোথাফম খঙদ্রে, ঐসে রাধাতনা থরাই ওইজবা উদ্রবোই নোংদম্বসে, রারক চেংপি জটিলাগী পন লানঙমদ্রবনরা? মাঘ প্রয়াগতা লুপ্পনসু ইংলরোই

মৈচাকসে থরাইনা অমদা হকচাংনা অমদা। চাবদা, চৎপদা, তুম্বদা, তিপ্পদা। ফজরি মীংঙোন্দা রাহল্লি এঁঙোন্দা নুংশিবা মীংঙোন্দা লাম্মৈনি এঁঙোন্দা। লৈররোই তাইংদা, চোংথরগে মাগী রাধাকুণ্ড ঈথাইসিদা থামলগনু সুবল।

অসোমদদি রাধিকানা সঙ্গাই নুংদা (রাহৈ কয়া) হিক্রা হিক্রা কপ্পা কপ্পা হাঙ্গৈজে—হে ইতা সখী! প্রাণবন্ধু চৎখ্রে গোবর্দ্ধন তম্না, থরাই মঙা ইন্নখ্রেদো হিংগদবা রাই, নোংদম্বসে নুংশি হৈতে, মাগী খুৎশেম থাগৎনিংদ্রে মিৎকুপ অমা উজদবা যুগ কয়া হৌখ্রে খঞ্জরিবী রাধা পুন্সি করম লেননি। মীনোক চাওবী মপোকনিদো মৈচাক খাঙবা ঙমজরোইদে, পুন্সি অসে লোমজখ্রগে হাঙ্গয়ু ইতা চান্নবী রাধা এঁগী পাম্বৈদি নথোঙ্গনিদো। মপোক খুদিং থানন্নুশি অরা-নুংঙাই তৎনন্নুশি।

ফজৈদকো শ্যামগী শকফম কাওঙমদেদো, রাধাগী পুক্রিং, থম্মোই নুংদা ওমচাকনৈদো মতম খিবিক ওইরিদো রাথোক চাওবী, ওইরি মীনোক চাওবী। ওইজররোই রাধা মীথা পোনবী, কৃষ্ণ নিংঙমদ্রবী, ওইজখ্রগে বন্দা লৈবী লাইনি বী, ওইজখ্রগে চৎনা পনবু লাল্লবী হাঙ্গজহৌরো রাধা জগৎসিদা। থরাই থাসি থাঙমদে, চৎনা পনবুসু লানঙমদে, কাওঙমদেদো খোই-খোইবা শাথেক, চূড়ানা লৈতেংবা শক-ফমদো, শোঙ্গনিংঙি খোঙ্গেল রাংনা, কিহল্লি মপোকসিনা, শোঙ্গহুন পুন্সি লেনবা, উনা উনা পুন্সি লেনবা, রাধা এঁনা পামজবনি।

## যুগল প্রার্থনা

হে কুঞ্জরাজ রাণী প্রসিদ প্রসিদ ॥
মোঃ পামরে চুলে ধরি দেয়গ প্রাণনাথ
বিনামুলে বিকাইলু মম পঞ্চপ্রাণ ॥
পাপিষ্ট জীবন ভজন সাধন কিছু চিনেনাই,
জন্মে জন্মান্তরে নিজ প্রেম সেবা দেযগ প্রাণনাথ ॥
কৃপা ডরি বান্ধি গলে তান্যা রাখ পদতলে ।
দুহার লীলা অবসানে প্রেম সেবা দিবেদান ॥
ওঃ হে দীননাথ রাধানাথ ব্রজনাথ
নবঘন শ্যাম নিকুঞ্জ মণ্ডিরে যুগল
চরণ সেবা দেয়গ প্রাণনাথ ॥০॥

---

কুঞ্জগী মহুংঙো মবেন্মা চানবিয়ু চানবিয়ু তোল্লবা ননাইনি থনবিল্লনা অনিনা, পামজরুবা স্নংশিজবা চরণগী নাত্রা থম্বিয়ু। খঙজাদ্রে হৈজদে লৈশি লৈথোঞ্জবা পেনবিননবা নিকুঞ্জ মন্দুংগী অনিগী সেবাতদি ফংহনবিয়ুগবা। প্রেমগী কৃপানা চিংশিনবিদুনা ফংহনবিয়ু চরণ সেবা। ভালহনবিয়ু মম্লবা থম্মোইবু য়াওহনবিয়ু লীলা খুদিংবু, হে ইবুংঙো! চুড়ানা লৈতেংবা ফুইনা নোংহৌ ভমজবা। রাধেশ্বরীনা ওইদা লেপ্লিবা (থোগনবা) মুত্তিদো পামজে উজবা। তাইবং হকচাং থাদোকুনা সখী অমা ওইজদুনা চরণ নাক্তা চংজদুনা শ্রীচরণ সেবা ফংহনবিয়ু। শ্রীরূপ মঞ্জরী লীলা খুদিং ফংহঞ্জবী তুং ইঞ্জনা ননাইনা প্রেমগী সেবাদা য়াওহনবিয়ু ফংহনবিয়ু।

হে ব্রজগী অমুবা রাধিকাগী থম্মোইগী থা ও! শ্রীচরণ থম্বাল মুংশিবদো কাওজদবা পিনবিয়ু। প্রলয়গী মৈনা চাকলক্লবা দেহগা প্রাণগা থাঈনরমদাই, মুরলীনা খুত্তা, চুড়ানা কোক্তা চেপ্পক অহুগুম্বা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা পামজরিবা ত্রিভঙ্গ ভঙ্গী ওইবা শাথেক অহুমদো কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংমক্তা যুগোল মূর্ত্তিনা শান্নবা লীলাদো দর্শন ফংহনবিয়ু পিনবিয়ু। নিভৃত নিকুঞ্জ বন্দা অনিনা পুন্না ভানবিবা শ্রীরূপদো উজরগা পেঞ্জগে পুক্নিগী ইরন ওইজগে ইবুংঙোগী নামবু শোঞ্জগে। "প্রতি জন্মে জন্মান্তরে নিজ প্রেম সেবা দেয়্গ প্রাণনাথ কৃপা ডরি" ভজনস্থ খওজদে সাধনস্থ হৈজদে মপোক মপোক খুদিংমক্তা পিনবিয়ু পঞ্চভুতনা শাবা দেহ লৈজহৌগে প্রাণনাথ ননাইগী থরাই মন্তাতদি, সংসার ঈপাক লাল্লমদাই শোঞ্জবা কাওহনবিয়ু প্রার্থনাসে লৌবিয়ু।

রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ।

১। বন্দে হং শ্রীগুরোঃ শ্রীযুত পদ কমলং শ্রীগুরুন্ বৈষ্ণবাং চ।
শ্রীরূপং সাগ্র জাতং সহগণ রঘু নাথা ন্বিতং তং সজীবং।
সাদ্বৈতং সাবধুতং পরিজন সহিতং কৃষ্ণচৈতন্য দেবং।
শ্রীরাধাগোবিন্দ পাদান্ সহগণ ললিতা শ্রীবিশাখা ন্বিতাং চ॥

২। ধ্যানমূলং গুরোমূর্ত্তিঃ পূজামূলং গুরোপদং।
মন্ত্রমূলং গুরো র্বাক্যং মোক্ষমূলং গুরোর্কৃপা॥

৩। বান্ছা কল্প তরু ভ্যশ্চ কৃপা সিন্ধুভ্যো এব চ।
পতিতানাং পাবনেভ্যো বৈষ্ণবেভ্যো নমো নমঃ॥

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥

---



## লাইরিক ফংফম :—

১। শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা, ইম্ফাল।

২। জ্ঞানদা সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়ঃ ইম্ফাল।

৩। অইবা শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মাগী য়ুম (রাইখোম লৈকাই)।

---

## ফোংথ্রবা লাইরিকশিং :—

১। নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ —

২। দ্বিতীয় নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ —

৩। নিত্য কর্ম্ম পদ্ধতিঃ —

৪। তৃতীয় নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ —

৫। শ্রীমদ্ভাগবতম্ দশমঃ স্কন্ধঃ —

৬। সাবিত্রী ব্রত কথা —

৭। কথা ত্রয়ম্ লক্ষ্মীষ্টক, বিনন্দ, ভাগবত

৮। দশ কথা (রারী তরা) —

৯। পঞ্চ কথাঃ (রারী মঙা) —

---